# মেট্রিক পাশ



জি.সি. ভেংরা।

# মেত্রিক পাশ

ইজবা :—
জি, সি, তোংব্রা
( ইম্ফাল কোলেজগি ভাইস প্রিন্সিপাল অমদি
মণিপুরী ডিপার্টমেন্টকি হেড ওইরম্বা
পদ্মশ্রী, নেশনেল একাদেমী
এরার্ড উইনর )

লাইরিক ফংফম
অইবগী মযুমদা
সেগালম্বী, কোজেং হাজারী লৈকাই
ইম্ফাল।

ফোংবা—

চেচে মোনা থোংব্রম

সেগা রোড, ইম্ফাল।



মঙাশুবা ফোংবা

নবেম্বর, ১৯৯৫ ইং

কোপী মশীং ২০০০



মমল লুপা ২৫·০০

নম্ফম : পেরেডাইজ পাব্লিশিং হাউস,
সেগা রোড, ইম্ফাল।

# রাহৌদোক

মেট্রিক পাশ হায়বা লীলাসি ইথিবা চহি ৬/৭ লোম শুরে। হন্দক্তা ষ্টুদেন্টস ষ্টোরনা শেল তিংলগা নম্বিবনি।

মসি "মনিমমৌ" দৌনা নোক্লিংবা রা য়াম্না য়াওই। ফাগী-গিদমক তৌরিবা ফাগীরা হায়বদু অপাবা অমস্তুং লীলা উনবা মী-শিংনা খল্লুবিগনি: মনিমমৌগুম্না লীলাসিমস্থ মুংঙাইনা লোইদে হায়বা য়াই। অনৌনক Comedy হায়বদি মুঙাইপোলোই লীলা নত্তে। অদুদি Tragedy রা অরাপোলোইরা? শিরগদা Tragedy গুইদে অরাবনবু লোইরবদি Tragedy কৌবা য়াই হায়বা Hegel নচিংবগী মোত লৌরবদি মখোয়নীসিবুসু Tragedy কৌবা তায়। অদুক য়াম্না নোক্লিংবা রা ভাক্তা য়াওরগা করম্না Tragedy নি হাযদগে? মসি তোংব্রাগি খুৎলেংগি তোপতোম্না লীচিং অমনি। "মনিমমৌ"গি অরোইবদা য়ুমহু মুৎপগুম তৌখি, "মেট্রিক পাশ" কি অরোইবদা থাবিকথা মপি তাদুনা লৈহৌই। করি মরমগিনো? ফাগী ফাগীদগি কপ্পিংবা পোলোই? তাইবং পুক্লিংগি লীচিংগা চানদবা করি য়াওরবগে? লেখক্তা থারিকথাবু কপহনবা চুমব্রা? মনিরতনগি য়ুমহু মুৎহনবা চুমব্রা? অপাবা অয়েংবনা খনগিদবনি গুহাক নোক্লবা, ফাগী খরা তৌবদনি, লীলাশিংসি করিসু য়াওদে সাহিত্যগি মচাকতি হায়না খনবিরবদি লানবা য়াই

রাহৌদোক অশাংবদি লম্লাই নমজবা লাইরিক্তগি পাবিয়ু।

জি সি, তোংব্রা।

মে, ১৯৬৪ ইং।

অনীশুবা খুৎনমদা হায়নীংবা থরা :—বি, এ গি ছাত্রশিংনা তম্নরনি তাবদৈ অমুক নিংথিনা নমথোকপনি। করিগি লীলাসি ইথি ? কনাগুম্বনা হৎনগনবা ম্রাহংনি। হেনরিক ইবসেনগি পাউথুমগা অয়াম্বা লীলা লেংবশিংগা চাউরাক্না মাম্নৈ। মানা ইং ১৮৭১দা ইথি

(২) "There is no way in which you can benefit society more than by coining the metal you have in your self"

নঙোন্দা য়াওরিবা ধাতুদুনা শেল ময়েক ওম্ভোকহনবদগি হেন্না ফবা সমাজবু কান্নহন্নবা লম্বী লৈত্রে।

"In every new poem or play I have aimed at my own spiritual emancipation and purification for a man shares the responsibility and guilt of the society to which he belongs."

অনৌবা কবিতা নত্রগ লীলা খুদিংদা ঐগি পান্দমদি লম্নাইগি থরাই অমদি থম্নুংবু ম্রাইশংহনবা অমদি শেংদোকপনি। মরমদি মী অমনা মাগি সমাজগি থৌদাং অমদি মরালপুবদা শরুক য়াই। অদুনা মহাক্না ইথি :

"To live—is to war with fiends that infest the brain and the heart".

"To write—is to summon one's self. And play the judge's part."

হিংবদি লাম্বেংনবনি লাইমুশিংগা, মথোয়দুনা লৈওন্দুনা লৈ থোক্না খমোইদা; ইথোকপনা থরাইবু কৌব্বপনি, অদুগা রায়েন থোদাং লৌহনবনি।

মচা মনাওনা পরীক্ষা য়াওরি, শেরান তুরান ইরি, পরীক্ষা ঙাকপা য়াওরিবা উঝাদুনা অয়ানবদু চুমথোক্লিংবনা মরেং মরেং

চৎজি। হিংবদা উরিবা, তাব্রিবা অশোই অণ্ডাম পেন্দবা ময়ামত্থু লাইরিক ইবশিংনা ইথোক্লবদি ঙম্লুংদা খোইমনুম শাই, মুংশা হোনবা মুংঙাইতে।

জি, বি, শোনা হায়খি: (পৃথিবীদা থ্বাইদৈ ফত্তবা তাইবং লাইনাদি "পণ্ডবনি") মহাক্কা হায়ব্রিবসি কয়াম চুম্বগে হায়বত্থু মী খুদিংনা মীৎ লাওনা পাংলগা উনবা ঙাক্কি।

(২) ইং ১৯২০–৩০ মতুংদা মেট্রিক পাশ তৌবা মীশিং থীবা য়ারমদে। ক্লাস নাইন পাশ তৌরবা অঙাংনা মখা তমথনবা শিলোংদা ডিব্রুগরদা গৌহাটিদা চৎনৈ, ইম্ফালদৈ ডিমাপুর ফাওবা যণগাড়ীদা তোংহনা। ইং ১৯৩০ দা গৌহাটিদা ঐখোয় ৩০ মুক মেট্রিক পরীক্ষা থাবা চৎলুই।

মুপীমচাগি মমা মপানা লাইরিক হৈবা মেট্রিক পাশ তৌবা, হৌরাগারী থোবা হৈবা, নিংথেম্মচা, পূং-ঈশৈ তৌবা পাখণ্ডদা মচা-মুপী থাজনীংই। লাইরা মন্ত্র, মাইওকরা, হিগাইরা য়াম্না থাজনরম্মি। য়েক লৌবা, মরী নরুবা লৌন-লৈনবা সমাজনা য়াদে, হিদাকফু ফিদা তিয়দে, নিংথৌনা দণ্ডি পী। হুজিক্কি করিনো "ঐগা মাপা য়ানর-লোইরে" ঙাক্কা ঙাইরে। চহি ৫০ রোমদা ওল্লকইবা য়াওনসি ছাত্রশিংনা খঙজিনবদা কায়নি।

(৩) লীলাই হৌনা লোল কমদৌউ?

**Brunetiere's Law:**

"In drama or farce, what we ask of the theatre, is the spectacle of a will striving towards a goal and conscious of the means which it employs······ The novel is... ... ...the contrary of the drama

for in the novel the author endeavours "to give us a picture of the influence which is exercised upon us by all that is outside of ourselves."

ড্রামা নত্রগা ফাগী লীলাদা, ঐখোয়না থিয়েটরদৈ পাম্মিবদি অনীংবা অমনা পম্থ্ংফম অমা তানবগী কুম্মৈনি অহুগা মানা শিজিন্নরিবা, পাম্বৈহুন্স্থ খণ্ডজবা ··· ··· উপন্যাসতদি .. ... ... ড্রামাগি ওন্নতৈনবনি······ মরমদি উপন্যাসতা লেখক্লা হোৎনরিবসি ঐখোয়দা ঐখোয়গি মপান্দে অতৈনা পীরকপা ঈখীল অমগি মমি পীনবনি··· ।

French Critic অমা :

" The general law of the theatre is defined by the action of a will conscious of itself ; and the dramatic species are distinguished by the nature of the obstacles encountered by this will"

খ্বাইগি ওইবা থিয়েটরগি হৌনলোলছু, মশাবু খণ্ডজবা অনীংবা অমগি থৌরম্না লেপ্পি ; অহুগা ড্রামাগি মথলছু অনীংবছুই মাইয়োক্তা লৈরম্বা য়ৈথায়রবশিংছুনা মশক তাকই ।

মথক্তা হায়রিবা হৌনলোল খরনিনা Aristophares কি "Frogs" কুম্বা লীলাবু য়াওহনবা ঙমদে হায়দুনা critic খরনা য়েংলি । অহুগা Sarcey গি বিচার :

"A play without an audience and actors to interpret it, is inconceivable."

ভাবোক অমদি শাম্নবা লীলা মী য়াওদনা লীলা অমবু পুক্নিংদা লাকশিনবা য়াদে ।

অহুনবি ড্রামা (লীলা) গি হৌনগোস (Law) কন্নিনো হায়বা থগুদবা য়াদবসি :

১। অনীংবা পাংথোক্নবা লাক্নবগি মতৌ তম্বা মী

২। মওোন্দা য়ৈথায়বা মী নত্রগা পাকলগি—অনুত্তৈ তম্বা

৩। ভাবোক মমাংদা মকম চানা উৎপা

৪। অগৈবা মান্না নুংঙাইনা উৎনবা মতেং, মতিক চাগা ফিজেং চাকচা, পোৎচঙ, মঙাল যন্ত্র মপোল... —...

Maurice Cherney না মাগি 'Comedy High and Low' হায়বা লাইরিকদা নুংঙাই-লোই লীলাগি মওং মখল ৬ থক পী :

(ক) Farce (কাগী-লীলা) : নিয়ম লৈতে plot শাগৎপদা, করিগুম্বা হেক্তা থোকহনবা য়াই। শকমশিংছ ওন্নীংবা মওংদা ওন-থিবা য়াই। নোক্নীংহন্নগা নুংঙাইহন্নবা লোইবে মাগি পান্দম। গুমাংদ উনবিবা মৈতৈ লীলা অয়াম্বা অহুনি।

(খ) Tragic Farce : অবা-লোই লীলাগি য়ারী অমদি মতৌ মউং অহু নুংঙাইলোই লীলাদা ওথোকপা। Ionesco গি "The chairs", Marlowe গি "The Jew of Malta", Samuel Beckett কি "Waiting for Godot", "Happy days"......কাংলুপ অসিদা চনহনবা য়াই।

(গ) Burlesque Comedy : Tragedy অমদি Romance কি অচম অয়ান, তৌশিন্নবা মতৌবু নক্নবা অাংনি গুমাং লীলাশুমদা য়ায়া উনৈ।

(ঘ) Comedy of manners : সমাজদা লৈচং-শাজং ফিজেৎচাকচা কা হেন্দোকপশিংবু মীয়ামা নোকনীংই। অশিংবা শাবনা কা হেন্দোকপশিংবু নকবা উৎকল্লি। মণিপুরগী stage plays শিংদসু য়াম্না উনরবা লীলাজাংনি।

(ঙ) Satiric Comedy :—ফজনা থৌবশিংবু থাদনীং লক-লীলানি। সেক্সপীয়ারগী সাইলোক ফত্তবা অথৌবগী খুদমনি।

(চ) Festive Comedy :—ৈয়েথায়বা পুম্বা মাংহল্লগা—হয়াওকুম্মৈ অমসুং নীংবা থুংনগী মঙলান উৎপা জাং। Aristophanes কি "Lysistrata" দা "Sex strike to force an end to the war" লান ভোকউ য়াদবৈ নুপী মথৈনা পা-বন্ধ তৌবা।

৫। 'Life is all inclusion and confusion. Art is selection and discrimination."

পুন্সিদদি খোগোৎপা (নুংঙাইবা-নুংঙাইতবা। য়ানশিন্নি চনৈনৈ, কলাদদি অথন্নবা মচং ঙাক্না উৎপনি।

৬। What is the secret of comedy ? নুংঙাইগোই লীলাগী লাইরাবু করিনো ?

"Production of a sense of the real in the unreal."

ওইদবদা অওইবা মালহনবা Comedy গী লাইরানি।

---

৫শুবা থুংনম :—

ইং ১৯৯৫ নবেম্বরগী থুংনম ৫শুবা অসিদা ৱামাংদা হাপচিনবা খরা :—

থাইনগী ক্লাসিকেল লীলা পৌরানিক ( গ্রীক, সংস্কৃত ) নিও ক্লাসিকেল (গেটে সেক্সপিয়ার, মার্লো...), রোমান্টিক, ট্রেদিসনেল (মঙলান্দ, খুংঙাইবা .. ফিদম উৎপা Hero worship কিজাং তুগ "মেত্রিক পাশ" কুম্বা Realistic or Naturalistic Plays (Shavian, Ibsenite ) পা মরু ওইনা করি থেম্নে ?

Ans.

ভনৌবসিমক ফিদম্নভম ওইবা Hero, heroine রাম সীতা, অর্জুন দ্রৌপদী, কর্ণ, কংস, খম্বা, নোংবান...থাজব রাব মখৈ ফবা অমদি ফত্তবা শক্তমলাক য়াওদে . Impossible ওইরবসু কেরেক্টর-শিংছু অহুবুদি খুংঙাই। অঙাংদা অহন্দা লমচৎ শাজৎ ধর্মনীতি, morality, সমাজনীতি তম্বিনবা—মীবু শাগী শাজৎ থাদোকহন লায়গী লিক্রম তাকপিবগী পান্দম্নি।

Realistic Play শিংদদি Impossible ওইবশিংছু য়াম্রিব-মখৈ ছন্দোক্লগা, Probable ওইব থৌদোক লমচৎ তাইবংদা তুজিক তুজিক থেংনবা ফংবা, উবা য়াবা জাও য়াওই। মীগী চৌনশা behaviour, Psychology ,ফ্রোইদ মার্ক্স সার্ট থোয়গী ism কয়াসু অহুম অমুম য়াওশিল্লকই ......শমোইদা হম্বরগা থোক্লা হেন্না শিজিন্নবা লীলাজাংনি।

প্রতাপ, থারিক, ইবেম্মা character শিংছু অক-ফত্ত য়ান্নৈ, তাইবংদা থেংনবা মীত, ঙাক্তি। Ideal character ঙাক্লা নত্তে।

ঐখোয় ইরক্তা হিংলিবা অচুম মাল্লি। মখোয়গী তাইবংপান্দু ঐখোয়-গীগা চানরগ চাংদমনরগা অচুম চুমদা ( সত্যম) বিচার তৌবা য়াই। ২ডুব লম্বাউ মমাং মীতৈ সমাজগা চানৌ।

ফজবা (সুন্দরম) অমদি মুংঙাইবা (শিবম) দি ইশা ইশাদা থেংনখিবগা চাংদমনরগা থঙনৈ। কাউব য়াদব য়াঙাং য়াতা, থৌদোক, মীতৌ মতম কমদোই ?

## POETIC JUSTICE

প্রতাপকি লমচৎতু মী উশিঙবা হিতোপদেশতা য়াওবা থেঙ্গ্‌ুগ লমজেন তানবদা মিংকপ ১ তুপ্পিগে কোয়া তানরগা থোইব ঙম্নি খনবা থেবগী জাৎতুনি। চোয়া নংখিবা ওইদবা কয়া ঙাংহুনা, থরাই চাকখিবতু মতিক চাবনি। থারিকী মতৌদু পামত্রা পামদত্রা— করিগীনো মহাক্লা অতুক কয়া সার্টিফিকেৎ থৌখিবদো ? অতুয়া থৌবগী নিপাতু পাশ তৌরকপনি হায়রদা য়াই। আর্নেষ্ট হেমিংওয়েগী ঙাজাউ ফারুবা ( The Old man and the Sea ) চম্নুবনা ঙাগী মরুঙাক্ত মম্নদা পুরকপগুম প্রতাপপু মিশ মনিপুরনা হৌদোংনা উচি চেনখিবগুম পুত্রগা, সার্টিফিকেৎ ইবা চেজম অতুনা মঙোন্দা পীরম্বতু পেনত্রাও ? writer দা শাঙনীংত্রা ? মরম থঙৌ—কয়া সেন পৌবা মীবু শেন্দোনথ কনানা ফুংশিবগে ? প্রতাপকী মতিক মমল থর হন্নরগা—মিশ মনিপুরনা হুন্দোকপিয়রগা থারিকা লোকপা মতম ঙারবা তাবনি। মতিক-মঙন মহনগী শক্তি তাইবংদা শিজিন্নদয়া কনা য়াওবগে ?

লীলা য়ায়ী শৈরেং ইনরিবা লেখক শিংগী পান্দম্ভমদি চুঙাই-হন্নবা ঙাক্তনি। মুংবু মুংঙাইরবদি রুল কয়া খোঁশাদবা য়াই। হোং-বগী অয়েগ্না লৈতে -ভাইবংদা, সাহিত্যগী মথল খুৎক নিয়মশু অয়েগ্না লৈতনা হোংনরকই—, হিংনবা হোংনরি। এন্টি নোভেল, এন্টিথিয়েটর কয়া থোরক্লে—মুংঙাইনবা হিংনবা হোংনরি –; Plot, character, dialogue. খুৎইশু ( Absurd plays, Non-vean roman খরা পাবা কৈ।

## নৈনব নুঙাইনবা য়াহং থরা :

১। "মেট্রিক পাশ" করম্বা মথলগী লীলানো ? Traditional plays গা করম্না খেন্নে ? Comedy রা Tragedy রা ? Tragicomedy রা ? মরম পীয়গা খুন্নু।

২। নঙনা প্রতাপ ওইরম্মবদি থারিক থায়নরগা ইবেম্মবু লৌগত্রা ? থারিকথা ওইরম্মবদি মিস মনিপুরনা মুনখিদনবা শম্মিষ্টাগুম মহাক্না হায়রিবমধৈ ইনগত্রা ? সার্টিফিকেৎ খোরোইত্রা ? মরম পীরগা খুন্নু।

৩। খমোইদা পারবা ইবা লীলা নত্তে, "মেট্রিক পাশতি" কোক্না চুংঙাইনবা ইরম্বনি। মরম পীরগা খুন্নু।

৪। তোংত্রাবু মনিপুরগী জি, বি, শো মহা অমনি হায়নরিবা করিগীনো খঙত্রা ?

৫। "মেট্রিক পাশ" পারগা শানবা উরগা মুংঙাইত্রা ? করিদা করম্না মুংঙাইরিবনো মরম উত্তনা ভাকউ।

৬। সাহিত্য বিচারগী সত্যম, শিবম, সুন্দরমগী চাংয়েংশু লীলাচুলা পারগা নৈনৌ। (ইং ১৯২০–১৯৪০ গী মনিপুরী সমাজনা মুখম ওইবি।)

জি: সি: তোংত্রা

নবেম্বর ১৯৭৫

# মেত্রিক পাশ

## অহানবা মতাং

### অহানবা উৎপা

মকম : মধুমতীগী য়ুমতাও মচাপি মাঙোন্দা। কক ১ মুড়া ১ থারি। কাহ্নাই অমসুং য়াইমা মকী শেয়ছুনা শাওনা য়া ভাংনরি।

মতম : তর্পণ মপুং, অয়ুক অওনবা।

কাহ্নাই : নংনা চানবদি কদায় য়াদগে, ঐদি অশাইনা লাক্ল-পোৎনি।

য়াইমা : মাঙোন্দা কাবা ঐনা হাল্লি, অহাম অহানবনা হায়া থেংনবা গনতন্ত্রগী নিয়ম থুগাইগনু ভায়া।

কাহ্নাই : মাঙোন্দা কাবা ঐনা হাল্লি, য়েম্নখাদা মী অমা য়েংউবনি ভায়, কায়রোই। নিয়ম কায়নজুশি হায়রবদি ঐনা হায়া উয়বা তায়। নং মপান্দা ময়াম লেপ্তুনা ভাইনরিবছুদা য়াওরু।

য়াইমা : নংনা য়েম্নখাদা লৈরবতু ঐনা উবা য়াত্রাও?

কাহ্নাই : নংনা উহৌত্রবসু ঐনা উহৌই, নংবুদি ঐনা হাল্লি।

য়াইমা : মহুদনিনে ভায়া মীনা য়ৈনরিবসে।

কাহ্নাই : অচুম্বগীদমক্তা য়ৈনবা কিবা মী নত্তে।

য়াইমা : নং য়ায়া য়ৈননিংত্রা ভায়?

কাহ্নাই : অরানবা মীনা অচুম্বা শাবা ফংহনা লৈগদবা মী নত্তে ঐদি, ঐগী অধিকারদা ওইনা শারকপা নংবু লৈনিংঙ্গবদি ঐদি মৈতৈ মচা নত্ত্রেদনা।

য়াইমা : চুমই লাল্লি থঙদনা নরিংজেল পুখোক্না অঙম তান্ন-কম্বনে ভায়া। কৈকান্নদগে, উকিল ফুংঙাইনবা পোকপা মীরা ঐথোয়বো ?

কাহ্নাই : উকিল উন্নাং থঙদে, রা ভাংনহনা কান্নরোই, নকি শেন্মু ভায়। ইযানি লৈনবঙ্গদি ঐ খরাই য়াম্না ফুংঙাই-রোইদৌরি।

য়াইমা : ভায়াদি মী লৈনবগা খরাই ফুংঙাইবোইগে ?

কাহ্নাই : ফুংঙাইতদে।

য়াইমা : নংবা ফুংঙাইনবদি ঐদি কৈদৌবা লৈনককি। ননিং ফুরবা নথন্দা লৈমহৌয়ো।

( চংখিন্না হৌবা )

কাহ্নাই : নংবা হাপনবা লৈনখিদি কাইগোনে।

( লৈনমিজনা গুক গুক লোইবা )

য়াইমা : নংবা ফুংঙাইনবা লৈনবদি তন্নি, নং হায়দ্রী।

(য়াইমা চংথে ; মধুমতী ইথুংলগি পরাং পরাং থোরকই)।

মধুমতী : ইবো কাহ্নাই হান্না থেংনবা করেদা, কন্নিনা ওলি শীগে ফুমিং থানবা শেহৌবা মরাম কোহ্ৌকা ওইহনা লৈরে। তাঙাংবা শেল চিন্নরিনি হায়না ফিজাহনবা শাকইব্রাও ?

কাহ্নাই : নত্তে ইতৈমবা লেল থোবা লাকইরবনি। তাঙাংদু মহৌশাগি মতৌ নত্তে। হন্নক মরক পুকচেল অমা হোংনা উরে — ইতৈমনা করি হায়রক্‌রবদো খঙদে। মহৌশাদি লেল খিদুচোদা হায়রবদুনা হন্দক মরক্তি থোরচোদা হায়রে।

মধুমতী : খঙলে ইবুঙো, নং তাঙাংদু চুম্না লেম্নোই পাম্বগি নক্রবা মচন মচা ওইবদি লেল থংবিবা নংলমন্রে। অদুনকপু ইবুঙো, মামা ঐবু লৌরগে হায়রিবা মাকমদু পেন্সিংদা থম্লগা নবাঙদা থানবা ১০০ দং ওসি লৌনবা বুদ্ধিসি করি লৈ ?

কাহ্নাই : ইতৈমনবু পুকচেল লেংনা হাম্বিরবদি ১০০ দা নত্তে, ৫০০/৬০০ কাও মাঙোন্মদি করিমু লৈত্তে।

মধুমতী : ঐ স্কুল নহা ওইরিবীনা, লোক্না থৌরবা মম্না ৩২ তারবা মঙোন্দা, করম্না লৈশিংদে, অদুগ থঙ্গনা য়েংউ।

কাহ্নাই : মদুগিদি ইতৈমনা য়াখল তৌবিমু, মশা অহল ওইজরবমু তাঙাংসি মবুকচেলদি মহালি। মাম্মী লুপা মম্লানসি মরেকশু-ঘোটশু লোক্রেক লেপ্রেক লাওরিবা নহা ডাক্তা ইরাং লাংইবা, ইছল হল্লিবা। নহাম্মী পোৎ-চৈ অকে অমৌ লৈবদা মথোঙ য়াংগ্রবা লেজনি।

মধুমতী : মদুমু অরানবা য়া নত্তে, চুমই ইবুংঙো, অদুবু ননাও প্রেতাদা মেট্রিক থাজবগা মমুম মকৈ প্লানবা থবক অমত্তং তৌজবা কাওবদি ইতৈমনা তাইখিবা তারি। তাঙাংদগী পুম্বিবা লেল ৩৫০ রোম ওরাম্লিনি। হিজোল ওইনা লৌবিগে লৌবিম্মো হায়দুনা খরা তন্দিক।

কঙ্কাই : অহুদি ইতৈমা চৎচরগে। (চৎখিবা)
( য়াইমা পয়প পরপ চংলক্নই)

মধুমতি : ইবুঙো লেংশিল্লকউ। ইবুঙোদগী ঐনা পুখিবা লুপাসি কয়ানো? দলিল য়াওবিরকপ্রা?

য়াইম : ঐগিদি লুপা নত্তে ইতৈমা, খুদাং ঘরিনি, মীনা ১০০ হুল্লগদা য়োলহৌদবা। ইতৈমনা নোংমত্তং য়াইগে হায়দুনা লম্বীদগী লৌবিহৌরগা য়োম্বোকপিপ্রব্রা, বন্ধক থম্বিপ্রব্রা ইতৈমনা খঙবিরিনি ঐবু কাউবিরবনু।

মধুমতী : ইতৈমা কাউদে, ঘড়িহু মতমসু চাত্রে শিবদা থোইনা কান্নররোই হায়দুনা ননাওনা মেত্রিক পাশ তৌবদা মত্তেং ওইনা শিক্তিন্নত্রে। ঘড়িহুগী মহুৎ হুজিক ইতৈমবু করি পোৎ নত্রগা লুপা কয়া শিংথো হায়বগে?

য়াইমা : কনা নত্তে ইতৈমা লুপা ৮১ দং পীবিয়ু।

মধুমতী : ঘড়িহু ইবুঙো মথরাইনা পামগ্রবা পাখঙ অপঙবা অমনা লৈখিবদা ৪০ দমক শিংলি, শাওরগু ইবুঙো ৫০ পীগেকো, ননাওনা পাশ তৌহুনা লাক্লবদি অহনবা অমা লৈরগা শিংগে ইতৈমনা।

য়াইমা : প্রতাপ্ন কুমশি মেত্রিক থাখিব্রাও? মীনদি Calcutta দরা Bombay দরা ফিল্মদা য়াওত্রে হায়রিদবো?

মধুমতী : তোকত্তানি ইবুঙো, মচাগী য়াদি মমা ঐঙোন্দা হংও। হন্দক্তা দিল্লীদা মেত্রিক থাত্নে। কক্সনা ইখি পাশ

থৌরকনি হায়রদুনা চিঠি লাকই ইবুঙো। ঙসিদি ইবুংঙো লুপা ওইনদি ৫০ সু পীবা ঙম্মোইদৌরি, পোৎ ওইনা পাইবিথিংগে হায়রগা শাল ইন্নকি অমা লৈ।

য়াইমা : জুরায়া ইতৈমা, কয়া হল্লি অমুক্তা য়েংসিদনা?

মধুমতী : (ইমুংদগি লৌথোকন্তরগা) ইক কন্নিপোৎনি।

য়াইমা : ইতৈমা মসিদা ৫০ দি য়ামমল্লি।

মধুমতী : অদুদি ইবুঙো অমদা থম্মুথিগে হোয়েল, হয়েং ওইনা লৌবিরো ৫০ সু।

য়াইমা : হয়েং য়ৌদৌশরক্ক পুজগ্রগে ইতৈমা।

মধুমতী : কনি য়ায়ৌমু ইবুঙো।

(য়েং য়েংদুনা চংখি ; চাউবা চংলকই)

মধুমতী : তাদবু মোড়াদা লেংশিনবিয়ু। (থাবা)

চাউবা : কনি ইবেম্মা। (কন্নি)

নঙা ইবুঙোদুদি মরম ওকপানিনা কুতাইরিনিকো ইবেম্মা। মাবু হন্দক মেট্রিক থাগ্রব্রাও?

মধুমতী : দিল্লীদা মেট্রিক থাগ্রে কুমশি; তাদা ইবুঙো, নচাদু মণিপুরদা তমদুনা মাঙলম্মবনি। দিল্লীদদি করিনো লাইরিক্তা নত্তনা হোকীদা, ফুটবোলদা লমজেন্দা চেঙোংদা য়েডলদ পংফংদা ফংই হায়না তারিয়ে। করিনো য়ানা টেনিস সু অঙৌবা অমা উপ, টুইল শার্ট অমা লিং, ত্রেলগি থোংগ্রাও অমা উপ, দিল্লীগি গ্রাউণ্ডা রেকেট অমা পায়দুনা থোকপদা

য়েংইবা ভাবোক লিশীং কয়াছুনা খুবাক শ্রোপ শ্রোপ খুবছু ইস্কালদা নচয়া তাবদা নাকোংসি য়ৈশিন্দুনো মীনা লম্লোৎপী সেন্দোনবীকা হায়ছুনা লরবা আবিপোৎ নঞ্জে।

চাউবা : মহুনি ইবেম্মা, ইচানা পরপ পরপ লাইরিক্তা লাইওনা, মহৈদা মশিংদা, কপৎলকপসিদি য়াগ ফুতাইখ্রপোৎনি। ঐখোয়স্থ নচাদো মেট্রিকী টেস্ত পরীক্ষা পাশ ওইজবে হায়ত্থনা লুপা ৫০ পুশ্রে, মহুৎলোমদা থাজিমবা। ইচমা রাইরগা বক্সান থম্বিখ্রিবা নচাম্বি গাড়ীছু হজিক কাওবা য়াক্তনা লৈরিবনিনা, ঐখোয় মথা থংবদগি য়েলি অমা রাইরগা তোংহজখি। নচাহু ওসি হন্নি তখ্রে হায়তবা হায়ছুনা খোজ্‌ল লীকন্থু মখোয়গী ক্লাস শায়তমদা লুপা ৫০ হুস্থ য়েলীহুস্থ লুপা ১০০ শি হাজট লৈহৌয়ে ইবেম্মা। গাড়ী মপুনা থানাদা তাকখ্রে। ইচম্মা ইচাম্বি গাড়ীছু ওলি পীবিহুনা গাড়ী মহুৎ ওয়কত্রবদি মহাক থানাগী উপুলা মেট্রিক থাত্রা কম্নিনো থওত্রি ইবেম্মা।

মধুমতী : তাদখোয় অঙাংহুদি য়ায়া ওক্তেদা করিনো। কায়রোই তাদা অঙাংছু দিল্লীদা থাবিয়ু। গাড়ীছু হন্দোক্রবা শেন ওইনদি লৈজদে, পোৎ ওইনা পুবিখিগে হায়রা ?

চাউবা : করি করি পোৎনিনা ?

মধুমতী : ঐ পুখোকচয়কে। (কনেক ২ লৌখোক্লবগা) মসিনা চংবনি ৬০ শি থকাপিয়ো, মসিমনা ৬৫ পীরবনি ৪০ শক্‌মাপুনা ১০০ শি পারকিঞা।

চাউবা : কিশিংগি খয়া খয়দি ময়ে, অহৌবু তান চানজবা মশেলনিনা কয়া ঙাংনয়ুনা মহৎ পীনবা য়াত্রা য়েংউখিগে। পুদৌসিহুম- !

মধুমতী : পুবা তনবিরগ! ঐ অমদা খমদো কচরুখিগে হয়েং হংচিং লুপা ওইনা লৌবিগে হায়ত্রা ?

চাউবা : থৌহদৌশরুক হেক্তা পায়জগ্রগে ইবেম্মা।

( মধুমতীনা য়োম্বগা পী, চাওবনা মথুৎ লৈবাক শোল্লগা লৌখিবা )

য়ারৌবা য়ানেকো ইবেম্মা। ( চংখিবা )

মধুমতী : কৈদগি তাদহুন য়ারৌবিহু—খুদোংম্ম কানখিজ্রে।

( তোম্বা, বিনয় নাকল অমদগি পরগ পরগ লাকই )

বিনয় : ইমা ইভাওগি লুপা ১০০ হায়বহু থাগ্রত্রা ?

মধুমতী : মীগি শেলবু পিংগত্রা, মাগি ১০০ বু খিগত্রা ইমা ভাওরি ইবুঙো।

তোম্বা : অহুদি ইন্দোল ঐগি ২০ হুদি তর্পণ চাক পীজনবা শেলনি।

মধুমতী : হোটেলদগি চাক এহোং ওইনা সপ্লাই তৌবা য়ারোইত্রা ইবুঙো ?

তোম্বা : কদাইদগি ইন্দোল, আজকালগি হোটেল মকম মরাং থত্তনবদগী, অহল লমন লাইগুরু খাইনগি মীশিংনা কদায়দগী চাবিহু য়াগদগে ?

মধুমতী : অহ ওইরগা পিথ্রাই বালজি অমা নৈ, ২০ গি শকুনা পুখিদৌ মত্তাইয়ে।

বিনয় : করিনো ইমা বার্টিনগা ফনেকদি ইনেনা য়া খোকহৌরে খা ৬ শুরে খিল্লকুবা লৌরুচো লাকইবনি। খানাদা য়ৌনহুনা য়া খোক্লরনি।

তোম্বা : থানা য়ৌনদৌশরুক ঐগিচু কোয়া পীবিরো।

মধুমতী : ফনেক্কুদি তা চাউবনা হুজিক্তা পুম্রে মাগি গাড়ীগী মহুৎ শুল্লুনবা। নপোয়নী চত্তুনা ফনেক্কু শেল ওইনা হয়েং পীগে হায়রুনা অমুক্তা ভাংনকগেরা ?

বিনয় : থানা কানিংগ্রবদি পীয়ু হায়রুগে মরাইনা য়াজরকনি। ঐদি ময়ুম্বু মুয়া খঙদেনে।

তোম্বা : মুম্বুদি খঙই ঐগা চৎলুসি।

বিনয় : ইতাওগি ১০০ হুদি শোইবা য়াপোৎ নত্তেদো।

মধুমতী : মথাং মথাং অমদগি ৫০, অমদগি ১০০ নত্তাওনা পাশ তৌবা ঙাইবসি য়াগ্রেদা।

( বিনয়, তোম্বা চৎপ্রে )

মধুমতী পোৎ-চৈ পুশিন্দুনা ইমুংদা চংখি।

( তোমালনা লৈঙাং ফিহুপ অমা লেংবান্দা য়াব, ফৈজোম কুণ্ডা মাংগা য়েপথং, মোজা ফুরিং অমা লিং, য়াশ শাক্লৈ পায়হুনা লাকই, খৌদেমই ; তাবদা মধুমতী খোরকই। )

মধুমতী : তাদবু করি থবক্কী ওইরবনো ?

তোমাল : সন্, অরাংবী অমা য়াওগ্রহুনা খিবদগি মুম চংলকপনি ইবেম্মা। নঙা ইবুংঙো প্রতাপ্কু মেট্রিক পরীক্ষা থাগ্রবা ?

( কম থাই, কমাই )

মধুমতী : হুন্দক থাক্লে খরা লৈরগা হায়দোয়রুনি।

তোমাল : খবক খরা হাপতৌবা লৈ পাশ তৌরকদবা ওইরবদি নোমহৌবা কৈদকো।

মধুমতী : নচাহু পরীক্ষাদি কজনা তৌখি পাশ ওইরকল্লি হায়। খবক্তি কেরানীরা ওবারা লুপা কয়ামুক তিংলগা ফংগদগে ?

তোমাল : লুপা ৫০ মুক চাবা খবক ৎাকুনি, ঐনা নোম্নবদি শেল পংয়াম য়াম্না তিংলোই। ইবুঙোহুবু খোরক্তিব্রাও ?

মধুমতী : লুপা ১০০ থারকউ খোয়রুনি হায়রকই। হয়েংমক ১০০নি থাগে খঙ্গরি, শেলদি লুপা অমা ফাওবা পায়দ্রে।

তোমাল : অহুদি কয়য়ো ইবেম্মা ? মাইকৈশোমদা শেল কোম্বা হায়রবদি তাঙাং মহাজন্দনি, মঙোন্দা হংবিরব্রাও ?

মধুমতী : মাঙোন্দগি ৩৫০ হান্না লৌরুবগি শেল খৌবা মী হুজিক্তা থারক্লম্মী। মসি অহনসি মখোং চাদেদা তাদা, মঙোন্দগি শেল পুবা য়াপোং নত্তে।

তোমাল : কমদৌবগে ইবেম্মা ?

মধুমতী : ঐবু মানা লৌয়গে হায়রে, অহুদী ঐনা তাঙাংদি খরা অহল ওইমল্লে, মশা নানবা উরিক লুগুণ মচা তাবা, খরা নহা ওইবা মরলশু লৈবা থিখিগে, ফদ ফংব্রগা তাঙাংগি শেল মরামহু কোক্লনবা লৈগে হায়নরিবা।

তোমাল : ইবেম্মবু হুজিক শেল কয়া য়াম্না চিনবিরিবনো ?

মধুমতী : রামজদে হয়েং অঙাংদা থানবা ১০০ থক্তনি।

তোমাল : অদুদি ইবেম্মা শ্বগুগনসু ঐ না অমা হায়গেদো অরাবা কোক্লবা।

মধুমতী : থীনবু থীল্লবনে তাকপিরো, করিগি শাওজক্লগে, অরাবা কোক্লবা রা হায়ক্লিগা।

তোমাল : হায়রগেকো শেলসু ১০০ অমা ২০০ অমা কোয়া শিজিন্ন-রিবা মশা নানবা, মফিমরোল মচু তাবা, উরিক লুগুপ লংবা, চহিসু তাঙাং মহাজন খোয়গি মখা নহা, ৪০ থরদা হেঞ্জরিবা অমা লৈনে।

মধুমতী : লুপা ১০০/২০০ দা পুগে হায়রুবদা ইকোম কোয়া পীরক্তগ্রনে তাদা ?

তোমাল : পীরক্তদবা মীতা থন্দুনা হায়জরকইবনি ইবেম্মা।

মধুমতী : কনানোনে তাদা ? পরপ পরপ থঙনদুনা শেল চিল্লিবা ১০০ সি পায়নিংলেদা। মবুকচেল কমদৌবগে তাদা ?

তোমাল : ইবেম্মা, নিপাসি মুপী লৈত্রে পাঞ্জানি ; মচা মুপী অনী লৈ, লোইনা মমুম পানগ্রে। মচা নীপা রাঞ্জে। ইবেম্মগুম্বী মচানিপা লৈবী মবুকচেল শেংবী, মগক মতৌ কজবী লুপ্রাবীগা, রায়া মরূপ ওইনিংই। অাব কত্তবা থনগদ্ম ইবেম্মা, লোম্বে লৈদ্র হায়বগি ওংদা নদ্রে, সত্তী ধর্ম কারণদবা নদ্রে।

মধুমতী : অদুদি মাগিদ্রু কয়ি ওংদানি হায়বগে ?

তোমাল : ইবেম্মা মাগিসি য়াম্না কজরবা লুরবা ভাব অমা পুরি। মহাক হজিক চাবা থকপা য়াংডে, থবক লৈতহনা পোথাকম থম্দহনা য়ারে, হিংহনা লৈবগি নেশা কাম্রে। মরম অহনা নিপামচা অহুগি মহৈ মশিং তমহনবা, থবক থিবিনবা সুপী থিবিনবা থবক্ত্ য়াওনিংই। ইবেম্মনা চানবা লৈত্রে শেংনা ইরবা লৈথিদ্রু হায়রহনা মনাকোংদা ঙ্ং ঙ্ং ঙংবিবা পাম্বই। মহ্ তাদবা মতম কুইরহনা নিপাসে ঙাওবে, হিংহনা লৈবগি সুংঙাইরবা মশাম্না অহু মহাক কাউথিদোবে হন্নবা তাবে হায়রহনা সুংশা থীরে। লৈবাক সমাজগি মিথয়েং কাম্নদা ইবেম্মবু মহাক্না লৌবা পামজদে। চুম্না ইবেম্মনা মরুপ মশাংগি ভাবতা মঙোন্দা অহু পীম্নু, অদা থিবিম্নু, শেল লৈত্রে ক্সি লৈবিম্নু, অঙাংগি থবক থিবিম্নু... অসিনচিংবা হায়হনা 'মঙোন্দা থবক্তা পংচিন্দা চিন্নহনবিবা—অহু ওইরে মানা পামজরিবদি।

মধুমতী : অহুম হায়না ভোহনা ঐনা হায়রিবমখৈ মানা য়াবিরবদি ঐগিদমক শেল তিংবা পান্মুদনা পংনোমদা নোম্বিরবদি প্রতাপ মপাদোনা মাবু ঐনা সুংশিদবা ওম্মকওইবো তাদা।

তোমাল : সুংশিবসিবু মানা শাওরনে! শাওরোই ইবেম্মা। মানা কিরিবদি সমাজনা নোক্নগনবা থবক, লুপ্রাবীহগা পাপ্রাহগা পুম্না য়ুম লিংঙ্রে হায়রবগুম্বা মীংচং থীবা য়াসি থোকহল-নিংদবা অহুদনি; ইবেম্মনা মাবু সুংদা সুংশিবিবা, মাগি লৈথিত্রবা সুপীনা মঙোন্দা থবক শিরম্বগুম থবক্তা য়াংহল-বিদবা মঙোন্দা য়ুম পাম্নগেদি থক হায়রিবদবা অসি ওইরে।

মধুমতী : ঐনা পাময়ৈ হায়বক্ত থোক্লেনা অহুদি। নিপাহুবু কনা-নোক্নে তাদা ? কুদায়দা উন্নবা কংপদগে ? মধুমদা চৎলুসি হায়রা হুজিকমক।

তোমাল : ইবেম্মনা হুজিক চিন্নীবা শেলসি ১০০ থক্তনিকো ?

মধুমতী : মানি তাদা।

তোমাল : শেলছু হায়া লৌকখিসি, নিপাছু কোয়া তাকে ইবেম্মা। লাকও চৎসি।

মধুমতী : খঙনিংবনা শিদৌরে কনানো তাকথোক্নো হায়নি। ( চৎনা চৎনা )

তোমাল : কনাসু নত্তে, ঐনিনে ইবেম্মা।

মধুমতী : কৈমা, অসাই সন অয়াংবী হংখিবা লাকপদুদি ?

তোমাল : সন খিবা তোক্লনা সন খিবা চৎমিন্নখিসিদি ?

মধুমতী : সন য়োক্তৌ শরুক নিপামচা অমা মেত্রিক পাশ তৌবা কাওবদি—

তোমাল : মেত্রিক পাশ তৌবা কাওবদা নত্তনা ঐগি মত্তমা কৈরিমথৈ ইচনগি পাগোয় ইচনগি পাখোয়োই।

মধুমতী : অঙকপা থৌজালনি তাইবঙপান মপুগি। (মগি তাই !)



# অহানবা মতাং

## অনীশুবা উৎপা

মহাত্মা গান্ধী রোড, New Delhi ; মতম নুংথিল পুং ২॥০

কশীদা মশা নানবা পাখঙ অমা টেনিশ শাম্নবা য়েংবা চৎলি, পাখঙ অমগা উম্নৈ। Servant কি কিজেৎ গুইনা খরা মোৎপা নিপা অনীখকম্ন হক্ষৎ হন্দা চক্ষ্ন্না মী ঙাইবা উই, চিঠি অমমম লোম্না পাম্নহুনা লম্নাই গুইবা—।

পাখঙ ১ : নমস্তে। ( পরপ পরপ চৎখি )

পাখঙ ২ : নমস্তে। ইতনী জল্দী আপ কহাঁ জা রহে হৈঁ ?

পা ১ : আজ মৈঁ নেসনেল স্তেদিয়ম মেঁ Inter state tennis final দেখনে জা রহা হুঁ। আপ নহীঁ দেখোঁগে ?

পা ২ : মুঝে মালুম হৈ কল হোগা final.

পা ১ : নহীঁ নহীঁ আজ জরুর হোগা সাড়ে তীন বজে। চলে চলো।
( কাহুনা চৎমিম্নখিবা, Servant ১ ডাম্নরকই। )

সার্ভেন্ট : মাফ কীজিযেগা বাবুজী, আজ কৌন কৌন Team খেলেংগে ?

পাখঙ ১ : Manipur v/s Bombay. ( চৎখি ) ( Servant মঙক হাইহুনা লৈহৌই, মী শাকপ্রা য়েংবা উম্নহুনা হয়াও হয়াও চৎখি। খোঙগ্রাও অককপা অঙৌবা,

অঙোবা হাফ শার্ট, টেনিস শু, চপ যাম্না শেৎ লিংলগা টেনিস রেকেট অমমম পায়দুনা প্রতাপ অমসুং কুলচন্দ্র বি, এ, মণিপুর রিপ্রেজেন্ট তৌদুনা শাম্বা চৎলি। মথুংদা ঘড়ী অমমম শিন্নি)।

কুলচন্দ্র : কৈদোঙৈ মণিপুর থোকপা?

প্রতাপ : ঙসিগি টেনিস ঐখোয়না খোইরবদি খরা লৈখিনি, পোরবদি ইমানা শেল হেক থারকপগা চেনগনি।

কুলচন্দ্র : চৎপা হায়দুনা চেনবা হায়রিবা করিগিনো?

প্রতাপ : রেল গাড়ী, হরাগাড়ী, এরোপ্লেন তোংলবদি চেনবা নত্রাও দাদা?

কুলচন্দ্র : ইবো প্রতাপ নংগিদি, ঐবু খঙহল্লিংদবা রা অয়োনবা য়ায়া লৈনা উইদা?

প্রতাপ : চেনগনি হায়বদি দাদা, য়ুমদা য়ায়া চৎনিংলদুনা পরপ পরপ য়োনিংলবগি রানি।

কুলচন্দ্র : মীনা থাজনব রা, ঙাংউ প্রতাপ, মসুং মপান নাইগনু। নশকা নচৎকা লিংজেল যায়দনু।

( Servant অমনা নমস্তে তৌরগা চিঠি অমা পীদুনা )

সার্জেন্ট : বাবুজী আপকী চিঠি।

প্রতাপ : তুম কৌন হো? (জোই)

সার ১ : আপ হমকো ভুল গয়ে সাহব?

প্র : तुम जैसे आदमी मेरे लिये बहुत हैं। बताओ तुमको किसने भेजा ?

সার—১: मिस सुन्दरी को भूल गये साहब ?

প্র : Oh, I see, मिस सुन्दरी का आदमी।
(Servant কি মথক্তাইদা মথুন্দনা য়েংনা নাম্লি। কোনবদা Servant তু সুংশা মপী হোল্লি। চিঠি কাকুনা পাই, নোকফেৎ ভোনা) साढ़े सातके शोमें मेट्रो सिनेमा हालमें मुझसे मुलाकात करनेको कह देना।

সার—১: मेट्रो सिनेমা होल (লোম্না) साढ़े सातके शोमें।
(কুপনা ডুকই, ভাশিন্নদে ঘড়ি য়েংই চুরুট চমথুনা থকই। Servant চৎখ্রে, প্রতাপ্পা পন্নপ পন্নপ চৎকে ভৌবদা সারভেন্ট অমা মতুংদগি পন্নপ পন্নপ তান্নরকুনা)

সার—২: बाबु साहब आपका खत। (পী)

প্র : किसो मेम साहबने भेजा ?

সার—২: खोल कर देखीयेना साहब।

প্র : बहुत चिट्ठिया खोली हैं आज ; अच्छा तुम जाओ। ফুরিৎ-খাউদা শাম্না)।

সার—২: बाबुजी यह बहुत जरूरी है।

প্র : क्या जरूरी क्यों जरूरी ? (হায়দোকই)

সার—২: आपने कहा आज सुबह श्रीमती सुबालाके पास एक गोल्ड गिल्ट रिस्ट वाच भेज देंगे, लेकिन आपके श्रीमतीजी आज बहुत नाराज हो गयी है।

প্র : दिल्ली की हरएक दूकान खोलके देखा, श्रीमतीजी की पसन्दकी कोई gold gilt wrist watch नहीं मिली। स्वर्णपुरी लंकासे मैं मंगाऊँगा और आज सुबह लॅडनमें भी एक order चला गया ऐसा कह देना। मुझे उम्मिद है एक हफ्ते के अन्दर २ घड़ी आ जाएँगी। समझे ?

কু : মতমসি থেংজিন্নক্লেনে ইবুঙো কনাগি ঘড়িনো চেনবিন্নি-বো ? (প্রতাপনা ইঙ্গিৎ তৌহনা সার্জেন্ট চৎহনখিবা)।

সার্জে ২ : (চৎনা চৎনা) बाबुजी आज श्रीमतीजी आपका मेच नहीं देखेंगी।

প্র : बड़ी अफसोस की बात है।

( করেম্না Servant তা মমিৎ খৎপা )।

কু : দিল্লীদা মেত্রিক থাব লাক্লগা লাইরিক ইপা পাদে হায়বদি মরূপ মপাংগি পোৎচৈ লৈথোক লৈশিন, কুমৈ য়েংবা থিঙ্খোক থিজিন্দা থবক চিনবননিদনা ?

প্র : পরীক্ষা থারবা মতুংদা খঙনবা ঙাক্তনি।

কু : শেংনা হায়য়ু, নংনা কোয়রা মুপীসি কয়াদি শুরে ইবুঙো ?

প্র : দাদাবু অমত্তা কোয়ত্রিবাও ?

কু : পৃথিবীদা ঐনা কোয়বা চিঠি শীবা অমকাও লৈতে। দীল্লীদা চহী ৫ এম, এ, কাওবা তমলকইবসি মুপী অমত্তা খঙনদে হায়বা।

প্র : My god ! অমা লাওবা লৈতবা ? not a single girl in love relation ?

কু : Not even in dream নংগিদি কয়া শুরবগে ?

প্র : মণিপুরদা নিকু, কলিকটাদা ২৫, দিল্লীদা ১৩, থা ৯ গিদি মনুংদা।

কু : পুরা ৭৮, ! (হক্না) a good number ! নমা লাইরবীনা অদুক রানা মেত্রিক পাশ তৌহননবনি হায়দুনা শেল পুর পুরদুনা থারক্লগা অদুক ওক্তবদি চুম্লাও ?

প্র : মুংশিবগি রাসি অচুম অয়ানগি রাখল চংদে দাদা। হয়েং তুংদা খঙবীরকনি সত্য।

কু : ওাইথে', টংঙো নংবু মুপীনা অম্লক রাম্বিবসি কম্বিগিনো ?

প্র : শনিগি দশারনে দাদা।

কু : নত্তে, থাইনগি মাইয়োক রাকা হায়বদু শায়ব্রাও ?

প্র : দাদাসু তম্বিনিংব্রাও ?

কু : নত্তে, হৈবু হৈব্রাও ?

প্র : থক্সিজ্জং হৈহৈজ।

(লাপা দোকান্দার অমা লাকপা উদুনা খিংনা প্রতাপা হন্দোক্লুনা চেনগে তৌবদা পরপ পরপ তায়দুনা মথুং কারগা নমত্তে হায়দুনা ফুম্বিংথাওদগী বিল অমা পীকৈ। প্রতাপা ফুম্বিংথাও মাশিয়ব, চিথহৌবগি ভাবতা)।

প্র : I am sorry, मेरा मनि बेग कोटमें छोड़ आया। अभी हम टेनिस खेलने को जाते हैं। आज रात तुमको रूपया मिलेगा।

দোকা : बाबुजी ऐसा मत कीजिये, आप अभी देना चाहिये। पूरे तीन महिने तक आप मुझे तकलीफ देते आ रहे हैं। आप जैसे बड़े आदमी छोटे आदमिओं पर ऐसा जुलुम नहीं करना चाहिये। ( শাওনা )

প্র : ঐদি বেগ পুজ়রক্তে কাউহুনা', লুপা কয়ামুক য়াওবিরিবগে দাদাবু ? মসি নিপাসিনা ঙসি শায়বা মজল ওইহন্দবা তারে। লুপা খরা শিংবিখিত্রবদি।

কু : লুপা কয়াগি বিজনো ?

প্র : য়ামদে ১৩০॥ খক্তনি।

কু : অহুক য়াম্বদি কদায় য়াওদগে ৩০ মুক্তি য়াওরি।

প্র : ৩০ হু ওহাক্তা য়াইজগে। মনাক ( চংহুনা )
(কুলনা ৩০ পীবহু লৌরগা ১০ মাগি ফুরিৎ খাওদা হাপ্পগা ২০ হু দোকান্দারদা পীরগা।)

প্র : अभी ये लो बाकी कल चुका दूंगा।

দো : बाबुजी इतनेसे क्या होगा ?

প্র : (লুপা হাপচিল্লগা) अच्छा सब रूपये कल दे दूंगा अभी जाओ। मुझे डेर हो गयी। खेल के लिये जाता है।

দো : अच्छा बाबुजी अभी तिस रुपये दीजिये तो सही बाकी कल दीजिये।

প্র : तुम मुझे बहुत तकलिफ देते हो। तुम्हारा बिल मैं कल जरूर चुकाऊँगा। अभी कुछ नहीं मिलेगा आओ तुम्हें अपना रास्ता नापो। ( চৎখিবা )

(মেম থুপী শাহনা বোথে য়াশী অমনা খুনিং য়াংবী তোংহনা য়থাল অয়াংবনা মকোক্তা কি কেপ্ট হেট অমা উপ হাত্তিন অয়াংবা অমা তুপ, পরপ পরপ তায়রকই )

ছায়া : Hallo Maharaj Kumar প্রতাপসিং।

প্র : (হয়া য়েংলগা) Good day, darling! आपका कैसे आना हुआ ?

ছায়া : Bombay to Palam air port by Plane. aerodrome से यहा तक car.

প্র : दिल्ली में आपका क्या जरूरी काम ?

ছায়া : Inter state tennis final देखनेको महाराज कुमार। मेरे कारमें चलियेना। पैदल जाना आपको शोभा नहीं देता।

(চিংহনা পুবা)

প্র : দাদা মেম সাহেবকি কায়দা লোংবনা থুবনি, পুংস্থ ভাদোয়ে।

ছায়া : आपको तारिफ ?

প্র : Mr. Kulachandra Singh, my partner in the tennis tourney और आप Miss Chhaya Devi, wellknown film star from Bombay my loveliest friend in the world.

(নমস্তে তৌনরগা হন্দুনা চৎমিন্নথি। লাখা মেৎবা দোকান-দারমা পোল্লি।)

"মহারাজ কুমার"

প্র : Miss Chhaya Devi दिल्ली में मुझे महाराज कुमार के नाम से मत पुकारना, मैं यहाँ C.I.D. का काम करता हूँ।

ছা : Oh I see!

প্র : इसलिये मैं मामुली आदमी के तरह खाता पीता हूँ। कभी छात्र बनकर जाता हूँ, कभी गरीब आदमी बनकर बड़ी तकलीफ से रहता हूँ।

(কুমনা ইঙক ঙকই। অহন্মক চৎমিন্নথি।)



# অহানবা মতাং

## অহুমশুবা উৎপা

থার্ড ক্লাস হোটেলসিগি মাক্তেংদা চুমিন্দাংবাই প্রতাপ অমসুং কুলচন্দ্র টেনিস শানরকবদগি বাব্রী শাহুনা হলরকই। প্রতাপা স্যুট কেশ অমা পায়রকই।

প্রতাপ—ঝাপ্তোবু দাদা ওহিগি game ছু ঐনা মাংহনরবনি। সত্য, চুপ্পী মরামদা ভৌরুরিবা অং মর্মাম, দোকান্দগি লোংপা শেল মর্মাম, হোটেলগি বিল মর্মাম কানরকদৌরিবা, ইমানা যুমদগি ১০০ দং থাররক্রবদি চেনপগে হায়বু মহুসু থারক্ত, ঐ ভাওয়ে দাদা—অহুনা পুক্নিং চোইবদগি পোরিবা পাজলনি।

কুল— নংদি টেনিসকি রাখল থজ্রেনে, কমদৌরগা দিল্লীদগি চেন-থিসিগে মী উহন্দনা শেল মর্মাম শিংলমদনা। মহুশুবা life তুবু মুত্তাইত্রা প্রতাপ—?

প্রতাপ—নমথাক লৌনম নত্রগ ওইদব রাসি অমবু হৌরুরবদি মাবু অচুব মালহন্নবা হোৎনবদা ওইদবা ১০০ কি মতেং চংই। হন্দোকসি কদার জিসিনগি কদার, অভিমন্যুনা চক্রব্যুহ চংথত্তম কোক ভাংই দাদা,—মতুংদে ঐগি life সি কমদৌমা চুমথৌকদবনো। চক্রব্যুহ কাপথাইনবা লাইবা—।

কুলচন্দ্র—বোম্বেদগি লাকপী নংবু মহারাজকুমার কৌবীহুনা করম্না খণ্ডনকরিবা ? অতৈ শায়রি মহুগি রা অমুক্তা তাখিসি।

প্রতাপ—মাপ তৌবিয়ু মহুগী রাহু অকথোকচরোই দাদাজি।

কুলচন্দ্র—তাকউ হাত্রবদি নংনা হাইখিবা রুপা ৩০ দুদি ?

প্রতাপ—১০ লেপ্সি, ২০ দি হোটেলদা বেম্বেগি ছায়াদেবীগা লোইশিনমিন্নখরে। (১০ পীবা)

কুলচন্দ্র—অতৈদি কলাম্নদগি শেলনা কৈদৌটৈ শিংদোরিবা ?

প্রতাপ—দাকপিন্নব উন্নমক্রে, ইমাবা রুপা ১০০ থাবক্লে হয়েং অয়ুক লৌখোকউবগা চত্রিকৈদা পীজরমগে।

কুলচন্দ্র—শেল পায়রগবু নংনা ঐবু উন্নবখিত্রাও ? নংগি ১০০ দুনা হোটেলগি দোকানগি ইবেম্মশিংগি কিল কোম্নগত্রাও—রেলগি ভারানা কদায়দগি ? ঐগি ২০ দু মুমদা ছুটি থোরকপদা পীজরো অসাইগি ছায়াদেবী হায়বী, মেমনুবী-দুনা নংবু মহারাজ কুমার কৌদুনা বোম্বেদগি লিম্নী তাম্না থিরকইবগি মরম করিনো ?

প্রতাপ—হেয়া সিরে অসুম তৌরনে। কলিকাতাদা লৈবা দুংতাইত্রে বোম্নে রেংবা চৎলুগে ত্রৌবাদা—শেল লৈরকত্রদুনা ইশাদা শেংগা উন্ন লিংখো মতমগি পোষাক নত্তনা রেজীং স্যুট কেশ রোন্দুনা চারবা মতুংদা ছাওরবা বোম্বেগি হোটেল অমদা চংদুনা তাক চারবু ঈশ্বরগি লোংদম্না অসাই দুগীহ থেনরে—

মীরু মকল চায়রে। ঐমানি মাখি শাং-শাহুনা চাক চংমিন্নবদা মানা ঐবু কনানো হংই। ঐনা মণিপুরগী মহারাজকুমারনি, India কোইবা শাকপনি চঙীদা লুপা পোং চৈ পুন্নমক মাংহোরে Servant শিংগমু কায়নরে হান্নবু মানা help পীগনি মখোয়দা নৈকসি হায়রে—। hotel গি বিলস্মু মানা পীরে, মক্তুং ইন্দুনা চংলে, মামক্তি লুপাবি ইনাক থুনবী অমগী মতাঙ্গী ওইরে। ঐনা মাবু মণিপুরদা পুরগা লুকোংগনি—নিংথৌ ওইরগা রাণী হাম্বিনি হায়হুনা দলিল ইহুনা পীরবী লুপীনি। ঐহাক মিন্নীদা নৈ হান্নবা তাকহুনা থিরকইবনি। দাদা ঐ পোং চৈ য়োম্মুখিগে—তসি অহিং তেনখিবা তারে, —সুন্নাইদা নৈকররোই। ঐবু মীনা থিরগা সিদ নৈ হায়বা তাকপিরম্ভু।

কুলচন্দ্র— তকইদকো—মণিপুরগী মহারাজ কুমার ইবুঙো-তাইথো মিন্নীদগিদি লুপা কয়' হাংলে ? ( ইবুন্দা চংমিন্নবদা তাইবিরিতৈদা মপান্দা মী, থোদেম্বা তাবদা প্রতাপা লোংলি কুলগি চুংদা—টেক্সী ড্রাইভর অমা চংলক্না হংলৈ )।

ড্রাইভর—বাবুজি, মহারাজ কুমার প্রতাপ সিংহজিকো কোই য়াদ করয়া রহা হৈ কৌন।

প্রতাপ— রাজকুমার—

ড্রাইভর— মণিপুরকে মহারাজ কুমারকো।

প্রতাপ— কিসনে বুলাইয়া ?

(ছায়াদেবী পরপ পরপ চংলক্লপা যুবরাজ চৎখিব—উবদা)

ছায়া – Hallo, যুবরাজ সাহেব !

প্র — Hallo, my darling যুবরাণী সাহেবা !

ছায়া— আপকে লিয়ে মেরী কার য়হাঁ খড়ী হৈ জী।

প্র — We shall walk on foot for health I am tired of cars যুবরাণী।

ছা — No, my lord. It does not become your highness. আইয়েনা কারপর চলিয়ে। আইয়েনা— ( মখুৎনা চিঙ্হনা পুবা কেনা )

প্র — Yes, for my darling's sake I won't mind health. (খুদাং অনী লৌনহনা অশোইপা লোইননা ইশৈ শক্ত্না চৎখিবা)

Life with love
is the life sublime,
Life without Romance
is a game without chance.)

ফুল – (মুন্না ঙকা য়েংহৌরপা কমথক্লনা রাখল ভৌহোই)



# অহানবা মতাং

## মরিগুবা উৎপা

(জমিদারংবাক্ত মধুসূদনগি মাঙোন্দ শেগাইবা কক ১ থাদ্রি, কনাগুমতা লৈতনা উই, থোঙ গো লোয়া। বিনয় অমসুং তোমাল বারী শাম্বুনা লাকই।)

তোমাল — হন্নক ঐখোয়না নতাওগি হায়কনিবা মুপীসি মশক মতোয়া, মইহেদা মরেমচংভ করি বাংলি লেংনা হাবু রিবয়।

বিনয় — কমনপ্রভুনা ঐদি মুংশা ভীরবনিনে মামা।

তো — মুংশা থীবা হায়বে ?

বি — ইতাওবু মখোয়না পামই পামদে হায়রাও মামা—? চাননা পীরব্রাও? শোইত্রপাও ?

তো — নতাওনা মেট্রিকপু পাশ তৌরক্লবদি শোইবগি মথৌ লৈত্রে। ঐখোয়না হোৎজসি হায়বা মুমিত্তা থেরা লৈত্রে।

বি — পাস তৌদবা শোক্লবদি ?

তো — মত্থদি শোইয়ে, কক্সিনো হায়বু লৈকাইহুনা হৌখিল্লবা করক-করক য়েংনবা লৈশাবী অনীবি। হন্নক অমদি মেট্রিক পাশ অমদা লুহোংগ্রে, মত্থনা নতাওনবু মেট্রিক পাশ তৌরক্লবদি কেল্লবা হৈনি। মখোয়না নতাও প্রতাম্ পামগ্রে, বি এ, এম, এ পামকদে, প্রতাপা মেট্রিকপু তৌরক্লবদি।

বি— ইমা। হায়। শো লোম্লিনা। এঃ খংলে, ঐখোয় ইমাসি ইতাও ওসি খোরংকনি হায়ছবা ওকপা চংলমতারে।

তো— চুমইনে ধর্মশালা মমাংগি পাড্রী থুংকম লোমদা চংপনা কবা তারে।

বি— অছুদি লেংওসি মামা। ইমানা মামদগী পুব লেপসি কয়া-মুক্তি ওগ্রবগে ?

তো— লুপা ২১০ য়োমদা ওাইবি। নতাওনবু মেত্রিক পাশ তৌর-ক্লবগি কেরানী ওইহল্লবা, বাবু অচৌবা মানা তোৌগেদা তৌব ওবা অমগা ঐগা খওনৈ। মরুম অহুনবি মমাদা ঐনা লৈরবা শেল থংবা কিত্রিবনি।

বি— অছুগা মামা লৈতবা লাইরবা মীগি মতেং পীবসি ধর্ম্মগি লোয়া মাংপোৎ নত্তে। ধর্ম্ম হৌবা মীবু ঈশ্বরনা মতম অমদা নত্রগা মতম অমদা মকম অমদা মতাং অমদা মহে অথুবা পীবিদবা খক তৌদে মামা।

তো— নত্তে, বিমল, মামাবু মীনা থীনা ওাংন লাক্লবা তারনহায় ?

বি— তাদে অদে মামা, কনানা করি ওাংননিংওাই লৈছনা তাগ্রদগে ?

তো— নত্তে তাইবমী হায়বসিদি মীগি ছিত্রদ থিগৎলগা পোখানবা রারী ওইনৈদো—ঐরা পাশ্লানি কুনী লৈরে, মমানা লুপ্রা-বীনি, লুপ্রা-পাঞা অনীনা তাথোক তাশিন তৌজ্মা নতাওগি থনক মংনরা লুয়োংনবা য়োংনবসিবু টেলবাক্সা থীনা ওাংনবা হায়রি মামনা হায়বদি ?

বি— কপ্রে জুং চাপ্রে হায়ফুনা হয়াওহনবদগি হেয়া কনানস্থ থীনা ভাংনদে মায।

তো— (ইকাইবনা উংবা) জুং চাপ্রে হায়ফুনা হয়াওবা! ইস, ঐদি ইচম চম্না মরুপ মপাংগি ভাবতা চুন্না ধর্ম্ম ওইনা, সংকর্ম্ম ওইনা ঊবিগত্রা হায়রগা বিষ্ণু বিষ্ণু!

বি— নোক্লবা নত্তে মায, কল্লিস্থ থনবিরুগনু। (চৎমিন্নখি) নাকল অমদা প্রতাপ্পা কৈজোম মোৎলবা শেৎ, মুগা ইন, উফুল ইতৈ তৈ, সুটকেশ অমা পায়, মমানা ট্রং উপু কোকথোং নাফুনা মযুম হল্লকই :—

মধুমতী—নিপাম্মচা উপুসি অমুক্তা থারোলাও।

প্র— ঐনা পুগে হায়রগা রাননবা ইমানা কৈ কান্দদা পুরকইব-ঝিনে। কোক নাম্লাও?

মমা— ইচাগিদমক বাবা, ইচাগিদমক নোম্বা, শেল পুবা, মীরা তাবা ইকাই ইকি থওদনা চোৎলবা কুংওাইবা অমা পোকই নিপাম্মচা। নপান নংবু কল্লিওক্তা পাদৈ অমা শিজিন্নফুনা মেট্রিকদি পাশ তৌহল্লু হায়রম্মি, অফুনা ইমানা অরাবা থওদনা নোম্মিবনি! হন্দক্তি ইগা জ্ঞান তারে পরীক্ষা পাশ ওইরক্লনি হায়বা ইমানা থাজরে। তোনসল্লু, ইমানা হুজিক ভোল্লিবা শেল ময়ামসি, ইচাদা কুওাইহৌরগা লোইরে।

প্র— পাশ, ওইরক্লনিদ্রা ইমা·(চিংনবা মিৎয়েং)

মমা— ইচানা পাশপু তৌরক্লবদি নংগি মামনা কেরানী বাবু অমদি শোইদনা হাপহল্লনি। ইমৌ অমস্থু হায়রে, মেট্রিক পাশ

নত্রবদি পীরোই হায়রিবী, মশক মতৌ মরক্ষং করিনত্তা হাংত্তে নত্তাওগা মেংমিরক কপ্রপোৎলি।

প্র— মায় হায়দি কনা ?

ম — হৈমা ! নং মামবু মশক থঙত্রাও ? মংগি শেল অরাং অপা যেন্নবা পুবিরিবা নংগি থবক খিবিদোরিবা, মংগি ফুনীসু মানা হায়রগা পীরকদৌরিবা মামনি। ঐখোয়দা তোয়না লাকই, ওগিসু লাকনি শক থঙনৌ, তরাম তরাম মাম কৌ করিমত্ত হঙোইরসু কগ্রবা মীনি।

প্র— ঐখোয় ইমাগা পোকমিন্নবা মামদি নৈ হ্যুয়বা তাখিদে, করস্বা মামনোনে ইমা ?

ম— নত্তোন্দ কায়ত্রবদি পোকমিন্নবা মামনা কৈদৌবগে ? ঐনা হায়রিবা নংগি মামদিদি ঐগা পোকমিন্নবদগি হেন্না নূনা তৌগদবা মীশক্তি থঙই। নংবু হন্না তোংলকপগি নকোক ওাওয়াও ? করি করি য়েহাং চানিংই, ইমা হোটেলদগি লৌরুগে।

প্র — অরৈবা থরা ইমা চাখুমদা থোংহুনা চাগিবা, মহুনা পুক্লিং শেংবসু হেন্নি, শেল চংবসু হেন্নি।

ম — নিপাম্মচা মং মেট্রিক পরীক্ষা থায়ম্মকনা অমুক পাংবসিবু করিনৌ ? কে অমুক, শিং অমুক মেহাং অমুক তোওাম তোওামবা মকমদগি চুক্তিগি থোংহুনা লাংহুনা চাবগা হোটেলদগি পুন্না চাবগা থা থাগি মী অমত্তনা অমুকা থৌরবনা ওাংনবা লাইত্রা শমত্রা থমুনো য়েংউ।

প্র— ইমানা তোল্লিবা শেলশি পুল্লা কয়াদি তুরবগে ?

ম— বংনা, ঐখোয়না হায়রক্লিবা মুপীসি লৌছনা খবক লুপা ৫০/৬০ মুক চাবা অমা তৌরবদি, চহি ১০ মুক্তা শেন্দোল কোকনি। শেলগী খল্লুহ্ ইমা লৈ।

প্র— শেলগি রাক্সু ইমা লৈ! মুপীহ্ লৌবদা ইমা খবক্ত উল্লকদরা ?

ম— উল্লকপগুম্বনি, নংমামগা নকুবোক ওইগদৌরিবগা অনীনা নোম্বিরবদি ওঙ্গা নত্রগা কেরানী মচা অমদি শায়না কংগ দৌরিবনি। মুপীহু নং নিপান্মচা, পামই পামদে বেরা তৌবা জাৎলা ?

প্র— ইমানা নমৌ ওইবদা মতিক চারে খল্লবা মুপীহ্ ঐনা পামদে কদৌঙৈদম্ব হায়জরোই, মুপীহুনবু ঐবু ইমা পামই পামদে বেরা তৌহুনা ইকাইবা জাৎলাও ?

ম— মধুমত্তীগি মচা নিপা প্রতাপসিংহ মেট্রিক পাশপু পেবম খগ্নৌগি মচানুপী থাম্বিকথান পামদবা হৌনরাও ? (তোমাল অমস্থং বিনয় চংলকপা)

বিনয়—ঐখোয়ন ধরমশালারোমদা ইতাওগা ইমাগা খিক্লরে, সোমদা লৈরম ওইরে ? কয়া কুইরে ইতাও ?

প্র— ইতাও, হৃজিক্তা ঙাইজরি। মশিপুরগি কুলীকিদি ওম্বোক্লা চাওথোকরে, মথাই অমা পীমে, রাং উপুনিদা বেদিংগা খর পুরিয়ু হায়বু য়াদেনে, লৈবাক অতৈদদি পুজলে পরপ পরপ ক্ষানরিবনে।

বি— মণিপুরদা হায়বু হায়রকয়বদি মমল হেন্দবা লৈত্রে ইতাও।
লৈবাক অসিনা নংলিবা চাওখৎত্রিবসি অককবা মমল লৈতবদগিনি· মমল ওাংনরিটে মতমখৈ হাংতুনা থবক্তা ইশূ শূনদবনে মীতৈদে।

ম— করিনো মাই মামস্থু খুদাদা লেংশিনবিয়ুনে।

প্র— লেংশিনবিরকউ মামবু। ইতাওস্থু কষ্টিয়ো নে। কমদৌশরুক ইতাও হবাহুম চাকসি।

বি— ঙনি ইতাও, কম্বা হায়বশি অহলগি মথৌনি, নহা ঐখোয়গি খোঙখুৎ শিজিন্নরগা মুংঙাই।

তো:— মেট্রিক পরীক্ষানা করম করম তৌরকপা ইবুংভো ?

প্র— পরীক্ষাসি মাম থাজরম্মে, পাশ ওইরকপয়াই ঈশ্বরগি কৃপা লৈরবদি—। কৃপা লৈত্রবদি খংত্রেকো—

ম— কৃপা য়াওত্রবদি নিপাম্মচা নংগিসিবু।

প্র— করিমতা চিংনবিরুম্ন ইমা খৌজাল হৈবা ঈশ্বরনি।

বি— ইতাওনা অচৌবা ঈপাক্তি ঈশিং থক্লবগি কজবা লোন্দা ঈশ্বরগি কৃপা হায়বদনি, শোইদনা পাশ ওইরকনি ইমা। ইতাও প্রতাপ হৈতা শিংদবা নিপা নত্তে।

ম— অহুনি নখোয়নী য়ারী শাক্তনা ওহাক কমহৌখো, চাকস্থু পুরকে হল্লকপদা—নং মামগা পেবমগি য়া পুয়োই লোই-খোক্লকয়গে লুহোংবগিস্থু থবক হায়গিস্থু। খীনবা য়াগোৎ নত্রে মীগি লেলনা নোংম নোংমগি খৌজিন্নকপসিদা পাক্তিকা য়েংত্রবস্থু হায়জপোংকা—পুত্রবস্থু য়ায়জরবা মশেল

লুহোংবা অসিবু, মাই মায, লুহোংবগী পুংরৈবা ইশৈ শকপা, কীয়োনবী, কাংথোল উপু চনবা উশূবা, কবোক য়োনবী ভাথোক, কবোক কা চাপদৌরিবা, দক্ষিনা কংদৌরিবা, পুরোহিত খোয়না পাওগদ্রাও ?

তো— মতুদা শাওগদবগী হায়রগপোৎ য়োনবীশিং, পাজি, শেন্দোই পাম্বা মহাজন থরগী মতুনা অতৈদি হয়াওগদবা ভাক্তনি ।

ব— অদুদি মুপাম্বচা, নখোয়গী মুপীমচাদু মশক য়েংনিংবগ্ৰু কোয়া য়েংওনে, ঐখোয় ঙা হেজিন্দুরগনে হা ... ?

বি— অরাবা কোকদবা থবক পনবা চুমদে ইমা, লুহোংলবা মতুংদা মুমসিদা লৈরগা ঐখোয়না মাবু পেয়বা উদৌবা লৈ । হুজিক হাথু হাথু লোৎতুনা লৈজরিভৈ য়েংউতুনা করি কায়-গবনো, হা ইতাও ?

প্র— মশক য়েংগে হায়রুবদগী মমল কাহনতুনা থীঙ্গদৌ শরুক থবক পরপ পরপ চথবনা কৈ হায়বদায়নে ইতাও ?

মধু— ঐগী ইচানা অসুক মরম ওক্কনি মমানা হায়রিবমথৈ ইমকথিনি হায়বগী লৈকাইগী মীনা থঙপোৎ নত্তে । করা ওকপ্রবা করা কজপ্রবা লায়রিক থুংতবিনো কলিকাতা দিল্লীন চিংবা চাওখৎপা সহরগী । শেল তিংবা পাম্মুবে তোনগে লুপা লিশীং কয়ানো, শোংকে অকংবা পোৎ মথৈ, মীগী মীনাই ওইরবসু ওইজগে, ইচানবু অসুক মরম ওক্কনি, মৈত্রিক পাশ তৌরক্কনি হায়রব্রবু মধুমতীনা মুমিদ্যো কিগদবা কনানো ? মচা ওক্তবগিদমক শেল তিংবী, মুম মুংপী

অঙাওবী হায়রুনা লোরুবা কৈরোই লৈকাইসা, নখোয় নমাংদা বাজাই বেঙ্গল খোংহুনা ইচা প্রগাণ মেট্রিকপাশ লুহোংবা য়েংউকো। লেংলসি মাইগাম! ( প্রজায়া পাখংলি রাথক্ষা হুমাং কাংই )

তো— তাদা কৌবনা কত্রাও? ( লোয়া )

ম— ( চংনা চংনা ) অস্মানি, বেয়া নৈতে মতম লাকলে। —( লোয়া )

পাগল করা বাঁশী শুনি

উতলা হোইয়ে চলিলা ধনী

( ঈশৈ ওংহুনা মী উদনা ঙাওনা চংখিবা মধুমতীনা, মকুংদা ইকায়রপ তোমালনা ইনখি )

( অনীনা ওক্কুনা য়েংহৌই )

প্র— ( ইকাইরপ ) ঐনা কাউরবনরা ইত্তাও, মামসিবু মহৌশা ঐ শক থঙখিদেদা— ?

বি— শরৎ ঋতু চংলক্লবদি ইত্তাও অনৌ অনৌবা য়ায়া উরকখিনি থঙলকখিনি। মুপীহুম্না ইত্তাও মমিং ওথাক চংলিপোংনি লৌবা য়াই।

প্র— লাইরিক্তা বি, এ রৌগ্রিবমখৈ মুপী মশক য়েংঙ্গরোই ব্রহ্মচারী ওইরগে থনবনি ইত্তাও, অস্তবু ইমাগি য়াথং অমদি মীগি তোজিবা শেল ময়ামসিনা পুমক্ষনা ঐ লুহোং কাক্ষা মীমাং কগা ভাগ্রে ইত্তাও মুপীহুবু মমিং কৱি কৌগা ?

বি— থারিকথা, মেত্রিক পাশতা নত্রবদি মঙ্গুম পাল্লরোই লৈরিবী !

প্র— মেত্রিক পাশ তৌরগা করি হৈ, করি খগুই হায়রত্নুনা মেত্রিক অত্তুক পাম্মিবনি হায়রগে ?

বি— মেত্রিক্লা লৌরবদি মাস্সু বাবুনী ওইরে ইতাও। মমাংঙৈদা নিংথেম্মচাদা লৈরগা ফুপীবু শিজ কৌনরম্বত্নুগি ভাবনিনে।

প্র— মত্তুননি পাথংশিংনা সার্টিফিকেট লৈগে হায়রত্নুনা কোইথি থিনরিবা, ছাত্র মশীং য়াম্মকলিবা, ইউনিভরসিটিনা পরীক্ষাগি ফী য়াম্মা ফংইবা। অঙকপনি লৈবাক্কী চৎনবী রুচী, সমাজগি নিতী অমস্নুং ধর্ম্ম। সমাজসিদা ঐনা !

বি— সমাজগি রা, লৈবাক্কী রাদি লায়রি, লংফৈ চৎলুবু করম করম তৌরকপা, মুংঙাইবা পাউ য়াওরক্লাও ?

প্র— শেল য়াওদনা লংকৈদা লৈবদি ইতাও ফুরিংখাও চপ্পা দোকান্দারগি, হোটেল মেনেজারগি মফিংতা উফুল চাইবা মরুপ মপাং অপংবা মবুক কবা খল্লগা অরাবা পীবা, নমথাক লৌনম পাশ তৌরকপা নত্তুনা করিস্সু তম্মিংঙাই লৈতে।

বি— থাজহল্লগা হাংপগি বিদ্যাত্তুবু মিংথিনা পাশ তৌরক্লবদি মণিপুরদস্সু তৌনিংঙাই য়াম্মা লৌনে ইতাও। হৌজিক মচিপ্পাক চাম্বিবা মুঙাই য়াইকরিবা মীথোই মীহেনবা শারিবশিংসি অহানবদা থাজহনবা লৈবা, ২ শুমদা মী হাংপা কিনবা, বিদ্যা অনীসি পাশ তৌবক্লকনি। হৌজিক মণিপুরদা ধর্ম্ম থাজব-দগি তিংনরিবা শেল, অহৈ হৈবা লৌশিং লৈবা মানবগি

তলব, মেট্রিক, বি, এ, পাশ কায়ে থাজবদগি তিংনরিবা শেল অঙরুপনি মীয়ামগি ভোট থাদভম, কুব্রিং থাওগি শেল হৈদোক্কম। সিনেমাগি গেট কীপর ঐনা হায়বা অকবা কান্নবা রা, শেল তাগদবা ফিল্ম, এদভর্টাইজ মতৌ প্রো প্রাইটরন লৌবিদে, কাচা মেনেজরনা হায়বা লোলাবুদি শামুনি হায়না থাজৈ, মরম ইয়াও য়াওরবন্থু, করিগিনো হায়বু, মানা বি, এ পাশ ঐনা মৈনায় কেল।

প্র— থাজবদা থাবা শেল ময়াম মাংহল্লুবা ঐনা তৌগদবসি! ভাইখো সিনেমাগি থবক্কা কমদৌরি।। তলব থর হাপ্লব্রাও।

বি - তলব হাপ্পা হায়বু মী লোপ্পা থাজিল্লি হায়তুনা বদানাম ময়াম হাপ্তুনা—শাওবা হৈবা ঐ থবক তোক্লে ইতাও! ইরল্লাই কাবথানা অমা লিংখৎপ্রা কাবথায় অমা তৌব্রা ভাব তাদ্রি।

প্র — মণিপুরসি করি করি থবক হাংলিবগে? নখোই ঐখোয় সার্টিফিকেট লৈতবজাংবা তৌবা য়াব? সার্টিফিকেট য়েংদবা তৌরি তৌরিবা থবক, খোল্লিবা পোখোকতা য়েংলগা অপাম পামদা থনবা মীশিংবু মণিপুরদা ইরৈ মরৈ-ত্রবাও? Damn Certificate!

বি— লৈববুদি করিগিন্থু লৈতদগে থিবা য়াবগি য়াদনি।

প্র— থিব কনবা তায়, য়াব য়াদে 'ইতাও! ভাইখো, ঐখোয় ইমানা ঐবু লুহোংবিনি হায়রিসি কদায়দগি লুপানা হোং-দোরিবনো থঙব্রাও? হায় জোল্লিবা শেনয়ামসিন কমদৌবা; মুশী অনৌবীদা খৌরু হায়বা য়াগদ্রা শেনবুশিল্লা?

বি— মহাক্কী লুপা, রাক্সূ ইতাও, ইতাওখোই ইমাসে মী থিবা হৈ, খজক থিবা হৈ, লুপা থিবা হৈ, তঙ্কা খুদোপ য়াইওইবীনে।

প্র— ইমানা হন্দক থিরুরিবা মামসিবু শেল খরা পায়ব্রাও? ঐবু হেমলেট শাবা তারিব্রাও?

বি— শেল পায়দবা মী থিববু থিবা কৌগত্রনে? হেমলেট শাব হায়রবদে?

প্র— কম্রিস্ নত্তেদা, ঐস্ ইকাই ইকি খঙদবা মথৈ অমুক্তা খঙনদব মীত্থদা মামা দাক্ত কৌবা ওম্মে হৈ ইতাও! মীনা নোক্সরোইব্রাও ঐ য়াওনা? শেল অস্থক য়ানা পুন্থনা ইমানা ঐগি হোৎনবিরিবসি ঐগি ফনব্রা কঙনব্রা? মীনা নোক্কবদি শোইত্রে খঙলে।

বি— নোক্কগনবা মথোয়না থায়নহুনা ইতাওনা লাইরিক তঙ্কগি খরচ হুনবিব্রা? ইতাওনা লুহোংবদা কবোক চাবা, নোক্কবা লাকপা নঙনা পাউদর কৌটা অমঙ্কং পাংবিগে হায়রগদৌবা মী করা জোংখোরকদগে? মঙ্গপি য়া কমিমতা থম্মুহ্র ইতাও। নত্তে, নঙগি পরীক্ষাবু কমদৌখিবগে? শোইদনা পাশ ওইরকব্রাও?

প্র— য়ুম্না খম্ম্রো ইতাও, মেত্রিক পরীক্ষাবু কৈদৌনদগে পাশ ওইরগা? শান্নবদা স্পোর্ট, ইংলিশ হিস্পি ত্মোনবদা, হিসাব শূবদা, কুপী য়ানবা তাংনবদা, ভোট খোম্বদা, মীবু হুংশি, ফনবদা, মশক মধা অয়াবা পোং চৈ শাবদা, লাই য়েকপদা

ওখাক ইহৈ হৈজরবা ঐবু চুয়গি মেট্রিক পাশ তৌবা সার্টি-ফিকেট পায়বা অমনা করি হেনবগে ?

বি— অহুনে, চাওখৎশুবা লৈবাক্তা লৈবগি অরাবা হায়বু, থাজ-পনবা মীয়ায়া মকোক পান্নবা সিনিনে ইত্তাও— চেক্সেংপু থাজবা, মী ঐখোয়বুনা থাজদবা।



# অহানবা মতাং

## মঙাশুবা উৎপা

## থুরাই লম্বী নুমিদাংয়াই

তোম্বনা বর পার্টি য়াওবা থীক্লে হায়রুনা পরপ পরপ লুহোং-লিবা মুপী মমুমলোমদা চৎলি, বিনয়না বর পার্টিদগি মুম লোমদা মী অমা থিবা পরপ পরপ চেন্নকই। অকিংবা অনী লম্মীদা থেংনৈ।

বিনয়— হুজিক্তা য়োরকইবা ?

তোম্বা ঐদি থক্কা থেংদোকপ্লে, লুহোংবা কোইহৌরক্রা তায়া ?

বিনয়— তায়া, লুহোংব্রা হায়বু শা শাহোয়ে, মামা তোমাল কা উরব লাক্লমত্রা ?

তোম্বা—শা শাহৌয়ে হায়বদে ; করিথিনো মামা তোমাল থিরিবো ?

বি — ইতাও প্রতাপকি মেত্রিক সার্টিফিকেট মামা তোমালনা পায়খি, সার্টিফিকেট য়াওব্রবদি লুহোংবা য়াদে হায়রুনা থম্বো থেম্বুং মপা মচানা উতুপ অমমম পায়রুনা লুহোংবা কোইরমদাইদা যোগাই মাথাই শাহৌরেনে কৈনো। মামা তোমাল উব্রাও?

তোম্বা—প্রতাপকি মেত্রিক সার্টিফিকেটপু মামা তোমালনা কদাইদগি পায়রুগবনোনে? সার্টিফিকেটকি গৌড়লীলারাও? (ইংনা)

বি— মপ মচানদি— তোমালনা প্রতাপ্প মেত্রিক্কি হায়, মানা সার্টিফিকেট পায়রমনি, তোমাল পীম্বু তোমালগি মথক্তা তোংলগা লোইরে হায়রুনা পংশাওদা শাওহৌরি, করিনো অসুক নুংঙাইবা কুম্মৈদি!

তোম্ব— শাওরিবা মল অনীরুদা তোমাল পীরুরবদি তেক্কনা তোক্ক-রোইব্রনে ভায়া? সার্টিফিকেটপু তোমালনা পায়রম্বা হৌন-ব্রনে? ভায়া প্রতাপ্প সার্টিফিকেট পুরক্কে হায়ব্রাও? মহাপ্রভু শারুনা তুমিন্না কৈহৌব্রাও?

বি— বর্নি হায়রুনা য়া অমত্তা ঙাংদবমখৈ মাওব ময়াইদা তুমিন্না লৈপ্রবরুদা করম্না হংউদগে? নত্তে, য়া অমগা হংগে: কুলচন্দ্র হায়বা দিল্লীদা এম, এ তমখিবা শগোলবন্দগিক্কু ময়ুম খঙ-ব্রাও? অমুক্তা থিমিন্নরুসি ভায়া (মখুৎনা পায়রুনা চিংবা)

তো— মতুনা করিম্নীনো? হরিবল লাওবা মী [illegible]?

বি— সার্টিফিকেট কোম্না উৎকে হায়না লুহোংলসি হায়নবদা মপা মচাসু থম্না ইংখবা মতাং থোক্কনা স্কুল কলেজশী ওবা অনী

অহুম কৌহুনা ইভাও প্রতাপ্স, মেত্রিক পাশ তৌরগ্বা য়াবা মীয়া হায়হুন. সুমাংদ পালান ইকোই কোই, কণ্যানা সুপে- রিনটেন্দেন্ত ওই পরীক্ষ তৌহৌদৌরি কুলচন্দ্রহু ইভাও প্রতাপকা য়াম্না খঙনৈ চানৈ হায়, পরীক্ষাদা শোইদনবা থরা তা হন্নবা থিরুদবা য়াদ্রে ভায়া।

তোম্বা — ভায়া, শগোলবন্দা হংলুগা কুলচন্দ্রা থিবা রারোই, মশাদা সার্টিফিকেটপু পুরকই পুরক্তে হংলকত্রবদি ঐ অমুক্তা প্রতাপকা রারী শারুখিগে। প্রতাপকা মমিং মাম্নবা সার্টি- ফিকেট অমা থিরগা নত্রগা শেম্নগসু উৎপা য়াপোৎনি, ঐ কুম্মৈ য়েংনিংলে অঙম্বা উপায়য়সু তানরুগে ভায়া নথন্দা চৎপ্রো। (চৎথিবা) পরপ ২; তোমাল পরপ ২ লাক্কুনা বিনয়গা থেংনরৈ।)

বিনয়— ঐনা থিরুরিবদি, মামনা কদাইদা লোৎপিরুরিবা? করিনো অসোমদদি মামনা সার্টিফিকেট পায়খি, য়েংগে পুংথোরকউ হায়হুনা মপা মচানা কুম্মৈ তাহৌরে।

তো — করি রানো, সার্টিফিকেট, ঐদি কদায় পায়দগে। প্রতাপ পরীক্ষ থারক্লবনি পাশ ওইরকপা য়াই, অসোমদগি সার্টি- ফিকেটতু হেক থারকপগা পায় ঐনা পাইবমুক য়াংনা পুর- ক্লগা থম্বৌ থেম্নং মপা মচাদা উৎচরগে হায়রনে। লুহোং- বদি [illegible]না পীরিবা অফবা নুমিৎ ঙসিসি লিংথো কথি- দনবা হোংদোক্লসি হায়নবনি—অহুগা ঐবু সার্টিফিকেট পায়খি হায়রিবা মপা মচাহুরু-করম্বা সম্লাওনো?

বি— মচু অমুক্তা মখান তানা ভাংনবিরো মামনা। করিনো মপা মচানা যোগাই মাথাই শারকহনা ইতাও মমা মচানা মহাপ্রভু নিত্যাইনন্দগুম মতু ইশোন শোনবহু রেংবা ভমদহনা মামা থিবা চেল্লকইবনে।

তোমা—চৎলু ইমাকসিদি মপা মচানা মপাঙ্গল থরা কল্লগা ইকু ইমাক লৈরিঙৈ মমা মচাবু লাকচবা য়াগত্রাও? মখোয় ঐখোয় য়ানহনা পাঙ্গিগি পাওতাক ইনবা নত্রাও—চুমিং করিঙৈ হোংহৌরো সার্টিফিকেট কোমা উৎনরো। মহুদা মচানিপা থেম্ব্ংহনা সার্টিফিকেট উৎপা মতমদা অঙনপোৎ তমগনি সি নত্রো? নংসু তাহৌত্রাও? মখোয়না অঙনপোৎ অরাইবনি, লুহোংববু চুমিং করিঙৈ হোংহৌরবদি—অনি নত্রা?

বি— হো, মামনা অহুম্না মপা মচাদা মেন তানা অমুক্তং ভাংনবিরো লেংলসি—অহুপা মামা ভসিদি মপা মচাগা খোনদি পংকন কনবিসু লেংলসি ........ পরপ পরপ।

(মধুমতীনা মীতৈ চুপীনা লুহোংবদা কেনবা মকে কেহনা শেৎ-ইন্দুনা হরাও হরাও লাকই)

মধু— মাই মামা কদাই লেংদৌরিবা? য়ুমগি থৌরাং লোইবিরম্মত্রাও? কাংথোন মোম্পাক অহনবা থারগা কাংথল অহনবা থনবা মাইরোম থাবকা লোইবিরম্মত্রাও?

তো— য়ুমগিদি করিমতা য়াংতনা শেমশাবা পুমলোই লোই হৌরে। লুহোংববু লোইরত্রাও? মঙাও মপা মচাহু মী য়াইগে তৌহৌত্রবাও?

ম— নমাক্কা লুহোংকান্দ কয়া কয়া ওবা অহম্না হংবা য়াহং লুয়-লুয়বা কয়া কয়া শিংজং অথোবনা শিং থাইবগুম শেং শেং থুমদোয়কপবু ভাবোক ময়াম কনাগী পালা কনাগি কস্তা থুবাক জা জা থুহনা থাগৎনবনে। পরীক্ষা লৌরিবা ওবা অহমছু প্রতাপনা থজনবা হংবা চম্ময়হনা মমাই ইচপমুক ঙাংবনিনে। মহুদে অহল-লমন ময়ামা প্রতাপপা মচা পীদনা কনাদা পীগদগে য়া য়া লাওনবদে লুহোংহনা পিল্লক্লে। য়ুমদা ওক্কবা শেম শাক্ক্য়সি লেংলক্লো।

বি— সজাও অনীহু ভেহৌয়বোইরেসে।

তো— করে অহুদি য়ুমলোমদা হল্লগা ওভ্লোক্কা থাক্সংনবা তৌক্লয়সি। চংসি চংসি লাকপনা হাল্লনি।

বি— অহুদি লেংলম্মো মামস্থু, ইমাস্থু, ঐদি ইতাওথোয়গা লাকম্মিল্লজয়গে।

ম — মাগি মামবু ওভ্‌লোক থাঙ্গৎপা হৈব্রাও?

তো— নিপাম্মচা বিনয় নং থাংমৈ ওভলোক থাঙ্গৎনবা চৎপ্রগু ইবুঙো।

বি— বামোন ইমুংনা ময়াইনা থানগৎচনি মামা।

ম— ঙাইখো নিপাম্মচা, পাওনা হোটেলদা অনৌবা অনৌবীনা চানবা চাক এম্থাং শিংলম্বনি, ঙানপ, অতেকপা মথেল অমদি য়াওবিদবা য়াদে হায়রমজকো?

বি— কনি ইমা। (চৎখি মক্রে মহৈ)

প্রতাপ্পা চিংবা বয় কাংবু : তোম্বা কাহ্নাই, য়াইমা মাংদা য়ারী ত্রেং ত্রেং শাহ্নুনা লাকই।

তো— ঐদি পরীক্ষাগি মতাং য়েংহৌদরে, করি করি য়াহং হংখি-বগে খয়ন্থর শোভাদা ওসিবো?

য়া— ওসিগি পরীক্ষা উহৌদবা নং ইবুঙো লোকপগি মহৈ য়াম্রবনি খঙজরে।

তো— কয়ম কয়ম তৌখিগে মুঙাইনা ময়েক লানা অমুক্তা তম্বিবুবা সত্য, কুম্মৈ উহৌদবা চাকথেদা।

য়া— বয় চৎকনি হায়রগা থেংলকইবা করিগিনো, অথেংবা নংনা চেং মচং চাবা য়াত্রাও, ঐদি তাকওই। মতুং মনাও নং থেংদনবা।

প্র— ঐঙোন্দা অহানবা হংবা য়াহংদু "নং মেট্রিক পাশ তৌ-রকনি থাজত্রা তৌরকওই থাজত্রা? ঐনা খুমই কেল ওইরকনি হায়বা থাজদে। তাবোক খরনা নোকই। অহুদগি ওবা অমনা হংই "নংনা মেট্রিক থারম্বিবা করিগীনো? ঐনা খুমই "চুপী খিবা কংনবা"। ইমাক্তা কমইবা কল্পানা কাক কাক নোকই, মচু তাবদা মল্লামচু জা লাঙনা নোকই। মেট্রিক থাত্রবদি চুপী খিবা খংদবা তারে? অমনা অমুক হংই। ঐনা পামজম্বিবা চুপী অসিদি মেট্রিক পাশ নত্রবদি লৌবা কংলোইদৌরিবা। মল্লায়া অমুক নোকই, কল্পানা মাই ঙাংই। অহুদগি লাইরিককি য়া খয়া হংই, লাইরিকী

নত্তবা নংনা হৈবা অতৈ করি করিনো অমুক হংই ... ...
অসিনচিংরা ... ...

( থেম্বংনা চিংহুনা কাংবু অনা কি অথংতুনা লাকই )।

থেম্বুং— বরপি কাংবু নত্রা ঙাইখো।

প্র— করিপি ওইরবনো ইবাইবু ?

থে— ঐনা লাকইবসি শাওহুনা লাকইবনি খঙব্রা ?

প্র— হৌজিক লেপ্লুনা লৈবিরপদি শাওবা কবিরব্রা ?

থে— নং ঐবু উশিজ্রা ? ঐদি ইশেনকা থিরোইদবনি শাও-নিংলক্লবদি হেক্তা মৈপদোরিবনি খঙউ।

প্র— ইবাইনা ঙাইখো হায়রবদা ঙাইজরিবসি ইবাইবু উশিত্তুনা ঙাইজরিবনি। ইশেনকা খিদনা ইবাইনা ঐবু মৈবিরবদি, ইবাইখোই ইচন্না কম্নোইব্রাও ?

থে— লুংহোংবদা ওইহিরিবা 'নিঙোন মরা কোকপদা ঙাইহিরিবা মেরুমওয় নংন ইকাই ইকি খংদবমথৈ রা জবেং জবেং ঙাংবসি ঐদি ওসি উরিসিদা 'মঙাইহিরি' হায়।

প্র— ইবাইন রা হংবনা খুমজ্রপা নংবু মেরুম্না নচিন পাজ্রা উশিত্ত-হুনা তৌরিব্রা হায়পনি হায়বগি খুমজবনি কৈনো রা জবেং জবেং য়ায়া ঙাংবদি খদাং চোকইপোংনি কৈকায়দগে।

থে— নং ঐবো মীমাং পোমাং নাইদনা ব্যবহার য়ায়না লৈরোই-দৌরিমাগে।

প্র— ইবাইনা ঙাকপিরিবসি থুরুমদে হায়রিব্রা ?

খে— খুকপুংগি য়া নপ্তেনে বুড়, মেট্রিকি সার্টিফিকেট শোংলগা লুহোংইবা নংনা ইচনগি মাং থাহুনা ইঙাও চাওথোক্লা চংগা য়াব্রাও ?

প্র— তাদবু ফিংদি কিংগৎপিন্থ, লুহোংবা লোইরগা বরনা কন্যা ঙাইহুনা লৈবসি ইপা ইপু হাক্তক্তগি তৌনমে, বরনা হায়া চংব্রগা কন্যা কোয়া থিয়বা ঙাক্তনি।

খে— ইবুঙোমা তাকইবসি ঐঙোন্দ নংনা চহি হনব্রাও ? মী খাইগিহুনা মেট্রিক সার্টিফিকেট হায়া উৎলগা কোয়া লুহোংবা ওইরিনি। খাইগিহুগা ঐখোয় ইচনগিগা মায়বা য়াদে হায়রিসিনি। নং ভুমিন লৈয়ু।

প্র— ইবাইনা তাকপিরিবসি ঐখোয় মুপীগা ঐগা য়েং ওই খুক্তং পালোইনহুনা শোয়োক লমজাওদা লাইরেন মথেক চংপগুম চংমিম্নৌ হায়বিরিব্রা ?

খে— য়েং ওই চংমিয়গদবা নত্তে, ইচয়া মাংদা চংলগা নংনা ভুংদা ইনগদবনি।

প্র— তাকপিরিবসি ইবাইনগি মোত ওইবিরব্রা ? হোয়েল ইকুবোক্লা অমুক করি হায়গদগে ?

খে— নংগি মকুম্বক্ক ঐগিদি বাক্তিনে হায়বা খঙব্রাও ? (ম্যেমৌনা পয়প পয়প চেনখৎলকপা)

থম্বৌ— (ফিঙো) করিনো করিনো কৈয়ৌনরে ? কনা কনা কক্ষরিবনো নংবু কনানা ফাকফরবগে ইপাগি মোয়ুং ?

প্র - কিংগৎপিগমু ইকুবোক খৎনবা নত্তে।

খম্বৌ— ঙেম্বুম্মা বমুগি কাংবুগা খংনহৌরে হায়রুনা পাউ তম্মকপা অঙাংশিংবু কনাগি মচা ওইরিশ্ববা তায়রুনা ফুনিংঙ্গেদা সত্য। (হয়া য়েংবা)

থে— নহারা অহল্লা বাজি?

খম্বৌ— নহানি, মহুত্থম হায়া ফুরুশিগেদা। (চৎমিন্নবা থরা) (বরগি পাখংশিংনা খাম্বা)

তো— তাদম্থু খুড়াইবুঙোম্থু কহিনো অঙাং মচিন খিবগা মায়বিরুম্থু গুসি লুহোংবা মুমিত্তা খংনবিবা চুমদে।

খম্বৌ— ইচা লুহোংবা মুমিৎনি হায়রুনবু অঙাওবদৌনা অঙাংশিংনা কক্করগা ঐবু তুমিন্না লৈথোকউরাও? নংগুম্বা অঙাংনম্থু ঐঙোন্দা পাউত্তাক পীরিব্রাও? ঐ কনানো খঙব্রাও?

তো— গুসি লুহোংখিবা মুপীগুগি মপানি খঙজে খুড়াইবুঙো।

কা— মেট্রিক পাশতা লুহোংখিবা মুপীগি মপাবুং হাইয়ুনে।

তো— মেট্রিক পাশতা মচামুপী থাজবা নিপানি খুড় ইবুঙোদি।

খম্বৌ— (শাওবা হম্বরগা) সার্টিফিকেটপু উত্তিবসিনিনে ঐবো। আজকালসি অঙাংশা ওম্থোক ওম্থোকপা নমথাক্কী রারী তারেনে অঙাংশা। কনান, বি,এ, নি হায়রুনা বাবু ওইরম্মে, এম, এ, নি হায়রুনা ওঝা শারম্মে, মেট্রিক্কি হায়রুনা কেরাণী ওইরম্মে হায়নরে, ইপা। ইচা মরুদা হুরানবা শল, একা- গাড়ী চৌশীঙ করা কয় য়োকম্মে, শেল কয়া কয়া মাংরে।

লৈশাবীনি হায়জিয়হুনা মৌ হমুবী কয়া ইমৌ ওইবু পুবক্লম্মে। মশক উবদা ইচা শ্লাওক্লয়ে নহানিনা। (থেম্বং ইকাই) লৈবাক অসিগি ওইদবা লৌনম নমথাক্তা ইপাইচা ঐখোয় থীরবনে ইবুংঙোখোয়, মরম অহুনা ওসিগি লুহোংবদা পরীক্ষা লৌনবীকা ভৌথ্রিবদো ম্যাগ্নৌগমুনে ইচাশা, থল্লাই চাক্তন্না নমথাক হাকমল্লহুনা ভৌথিবনে, নোক্লনো।

থে— বাজি, ওসি তৌখিবা পরীক্ষাদু পাশ ওইরবনিনা থারিকথা মতৈসি হয়েং মেট্রিক পরীক্ষা হায়দোক্লকপদা ফেল ওইরবমু ওবা অমা তুক ওইহুনা অঙাং পায়বা, বাবু জমা ওইজহুনা চৌকীদা কমলগা কোলোম ১ পায়জবদি ম্যারেদনক্কো ?

থম্বৌ— মহুমক্তি সরকারনা কদায়দগি য়াবিরকদগে। ঐখোয়না ওসি লৌখিবা পরীক্ষাহুদি কল্লাই মাওঙ্গা লৌবনি।

থে— অহুদি বাজি, মেট্রিক পাশ তৌরে ত্তৌথ্রি, বাবু ওইবা ম্নারে ম্যাথ্রি খওথ্রিবা, বর মানা ইচম মুপীবু থৌওই উশিজনা মাং শ্লাহুনা ম্মুমদা পরপ, পরপ, চৎলগা নচামুপী কস্থানা মতুংদা শোং শোঙ্ ইরবা চুক্লিক্রলিত্রাও। ইচম্না মাং থাহুনা চৎকম থোকত্রা ? ঐখোয়বু করি য়েক্কো ? নিংথৌজা নত্রাও ?

থম্বৌ— মহুদি চুমই ইচান হায়বা। হায় য়োয়ক্লিবা ? ইচাগি দোলাইহুনা মাং থাগৎলো। ( লাকপা য়েংবা )

প্র— নত্তে, ইকুবোক বা অমত্তা হংজখিগে ইবাইদৌনা শাওদি শাওখিরকখিল্লকো ।

খম্বৌ— শাওনবা বাদা হায়রকনু করিগী শাওরুনি ইমাকসিদি, ঐবু জ্ঞান লৈতবা নকুবোল্লাও ?

প্র— হয়েং *করিগুম্বা ঐনা মেট্রিক পাশ তৌরকপা থোক্লবদি ঐখোয় হুপীগা অমুক লুহোংলগা য়ুমদা খিল্লকপা মতমদা ঐনা মাণ্ড থাদুনা হুৎরকপগি বেরা তৌখিরকওইকো য়েক্লা নিংথৌজা ওইবিরবস্ত্র ?

খম্বৌ অমুক হোংবকাও ওয়দদুনা তত্থাই অমা চেল্লগা তত্থাই অমা লাইগি শোয়দনবা হোংনরবা মতমসিদ। অনীরক কদায়দগি হোংউগদগেনে অঙাং ? নংনা মাং চৎত্তে হায়দুনা ওসি মুংঙাইত্রিবদুগি লমল নংনা মঙানী চাককৌবদা সার্টি-ফিকেট পায়দুনা লাক্লগা মাং থাজরকউ, ইচান্নুপীবু তুং ইলহল্লকউ। এঃ, ইচা য়ৌরক্লেদনা।

( কন্যাবু দোলাইদা হাপতুনা নিপা ৪ মা পুরকই, মনাক্তা মুপী অঙাং কয়ামরুম হাক লালটেনগি মঙান্দা লোইনরকই )

খম্বৌ— ইচান্নুপীগী দোলাইনা বরগী মাং থাদুনা চৎলু। ওসিদি কন্যা মপাগি য়াথং হিক্তোকপীগনো লৈবাকমচাশা।

থেম্বুং—মেট্রিকি সার্টিফিকেট উৎপা ওমদবা বরবুদি য়েক্লা নিং-থৌজা ওইবী থেম্বুং ঐগী ইচন্না মাং থাদুনা চৎকদবনি দোলাই মাংদা চৎপিয়ু

প্র— ইকুবোকস্থ ইবাইস্থ, তিনবিরিবা মী মন্নামস্থ ঐখোয় মুপীগ্ন মুম্না অমুক্তা তাবিয়ু, ঐ ম্না অমত্তা হায়জগে।

মন্নাম—হায়ু তাসে, বন্না হায়বদি করিগি ভারোইদগে। ভারনে।

প্র— ইকুবোক অমহিকস্থং ইবাইগি মোত্তা বর ঐবু তুংদা চৎলু কনা ওইরিবী ইবেম্মা নংবু মাং থাহল্লু তাকপিরি হায়রিবা মোতসি ইবেম্মা নংবু য়ানিংত্র য়ানিংদত্রা ঙসি নংনা কন্যানি নরা তাবা চুম্মি।

থারিক—ইপান পোকপনি, ইবুংগি মচন্না হুজিকমক্তি বরগি মমুম য়ৌজ্রিবনিনা ঐবু য়োকপিরগা লুহোংবগী দোলাই তোংহনবিরিবা ইপাগা ইবুংগনা হায়বা ইক্লগনি।

প্র— হায় ভাসি অহুদি ইবেম্মা, নংনা মাং থাহুনা লক্ষ্মী চিংলগা ঐনা অভুংদা ইনবা তারবদি, নংবু ইবেম্মা ঐখোয় য়ুম থঙত্রাও ?

থা— মুমদি অমুক্তা য়ৌজক্রিবনিনা থঙজদে। মীয়োন্দা হংলগা থঙবদি য়াই।

প্র— লাইরবা ঐদি নিংথৌজা নিঙোল ইবেম্মা, য়ুম হিঙোল অয়েম্বা লৈজদে, লুহোংবগি পোৎচৈ কবোক হৈবোক লাংবদ। লোইনা বক্সাল থমগে মহাজন্দা।

থা— অহুদি উচেক তৌনা করম্বা উপালথক্তা চাকতাবিবগে মেট্রিকী সার্টিফিকেটস্থ পোৎপিম্নিবা ইবুঙো ?

প্র— মেট্রিক নত্রবদি নয়ুম পান্নোই রাশক্তুনা অতংপা নশাই উদনবা মৌ ওইনা খোমগৎলবী সত্তী। হৃজিক ঐখোয় ইমা ইচাদি হোটেল অমা ভারা তৌজরগা ৫ নি ১০ নিদং লুহোংবা নৌরিডে নাম্না লৈজরে, হোটেল অহু মকম কদায়দনো খঙবিত্রা? Room Number কয়ানো? হায়মু তাসি নং সত্তীনি।

থা— মহুদি। খঙজদে।

প্র— খঙবিত্রবদি ইবেম্মা, ঐগী মাং থাহুনা কয়ম্মা লমজিংবিদৌরি অখঙবা ঐবুনা তুংদা ইলহল্লগা? ঙসি মুমিংচুম্মা লম্বীদা চৎতুনা লৈশিন্না ভানপ অতেকপনা ভায়েল হৌরম্বা?

থা— হৈমা তুংদগী তাকপিরকপা য়াত্রাও?

প্র— ইয়ুম য়ৌত্রিডৌদা নিংথৌজা নিংঙোল, বাজিম্ ইবুংমু তাকপিনিঙাই লৈরিডৌদা কোকপদা ভাইরিবা য়েরুম ঐনা করম তাকসিগেনে মেট্রিক্তা ওংবী সত্তী।

থা— বাজিগা তাচৌগনা ঐবু লুহোংবিরগা থিনবিদৌরিবা মুমসিবু খঙবিত্রাও?

খম্মৌ— ঐদি মমুম্মক্তি খঙদে, মেট্রিক্তি হায়বহৈদা ইচা পীরে হেক্তা হায়বনি। নিপাম্মচা! ইপাগি থেম্ং নং নশেল মেট্রিক্তি মুমসি খঙত্রাও?

খে— কৈশাম্পাৎতা লৈত্রা হায়রম্ কাকৈথেল পুত্রীমপাম্দা। তুংশা য়াইহুনা কমলমঙম তৌ, শগোলকম্দ লৈত্রা হায়রকম্ মমায়বা

খরগী উম্নিলোক লম্বীদা হরা চারমগুম হেক তৌ। মসিগি ভাস্তুঙ্গিনা লৈবিবা খোঙবাল, লৈরম্বা য়াবা হোটেলসি বাজি পাংলো কংকাল্লা ঐস্‌ু ভাংলাংবমক্তি খঙদে।

খম্বৌ— খরা তোয়না উবা মকস্‌ কদায়দনো ?

থে— মাবু তোয়না উবা মকমদি বাজি খ্বাইরমনন্দ মখোয়গি লাই অচৌ অচৌবা য়াম্না থেংকমহৃনি।

খ— অহুদি ময়ুম ওইরম্মোই নিপামচা।

থে— অহুদা নত্রবদি ঐদি খঙদ্রে। মাবু মাং থাহুনা চিংহল্লসিরা বাজি ?

খ— য়ুম খঙদ্রে, নংনা মাং থাবা য়ারে অঙাং।

প্র— দোলাইতোংবী ইবেম্মস্‌ ঐনা মাং থাবা য়াররাও ?

খ— য়াজরে।

প্র— অহুদি ময়াম্মক ঐগি ইতুং ইনবিরকউ, ঐখোয় য়ুম হোটেল তানবা ঐ লমজিংজগে।

ময়াম— অহুনা চুম্মিদা।

(মানা মাং খারগা ময়াম্না ইশ্নুনা বেত খোংজগা চংমিল্লখি)

---

# অহানবা মতাং

## তরুকণ্ডবা উৎপা

টেনিসগ্রাউন্দ মনাক্তা লৈবা লৈকোন
গৌকি অমা থারি, মিস মণিপুরগী কোর্ট য়াম্লি, বেগ অমা থম্মি। ইবেম্মনা টেনিস রেকেট ১ পায়রগা ফ্রোক শেৎ, হুকচাং তপ নপ্পা মোজাফুরিৎ সিল্ক অমা লিৎ, টেনিসস্যু অত্তৌবা, মোজা অমগা উপ হুঙ্গৎ হন্দা চৎলি, মতুংদা কাইল অমা য়েপ, স্যুট টাই তৌবা সেক্রেটারীনা ইমচুনা য়ারী শারি ॥

সেক্রে — স্কুলগি হেদমাষ্টার ওইগে থারকইবা মীশ্রুকশিংহু চুয়গি বি,এ, এম, এদি ৭/৮ য়াওই ; এম, এদতি পাশ তৌরবা অমতা য়াওদে। হুন্দক পরীক্ষা থারম্বা অমদি য়াওই।

ইবেম্মা — মমিং করি কৌই ? ইন্টরভিউ তৌনবা তারিখ পিগ্রবা ?

সে — মমিং কুলচন্দ্র কৌই। টেনিস শান্নবা লোইবগা ইবেম্মগা উনজগে হায়দুনা অসিদ্দা ঙাইজরি।

ই — শান্নবা লোইরে, কৌশিল্লক্লোদনা !

( কোর্ট লৌরগা মনঙ্গন মথবাক কাবক কাবক কুপই। চৌকীদা কমই, ইশৈ ঙংদুনা। )

সে — ( কুলচন্দ্রগা চংমিন্নরগা ) কুলচন্দ্র সিংহ, এম, এদ পরীক্ষা হুন্দক্তে থারুরবা মিস মণিপুর হাইস্কুলগি হেডমাষ্টর ওই-নিংবা কেন্দিদেট। ( থোকখিবা )

কুল— নমস্তে ইবেম্মা, মিশ মণিপুর, স্কুল সেক্রেটারী।

ই— নমস্তে। এম, এদকি পরীক্ষা করস্বা ইউনিভরসিটিদা থাবিরম্বগে?

কু— দিল্লীদা থাজরম্মী।

ই— মুপী কয়া শুবিরবগে?

কু— মুম পাজত্রি, মুংশিনবা মুপী কাওবা অমত্তা লৈজদে।

ই— নহানমখে তাইবং মীনা তাবা পৃথিবীগি মুপী মুপা পুন্না লৈবা মফমদা লিবিত্রা? মিং পাংথোক্কনা লম্বীদা, কুমৈ কীয়োংদা চংপিত্রা?

কু— ছাত্র জীবন্দা মীয়াম লৈবা সমাজদা লৈজরবস্থ নী তাদবা লাইরিক মতুংদা ইথন্দা চীক্কা লৈজৈ।

ই— য়েস আই সী—a good boy
মণিপুরদা হুজিক লৈরিবা স্কুল অমসুং ছাত্রশিংগি মরমদা করি করি খণ্ডই? স্কুল অমসুং ছাত্র ফগৎনবা করি উপায় লৈ? ঐ অকবা স্কুল অমা লিংখৎপা পামই, মত্থ কমদোনা কহনগনি?

কু— মণিপুরদা হুজিক লৈরিবা স্কুলশিংসি ঐনা খঙজরিবা অসিগি মতুং ইন্না হায়রবা তারবদি গোভর্ণমেণ্ট স্কুল অমসুং প্রাই-ভেট স্কুল হায়রুনা অনী লোকই। খয়া ফবা তম্বিবা য়াগদবা ছাত্র অয়াম্বা গোভর্ণমেণ্ট স্কুলদা, লাইরিক তম্বিনিংদবা নত্রগা তম্বিনিংগুইদবা ওজাদা তমই। কয়া ফত্তবা, তম্বিবদা য়াগদবা

ছাত্র অয়াম্বনা লাইরিক করা তম্বিত্রবদি তলব শোইবা রাখা প্রাইভেট স্কুলদা তয়ে ঃ গোভর্ণমেন্টনা অয়াংপা পুন্নমক পীরিবা স্কুলগি ওজানা তলব শোইবগি অকিবা লৈতে, তলব চাউনবা কম চোংবংনবা য়েংবা মক্লোশানি। গোভর্ণ-মেন্টনা মতেং খিংতা পীরিবা প্রাইভেট স্কুল অতোপ্পা মচাশিংগি ওঝাশিংদি লাইরিক করা তম্বীত্রবদি তলব মতীক চানা ফংদবা য়াবনিনা নিংথিনা তম্বিনিংই—! অয়াবদি তম্বিংদবা ছাত্র ফত্তবনা নম্বনা করা তম্বিবনা পং-ফান কায়দে। মরম অসিনা মণিপুরগী স্কুল অমসুং ছাত্র-শিংগী হৃজিকী কিভমসি লৈবাকী মতিক চানা চাওখৎনবা লম্বীদি থোকত্রে!

ই— সরকারগী স্কুলদনা ওঝানা তম্বীবা থবা তন্ত্রি, মরিক থুপই ছাত্রনা তম্বিংই তম্বিংবনা য়ারই। প্রাইভেট স্কুলদা থবাই হিংনবা কৈরবসু কৈত্রবসু ওবানা থবাই য়াওনা লাইরিক তম্বিদবা য়াদে ; অহুমা ক্লাস চোংগান কায়রকপা মতিক-চাদবা ছাত্র অয়াম্বনা তম্বগি পুংতাইবা থত্রে তম্বিংদে, অহুনদি তম্বিংবা ছাত্রদা নিংথিনা তম্বিত্রে, তম্বিংদবা ছাত্রদা করা তম্বিহুনা অরেম্বদা অয়াবা পীরে। মসি ইডুকেশনগী পথাপ কায়বা নত্রা ?

ফু— অকায়বনি, Child centred Education হায়বহু থোকত্রে অঙাংগি ফনবা য়েংবা নত্রে। অঙাংগি ফংত্রবদি লৈবাকীসু ফত্রে।

ই— তম্বিনিংবা ওঝাগা তম্মিংবা ছাত্রগা, তম্বিবা তনবা ওঝাগা তম্মিংলবা ছাত্রগা শিজিনসি য়াগদবা নত্তরবিনা ঐথোয়না অমোবা চায় স্কুল লিংখৎসি হায়রবদি কমদৌব। তায় ? ছাত্রগিন্দু কনবা, স্কুল হিংনবা ?

কু— মক্তুদি ক্লাস খুদিংমক সেক্সন অনী অনী থোকপা অচৌবা স্কুল অমা ওইনা লিংখৎপা তারে।

ই— সেক্সন অনী অনী চায়বদি ?

কু— মেট্রিক পাশ সেক্সন অমসুং মেট্রিক ফেল সেক্সন। মতিক মতিক চানা ক্লাসতা কম্বা ওমইবা তম্মিংবা পাশ ওইগদবা কাংবু অমা, মেট্রিক ফেল সেক্সনদা ক্লাসতা পংকাদা কাহনবা, ফিস কায়দনা হুনবা ওম্বা general know-ledge, লো, হিসাব, চালাক ওইনবা মেট্রিক তমলুরবা মায়বা লাইরিক হৈবা শাবা তম্বিবা। মেট্রিক ফেল সেক্সন অসি অয়াম্বা ছাত্রনা অয়াম্বা মপা মমানা পায়গি, ফিস মতিক চানা কায়কনি। waste নত্তে মথোয়সি, বাজারদা মথোয়গি demand লৈ। স্কুলগী percentage of pass হুম্বদনবা Matric fail Section-গী অমাং অয়াম্বা test examination দা থদোকহৌগনি।

ই— কাইট রাইট, মেট্রিক ফেল স্কুল লৈবা পামই লৈবাক্তা— মরম অহুনা লোয়না থম্বী মহুত্তা ইকোং কোংনা মেট্রিক পাস, মেট্রিক ফেল সেক্সন অনি থোক্বা স্কুল ওইনা

লিংখৎপা তায় ! মতুম তৌরবদি ছাত্রশী মমা মপাসী অমসুং ওখাশিংগি মনিং থুংগনি !

কু— মসিদা অরুবা অমত্তং হায়রু—মেট্রিক ফেল সেক্সনগি অশাংবনি হায়রগা খৈদেঙ্গা মমন হন্নগত্রা অসিনি ।

ই— খোওইনা তম্বিদোরি, ফেল সেক্সনগি অশাংবনি হায়ত্রনা মীনা নোকুবা ওমদনবা লোন্দা চালাক ওইহনগনি, General knowledge, account শুবা হিংবদা চংগদবা থন্দুনা তম্বিনি, চুম্নগি স্কুলদা পাশসু ওইররোইদবদা উইত্রনা, লৈখোক্ত্রনা লৈবা ফিস হুনবা অশাংনা ঐখোয়গী মেট্রিক ফেল ক্লাসকি মতিক চানা চোন্তনবা, চৈশে জগোই লীলা, শান্নবা মথল মথল, হিন্দি ইংলিস লোন্নবা, হিসাব শুবা দরখাস্ত ইবা, টেলিগ্রাম তৌবনচিংবা, থরায় য়াওনা তম্বিত্রনা হৈরবা, অপান্বা হিরম থন্দুনা হৈনিংনা তন্নবা অশাংদগী হেন্না মতিক চাবা নিপা নত্রগা কুপী ওইগত্রাও ?

কু— মেট্রিক ফেল কুলগি অশাংনা য়াম্না হেন্না মতিক চাবা লাইরিক হৈবা মণিপুরী অমা ওইগনি । মেট্রিক পাস ওইনবা পাবা ময়ামতু কাত্রবসু হৈত্রবসু কাম্নরবা হিরম করা করা থওজবা নহারোলজি মণিপুরনা পামই মণিপুরদা মাংননবগি মশক ওইরিবদি মেট্রিক পাশ চহি খরগি মন্নুংদা ওমরোইদবা, সুকওই ওইরোইদবা অশাংবু ওইরকপা য়াই থাজহন্দুনা ফিস হুলহনবা, মত্তম মাংহনবা, মানা হৈবা য়াবা

মহৈ অতৈ তমজনবা খুদোংচাবা পীবিদনা মেত্রিক পাশকি অরেম্বা মশুদা মংগ্রা তাগচম্মুনা অশাং লিশিং লিশীং বলি ককপা! This is the worst thing in the Educ ational System at present, Madam,

ই— Yes, certainly. লিংখৎকদৌরিব স্কুলগী মেত্রিক ফেল সেক্সনদা হেদ মাষ্টর ওইবিবা ঙমগত্রা ?

কু— ইশানা য়াজহনা দরখাস্ত থাজরকইবনি।

ই— Thank you, You are the best man for the job. লেংঙনি স্কুল বিল্ডিং য়েংউসি। সেক্রেটরী!

সে— ( পরপ পরপ লাক্লগা ) Yes, Madam.

ই— এপোইন্টমেন্ট লেট্টর পীখো। অহুগা ঙসি করম করম্বা বার্ত্তোন লৈ ?

সে— কুম্মৈগি বার্ত্তোনদি য়ামগ্রে ইবেম্মনবু মিৎয়েং তাবিগে হায়রবদি। ঐ অমুক্তা পুথোকচরক্তে।

ই— No need. অরেম্বা অশাং, চাকশাই কুম্মৈদি য়েংনিংদে। কান্নবা খবক য়াম্না লৈ। স্কুল বিল্ডিং য়াম্না য়েংউম্বিসি লাও। অহুগা ঐগি সেকেন্দ হেন্দ য়েশ ময়াম য়োম্নবা পাখং ২/৩ পামই হায়বহু, খবরদা হাপত্রবা ?

সে— হাপত্রে,-চয়োল অমা কায়ে। দরখাস্ত য়াম্না থারকই। ইন্টরভিউ কৈদৌরৈ পীখিবা ঙম্বিপদগে ?

ই— মতিক চাবা খরদা খন্দোরকউ থোগোৎপদা ইন্টরভিউ পীনবা মতম লৈতে।

( চৎপা হৌই, ২ না ইরৈ )

অহৃগা সেক্রেটারী, নংনা শেল চাবা ফংনবা খন্দোকদবা নত্তে ঐগি মতম মাংদনবা মী অকবম্ মাংদনবগি রানি, খঙব্রা ?

সে— ঐ খঙজে। ( ইকাইবা )

( চৎখি )



# অহানবা মতাং

## তরেৎশুবা উৎপা

মৌ অনৌবী কাদা ফমুং কাংখন অহনবা থারি, মোড়া চৌকি ১/২ অতুগা অকে অমৌগি পোৎনা থল্লবা ড্রেশিং টেবিলসু লৈ। টেবিল মথক্তা কপ ২ লৈ।

বিনয় অমসুং প্রতাপ ফমথুনা ৱারী শারী।

বিনয়— অনৌবী কদায় চৎপ্রে ইতাও ?

প্রতাপ— হয়েং চাকৌবদা শিনবা শেৎনবা লিকোল ৱাইমিন্নরুনি ইমাগা হায়গুম তৌরম্বনি খঙদে লৈরিব্রা চৎমিন্নপ্রবা। য়েংওই করি হাইয়ে তারিব্রাও ?

ব— মমিংবু করি হাইয়ে কৌব্রাও ?

প্র— নত্তে, থারিকথা কৌই।

বি— মমিং পল্লুনা কৌবা য়াব্রাও ?

প্র— মাগী মমিংসি পল্লুনা কৌবা থল্লা হল্লোই নহায় ইতাও—

বি— করিগিনো ? মমিং কৌববু কৈদৌনা ইকাইরিব্নো ?

প্র— মিং পনবা ইকাইবসি ঐগী ইমিং অমা ঐনা পনবা ইকাই, মাগী মমিং অমা পল্লুনা কৌবা থল্লা হল্লোই।

বি— ইতাও, নবুক কত্তহ্না ইকাইরিবনি কৌবা ইকাইবা মীবু মনাক্তগি লাপনা লৈহনবা চুমত্রাও ?

প্র— পুক কত্তবগী রা নত্তে ইতাও, মনিং কৌরবদি হঙ্গোই- নরক্তে, হঙ্গোইনক্তুবদি চান্নবা মরেং তারকই।

বি— চান্নবা মরেং তাহন্দনবা মম্নিং কৌবা পাম্মুব্রি বা ওইরে। মানবু চান্নবা হেঙ্গৎনবা মেট্রিক সার্টিফিকেট থৌবা তোক্ল- ত্রাও ? সার্টিফিকেটপ থৌরিবমখৈ শেন্দোনবনা শেনবুবু মুংশিগত্রাও ?

প্র— অমুক মুংখিল মুংদাং ইমা হেক লৈত্তবগা সার্টিফিকেট থৌবনা করিনো খাংবা ওম্পোাং নত্তে। হয়েংসিনি চাক- কৌবা চৎপদা ঐনা সার্টিফিকেট পীগে মুমিৎ থানরিবা কনাদগিনো ঐনা রাইরুরগা ককতুনা নত্রগা মুথৎতুনা মিং শেমজিনগদবা।

বি— শেম্বনা কয়া কুইনি হায়বগে কারকওইত্রাও ?

প্র— শেমহ্না উত্রবসু হয়েং পীগে হংচিং পীগে য়ৈথোক য়ৈথোক- তুনা শিবা ওাইবসিসু কন তনবা থবক্কি ইতাও। হয়েংবু উৎত্রবদি মাগা ঐগা থায়নবদা তারক্কদৌরি। কুইনা চান- রোইত্রা হায়হ্না মম্নিং কাওবা কৌত্রিবসিনি ইতাও। খংদে ঐনা হয়েং তোঁগদৌবসি।

বি— সার্টিফিকেট য়াওদবদনি, sports তা শাম্নবদা কপ কয়া ক্বংলবনি, ঐদি অহু ওপ্পা নিপানি অদা হৈব মচানি, সাবিত্রীনা মমুম পানবা মতমদা সত্যবানবু লৌ শরী কয়া চায়

করি সার্টিফিকেট পায়রি হংখিত্রা অসিনঙ্গিনা হায়হুনা য়েংত্রাও ?

প্র— কপ্ ময়ামসি উৎতুনা রাজকুমার পাহুনা হেক লৈজবা মখল মখৈ পুঁখোকতুনা সার্টিফিকেট উৎতবা রানবা হোৎনরবনি— অঙকপনি অহুনবা চৎনবা হুপী নত্তে, অঙকপনি মীচমনা পায়বা সার্টিফিকেট !

বি— থবক হায়রা ওজামচা অমা ওইরে মহাক হুমিৎ ৫ নি লৌবগি, খায়নরসি সার্টিফিকেট লৈত্রে হায়দোকত্রোদনা ?

প্র— খায়নসি কদায়, খায়নহুসি কদায়, হায়দোকসি কদায় হায়দোকহুসি কদায় ! হয়েং হায়বা হুমিৎসি লাকহু হায়বদি য়ারোইদো, ঐ খঙত্রে ঐ নাবা তারিখানে।

বি— চাকৌবা চত্রে ?

প্র— ঐ চৎত্রবহু ময়ামদি কাকবা রাই কৈদো।

বি— ঐ বার্ত্তোন খরা রাৎলি চৎলুখিগে।

প্র—চৎলুরো ইত্তাও, ঐ হকচাং ঙমত্রে।

( কমুংদা চৎহুনা হিয়া )

( বিনয় চৎখরে। থারিকথানা হিগোকমচুগি কনেক মোই-রাংকি চনবা লেৎ, খুদৈ উরেং মহুপ অমা ইন, চা-গ্লাস অনী পুহুনা থোরকই। )

খা— মী চৎখবোইরে ঐদি চা লৌকরি।

প্র— নং অমা থকউ ঐ অমা থকে, রাম্নু অমা ঙাংনসি ( হৌগৎতুনা কমুংদা কমই, চা থকম্নিয়ে। থারিক্লা চৌকিদা কম্নই )

থা— করিনো অরুবা মা অমা হাক্লবো ?

প্র— নং ঐখোয়দা লৈরকইবা ওসি ৫ নি ওয়ে। ঐবু হিক্লুং মুংশিজ্রিবাও ?

থা— হয়েং মেট্রিক সার্টিফিকেট উৎকদৌরিবা, বাবু অইখদা মতিক চারবা, লুপা ৫০ চাবা ওজাবু করিগি মুংশিদদগে ?

প্র— মেট্রিক পাশ তৌরকপা মাই হায়রুনা ওজা অমম্নু ওইরে মেট্রিক্তা নৎত্রবদি ময়ুম পাম্লোই হানরিবী নংবুম্নু লুহোংলে। পাশ ওইরকপা মাই হায়বদনি পরীক্ষাদি হায়দোক্তি। ওয়াং অতিং মও কয়া মুংঙাইতে। করিগুম্বা ঐনা পরীক্ষা ফেল ওইরকপা থোক্লবদি কমদৌনি ?

থা— ফেলবু ওইবিরক্লবদি ওজা ওইবা তোকপিরে, ইমানীম্নু থায়নরেদনা। হক্তিম্নসি হায়রগা মথংগি চহীদা মেট্রিক পাশ তৌবিবা তায় কম্না হোৎনবীত্নুনা, চহী ২ মা ৩ না ঙাইজনি।

প্র— মেট্রিক পাশ তৌদবা নিপা শিকথম্না ময়ুম পাম্নিদা ইবেম্মা।

থা— তিম্নহাও থিদবা মবুকক্বী কুপী অত্তে থিবিগে হায়রা খুসী তৌবিয়ু। ঐদি মেট্রিক পাশ নত্রবদি ?

প্র— পরীক্ষ ফেল ওইবা থোক্লবদি ঐ ইকাইবন। মণিপুরদা লৈবা

ওয়ি থাজদে ; ইকাইখদগি ঐবু অচেনবা হয়াগাড়ী মমাংদা চোংশিন্দুনা শিখা ওমগদ্রা ?

খা— ওন্কাওবশুগিদি ঐখোয়স্থু ইন্নিনবা য়াওজগে চাননবু শিখি-খিগে ঐবু য়াই শংহনবিগে হায়রম্মি ।

প্র— ঐনা শিখিবা খোল্লবদি নংবু নুপ্পাবী ওইহৌরোইদ্রাও ?

খা— ঐ চহী অমদগী হেন্না ওইজরোই কুইরবদা মণিপুরদা মেট্রিক পাশ তৌবা ওন্না পাথং মশীং কম য়াম্মে ।

প্র— ইকেন্মা নংবু রামায়ণ মহাভারতনচিংবা মহাকাব্যশিংদা য়াওরিবা কুন্তী, দময়ন্তী, সীতা, সাবিত্রীগি ৱারীকা থক তার-জবো ? নখোয় ইকুবোক খঙ্খোনা ৱারীকা থক লিখিদ্রাও ?

খা— খাইনগি ৱারী, লাইরিকি ৱা য়াম্না তাজরগা হুজিক হিংলিবা মীনা কমদৌনা চংপা হৌনবগে হায়রন্থু মুন্না খল্লরগা মেট্রিক পাশ খজরিবনে। মমাংদৌদা নিংথৌমচা, পুং ঈশৈ তৌবা খল্লরম্মি, হুজিক মেট্রিক, বি, এ গি মুগনি, খন্না লৈরগা ইউরোপ পাশ আমেরিকা পাশদদা খল্লুনা মুম পানগে হায়নরক্লনি। মু কানী গঙ্গা সিনেমা থক্লনা ওাওবা মেট্রিক কাওবা পাশ তৌবা ওমদবা নিপাশিদমক লুপী অমগি পুক্তি সতীগি তাংনা মাংহনবা অশিংবা থবক নত্তে। নিপানা ইবা লাইরিকী লৌনমা লুপীবু পাংহনবা মতম নত্রে। ঐস্থু লাইরিক অমা ইজরি লুপানা লুপী অনী থিবা য়াদে, অহানবা লুপী শিঞ্জবস্থু মতা নঞ্জগা পাঞ্জা

ওইহ্রনা পুন্সিহ্ লেনগদবনি হায়ম্নুনা। য়াবিনিংব্রাও ঐগী লাইরিকি পাউতাক ?

প্র— ভাইখো, সজা সভোগি য়াহ্ লাইরি। নংগি মেত্রিক পাশ তৌবা নিপা অমনা বাবু ওইহ্রনা তাল্লিবা শেলহ্ মিস্ত্রী উগি নত্রগা চেকী ওইহ্রনা, ইলেক্ট্রিক নত্রগা মোটোর মেকানিক অথবা ওইনা, ড্রাইভর ওইনা ইলাই লায়না তানবা ঙম্মি। চহী ৫ নত্রগা ১০ গী মতুংদা মখল মথা অয়াম্বা শানবদা কপ ফংবা মীনি, একটিংদা মহারাজকুমার শাহ্রনা দলালদা লৈবা, কার তোংবা ঙম্বা নিপা ঐবু ইচম চম্বা নংগি মেত্রিক সার্টিফিকেটনা হেন্ন মমল লৈব্রনে লাইরিক লেংবী ? (শাওবা)

থা— মহ্ কনা চুমহ্রনসু মতমগি চৎনবী পামনবী হায়ব'সি অঙক-পনি। মতম্ ইকাই খুম্নদবা য়াদে ইবুঙো, ননাওদি মতমগি কুপীমচানে। অহ্রক হৈশিংবিবনা মতমগী নিপামচা অমা ওইবা ঙম্বিদ্রিবা করিগিনো ?

কু— (মপান্দগি) করম্বা অরুবা য়ারী শাবিরিবগে ? অনৌবা অনৌবী লৈব্রাও ?

(থারিক্লা ইমুংদা চংখিবা, প্রতাপ্পা মপান্দা খোক্ল্না ওকল্লুবা)

প্র— লেংশিনবিরকউনে করিনো দাদা।

কু— ঐ লাক্ল্না য়ারী শাবা কায়রব্রাও ?

প্র— মুংঙাইবা য়ারী নত্তে, থম্মোই চাকপা য়ারীনি মুখৎপনা মতিক চাবা।

কু— হয়েং ৫ নী চাককৌবা নত্রাও ? স্কুক নৌরিদৈ কনায়দগি গৌরকইবা নৈনো ?

প্র— হন্দক লৌরুরিবা স্কুলসি দাদা বৈথেংনি, safety নত্তে খুং হেক্তা পোকপী ঙাংনি।

কু— ঙসি ৫ নী শুরকাও সার্টিফিকেট থৌবা লেপত্রিত্রাও ?

প্র— হয়েংনা অরোইবা স্কুমিংনি, হয়েং উৎত্রবদি কাংথন অহনবা মৈ চাকপা ভারি। করম্বা লৌশিং শিজিন্নহুনা স্কুমিং নৈথোকসিগে ঐ ঙকুনা লৈজরিবনি।

কু— নৈথোকপা কান্নদে অশেংবা হেক্তা তাকথোক্কনা লাইবক য়েংলোনে ইবুংঙো। ফুনাক্তা বোম মরু ফুমহুনা নোংমা নত্রগা নোংমা পোকথাইবা ঙাইবা করি কান্নদগে ? পাশ নত্তে হায়রগা চহী অমা স্কুমিং থানহুনা কন্না পারগা কোন্না হঙ্গিন্নগে হায়ত্রা করিনো অমা ময়েক শেংনবা কৈনা ঐগি মোত্তে। থরাই য়াওনা পাশ ওইরগে থল্লবদি ঐখোয়গি মেট্রিক পাশ স্কুলদা তম্মো।

প্র— তাখিনি, তুমিন্না ঙাংনসি দাদা। ঐনা অশেংবা হেক হায়-দোকপদা বজ্র মথক্তা তাদৌরিবা মীনি দাদা, ঐখোয় ইমা অমা, ইস হরে হরে। ঐবু শিখিবনা করজ্রা খঙত্রেদা! হয়েংনা অরোইবা স্কুমিং। Walking চংসি দাদা, রা থরা থন্নরুনবা। করিস্থু লেতবা চেক্কেং অমগি প্রতাপসিংহবু ...

( থোকমিন্নখিবা )

---

# অহানবা মতাং

## নিপালগুবা উৎপা

লম্বী, সুংথিল পুং ১ য়োম তাবদা চৎনরি—

৫ নী চাককৌবা চৎপা কাংবু মতিক চাবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা

… ……মধুমতী অমসুং তোমাল রাম্মী শাদুনা থারিকথা

ওইরি ।

তো— অঙাং অনীদু থর্না চান্নুনা উরিব্রা কমদো ং

ম— চান্নমন্দুনা সুংশাবু থীরপোংনি ।

তো— করিগি ?

ম— য়াম্মা চান্নবসি থংনরগা থীনা থংনপাম্লিনে ।

তো— ঐনা ঐথোয় মুপী লৈথিদবদুগা ওম্বোক্না চান্নপোংনি নোংমতা থংনখিদে ।

ম— য়াম্মা চান্নরদুনা হৌজিক শক উনদ্রবসিদি থংনরবগুম্বা নত্রাও ?

তো— লাইরৈবাক্তা লৈব্রবা মীনা ঐথোয় তাইবংপান অসি উরিব্রাও ?

ম— উরবদি অওইনি, ঐথোয় মুপাদি মবুক কৈ করিসু শাওবিরোই মায় মামথোই ইনেন্ত থরাই মুংঙাইরমগদ্রাও ঐথোয়গি অমত্তা ওইবা মতৌসি মপান্দগি উবদা ? নত্তে, ঐথোয়গি পূকচেল ইশেং শেংবসি থাজদদুনা হায়বা ।

তো— ঐখোয়নবু পুকচেল মাংনত্রবদি—শিঙবা মীগি রাদি অরাইপোৎনি। ঐখোয় মুপীদু মতিক চানা শেং চাবা ফংখিদে, মচুগি লম্নন মুপী অমদা ঐনা শিংবদা মহাক হরাওগনি। চহি য়াম্বা য়াম্মদবা লৈত্তে মীসিদি পুকচেলনা নম্ম ওইবনি, করিনো। নহা থরা ওইখিসি হায়রবদি ইবেম্মা শানবা কৈ। শানবদু পাম্মিমখৈ অদুল ওইবগি থবক লৈতে চহি ৭০/৮০ শুরকাও।

ম— শানদৌরিবু করিনো চাকথোংবীরাও ?

তো— চাকথোংবীসু শানবা মথল অমনি। নিপাম্মচা প্রতাপকি মুপী থিবিবা থবক খিংবা ইমানিগি কয়া মুত্তাইশ্রবা শানবা মথল অমনো ? মুপী মমুমগি মপামচাম্বা ঙাংনবা রা, থবক হাম্নগি শেল চাথোক চাশিন রা তাথোক অশিন, কয়া মুত্তাইশ্রবা লীলানো ? লীলা তোক্কবা শানবা লেগুবা নহা ওইনবা লাইরানি ইবেম্মা।

ম— শানবা লেপ্পা হায়রগা নিংশিংই, মাগি মামদা ঐনা থাখিবা মতম, নিপাম্মচাগি মুপী খিবা, থবক অমা ফংজবা ফাও চায়বদু হুজিক্তি লোইরে। মথাসিদি করম্বা লীলা অমা মাগি মামনা চথবিবা পাম্বিবগে ঐদি বেরা লৈজরে। লাইরৈবাক্তা মপানম্নু ইথৌ লোইরবনিনা শাওবিররোই, মীরমলেনসিদা মীনা থরা থীনা ঙাংনবদি ঐদি করিমত্তা ইকাইজররোই, বেরা লৈত্তে, বৃন্দাবন্দ চৎলিবনি তীর্থ

য়াম তৌরকনি, হায়হুনা লৈবাক অসি থাদোকনু ওইরবসু চৎপ্রসি হায়রা এরা লৈডে।

তো— থওদেনে লৈবাকি চৎনবী হায়বসিমক্তং লৈরমত্রবদি থৌনা কনা শানবা মথল মথল, মথা হেক্তা লৌথরা হুংওাইরদোব মতাংনিনে।

ম— মীনদি মুক্তক ২ ওাংনরপোৎনিদা।

তো— মীনা ওাংনজবনদি ইমানিবু মায় ওাংহনবা ওম্পোৎ নত্তে। পুকচেল হেক মাংবদা ইমানি ওসি চাককৌবা চাবা চৎমিন্নবা ওম্মোইদবনি। পুকচেল শেংনা শানবসিনা কল্লিত্রা মাংনা শানবনবু চুম্মগত্রা ঐবু মতম থরা থলহনখো ইবেম্মা।

ম— মুপীমচা লাক্লমানে। ( য়েংলগা ) ( থারিক্লা কেরেপ ইন্দুনা লিকোন সনা লুপা শি, কনেক মপান নাইবা শেৎ, চাক চাবা চৎকে থোরক্লে। )

ম— ওম্মোকসু কুইত্রেদা ইবেম্মা? কৈববু কা হেন্না কেরগা কজত্রাও?

থা— রাংনা কেরবসু অবোক ইচম চম্না উই, মীনা উশিত্তে মতমগি মান্দেদা।

ম— অদুবু কয়া কুইরগে ঐখোয়না নংবু ওাইরকইবা?

থা— চপ চানা কেবা হায়বদু তানবা হোৎনরদ' কুইরিবা মতম্নি।

তো— চুমইদা ইচানা হায়বা চপ চাবা হায়বসিমক্তবু থিবা য়াম্না রাবজাৎনি। ইবেম্মা নিপামচাখোইদি লৈহৌরিত্রা চৎপ্রত্রা?

থা— সার্টিফিকেট ছজিক কাওবা পায়ত্রিবা মানা ঐগি মাং থাহুনা কদায়দগি চৎপা গুমগবনো খুড়া।

ম— ঐনা হংবদদি "চৎতা চৎলমউ ইমা, ঐনা খোকপা কনবা তৌরকনি" হায়হৌবনিদা।

তো— হোয়দা মাস্ অয়াইবা নিপা নত্তে দিল্লী গৌরুয়পোৎনি, মানা খোকপা মকুখোকা মবাইগনা য়ানবা তৌজয়কনিদা। চাক ঙাইনয়ম্মনি থেংগ্রে চৎসি।

থা— অওইবনি পরপ পরপ লেংউ খুড়া ঐখোয় বাজিগা তাদগহু মীওং অমনি, মী অয়াইবনি মখোয়নী হায়া চায়গে হেক্তা হায়রমগদবনি চাকপু লোইরবদি।

ম— চাব কবহুনবি কল্লকপেল্লা মপা মচানা লম কল্লিবা।

থা— ঐখোয়হুমগি চাক ঐনা থোংলগা ঐনা হায়া ওক্লবা চা-হৌত্রবদি মপামচা লমজেল থাহুনা হুরুবদা ঐ অমুক খোং-হুনা চাদবা য়াদ্রে, ব্রত কৎলে। ( চৎখি )

( চাকচাবা চৎপা পাখংশিং তোম্বা, বিনয়, য়াইম', কাহ্নাই য়ারী শাহুনা লাকই।)

কা— মতা চাদ্রবদি ঙসিগি চাকসি শোইহুনা হল্লকপ্রা কয়িনো খঙদ্রি।

বি— করিগি শোইরুদগে?

কা— বয় মশানা চাক চাবদি য়াওদনা, ঐখোয় লমলানববুদি পিজনিংপোৎ নত্তেদো।

বি— খওজেনে ইত্তাওহু মখা ক্লবদে লায়হুনা লৈহৌরিকমি
য়া— মাগিসি সার্টিফিকেট উৎনিংঙাই লৈতহুনা অরুম হৌ হৌরা মাহিরা।
কা— দিল্লীদগি মরুপ অমনা মা পাশ ওইরে হায়হুনা চিঠি অমা পিরকই হায়বদায়নে।
য়া— অশেংবা চিঠি ওইরবদি মহাক করিগি অরুম হৌরকপদগে?
কা— ৫ নি চাককৌবা মুমিংশিবু অরুম কৌবা মদে হায়বা লৈত্রাও?
বি— বর য়াওদে হায়হুনা থোক্লান্দা মপা মচানা ঐখোয়বু মেট্রিক পাশ তৌবা কনা কনা য়াওরি হায়হুনা হৃবা থোকলবদি লৈবাক মচা ইবুঙো ঐবু মেট্রিক পাশনি খর হায়রিবু ৫ নি দংদি ঐবু সার্টিফিকেট লৈথোকতুনা পানা থোক্কে ময়ামগি কৃপাদগি।
য়া— নংম অচুগুম্বা মিহুল অমা ফংলবদি সার্টিফিকেট অমত্তং রাইহুনা পুরকনি।
( ময়াম নোকতুনা চৎখিবা )
( কুলচন্দ্রনা মথুং পায়হুনা প্রতাপপু পুরকই )
কুল— লৈথোকতুনা লৈবা, অশেংববু থেংনবা কিবা নিপাম্মচাগি মখৌ নত্তে। কেকু লোৎপিবু কয়া কুইনা শারদগে? মোংমা নত্রগা নোংমা চোম্না ঙাইবগি মহুৎ নোংমা নত্রগা নোংমা মায়পাকপা পূর্নিমাগুম, মতুনা কত্রনে কত্রনে প্রতাপ? মী লিশীং কয়ানা ওম্বা খব কপু নংনা করিগি ওম্মোইদৌরিবনো?

মরম চানা নিয়ম চুম্না হোৎনরবদর মেট্রিক পাশপু পাবঙ্ অমনা করিগি ভৌরোইদৌরিবনো ?

প্র— মেট্রিক ফেল ওইবা ছাত্র মশীং অশুক য়াম্মিবসিগি মরম দাদাবু খংবিরব্রা ? মতিক চানা ক্লাস কাখৎতবা, ফেল ওইরগা ক্লাস কানবা, মশাগি, মমা-মপাগি অমসুং ওজাগি সোযতগি। ফেল ছায়রবা মিংথোলসি ওহাক হায়রবদি চহি ১ তুরুচবদগি মশাবু পুন্সিচুম্না ফেলগি বেজ লৈৎহনবা, মসিনা মরম অমনি মীয়াম্না ফেল ওইনবগি।

কু— নংবু অহুগুম্বা অপংনা মীয়ামগি মরক্তা অমরাও ? চহি অমা ইথাইবা কিতুনা পুন্সিচুম্না ইথাইবা খাংবা মীশক্লা ?

প্র— ঐ অমসুং ঐগুম্বা মীগিদি মতু নাত্তে দাদা, চহি ১ ফেল ওইতুনা ক্লাস হন্জিনবা কিবগি মত্তে। মেট্রিক পাশপু করি কায়দগে পাশ নত্রবসু পাশ ওইবগুম্না ইথিক চাবা ঐনা পাশ তৌনবা অয়েঙ্বদা য়ানা হোৎনবা কায়দে হায়তুনা তৌবনি। ফেল ওইরবসু পরীক্ষা কাওবা থাত্রবসু মেট্রিক পাশ শাবা ভমগনি তাইবংপানগি মীশিংবু নমথাক তৌবা ভমগনি খল্লুরে। মরম অতুনা পাশ ওইনবা হোৎনগে হায়দনা, পাশ নত্তনা পাশ শাবি, অরুবা অতাংবা থবক মীনা তৌবা ভয়দবা পাংথোক্কে খক্করে, মতুনা ঐ চন্দক তোক্সিবনি। ইমানা পাম্বগা ঐনা পাম্বগা মায়দবদগি করিম্ব লৈত্তবী মেট্রিক্তা মযুম পানগে খনবী মূপী অমা ইমানা

থিবিরুবদগি স্কুলগি ওজা মচা অমা ওইয়ু হায়রুনা ইমানা হায়বা ইনবদগি ঐ হন্দক চোপকদৌরিবনি দাদা।

কু— ইমানা হায়বা ইনবা ফত্তবা নত্তে, মেত্রিক পাশ তৌবা নঙোন্দা অরুবা থবকসু নত্তে, নংনা থাংগদবা ইকাইগদবা মতমসু কুইয়োই চহী অমত্তনি।

প্র— মীনা ঙমদবা ফেলনা পাশ শাবা, পাশ য়ালানা তৌবা থবক্তগি হেন্না চাওবা থবক অঙক অঙকপা তৌবা পামই তৌবা ঙমগনি। অদুগুম্বা ঙমগদবা ঐনা করিগি অপংবা মীয়ামবু মিত্রং নত্রপা সার্কদকুম্বা হুংঙাইবা কুম্মৈ উহল-লোইদগে।

কু— নংনা হায়রিবা থবক্ত পাশ ওইরগা তৌবা য়াই। মেত্রিক নংনা এম, এগি থবক তৌবা য়াই, বি, এ শিংবু ঙকহনবা য়াই। লাইয়রবী রাজরবী নংগীদমক ঙাওরবী নমাগিদমক ঐথোয় স্কুলদা কায়গা মেত্রিক পাশ তৌথোকলো।

প্র— ঙসিনা কমদৌবা চাককৌবা মকমদা ?

কু—ময়ামগি মঙাংদা নংগি মিত্রংত্থ তাকথোকউরগে ?

প্র— লৈতুমদি থরা চাবা ভারেদো।

কু— মত্থ হকচাং শেংনবা ইক্তৈমনগি য়েৎতুম্মি।

প্র— অত্থুদি য়ুমদা ঙহাক্তং হল্লুখিসি দাদা!

(হনখিবা)

---

# অহানবা মতাং

## মাপনগুবা উৎপা

থম্বৌগি মাঙ্গোন্দা, কুংখিল পূং ২। ভাকজনি। চাককৌবগি চাক চাবা তোক্লমলা মরাম্বক কমই, চাক তোকপগি থেম্বুংনা য়েনবা কা চাবা য়াওই, বিড়ি চম্মুনা থকপা য়াওই, থারিক-খাবা হানবা হিদাক থকপা য়াওই। কনানা য়েহাংগি য়ারী হাওই হাওত্তে শারি, কনামা কুলচন্দ্রনা হেদ মাষ্টর ওইহল্লুনা ইবেম্মনা লিংখৎপা মেত্রিক ফেল স্কুলগি য়ারী শারি, কনা অমমা প্রতাপকি য়ারী হৌদোকই।

থেম্বুং— ( ময়ামদা কা য়েম্না য়েম্না ) ওসি ৫ নি চাককৌবা চাবা লাকপিরিবা ইশেনগি মরুপশিংসি ওখোক্না য়মদ্রে, ঐদোনা হাপ্লিবমখৈ শিং নাম্না চাবা ওম্বা অমত্তা য়াওদে দো।

কাঙ্খাই—ইবাই শিং নাম্না চাবা ওমদ্রপা য়ামদ্রে হায়রবসি অর্থ করি হায়রিবনো ? য়াদি য়ারৌবিগম্বুকো।

য়াইমা—ইবাই, য়াং কংজরবম্বু ঐগি চাকলুক্তি পংলেম লেমজদে হুজিকম্বু য়েংনরুসি।

থেম্বু— নংবু ইশেন ঐগি চাকহাপ য়ৌত্রনে ? য়েহাংম্বু নংদি হরাইজার চপেমপোম্ববু থাবৈ অমদা নখুৎ থল্লগা ঐগা সাম্বা তোরকইব্রাও ?

ম্না— নত্তুং ইঙ্গেহ য়ুবদনি লাম্বাদি ইবাইগা কদাইদগি ঙমজরুগ-
বনো ইহো কলি হায়বা যুগসিদা পোকপা মী মচা ঐখোয়না
(ময়াম্না নোকই)

খে— চাক য়েন্থাংবু বামোম্না হাপকে হায়রগা ঙম্মোই হাপস্থ
হায়বা হৌনব্রাও ইবো কাহ্লাই। নংবু পাখং নব্রাও ? ওম্বা
য়ারে এককপা য়ারে খম্লহুনা বামোম্না [illegible]ইবা চাক
য়েন্থাং মখেল লুকোইহু ওকচরে ঙমজদরে হায়হুনা হৌ-
গৎলো, লেমহৌরিবা চাক য়েন্থাংহুনা চাকলুকমখক্তা মখোয়বু
চাবা ঙমদরে হায়হুনা জয়ধ্বনি লাওবহু নিপাম্মগা ওইনা
পোক্লগা তুমিন্না তাহুনা লৈগব্রাও ? ঐখোয়দি চাক য়েন্থাংনা
করেম্নবা উশিত্তবা পোকপদৈ য়াদে, কোগোক কোক্না
চাথোকপা হায়স্থ ঙাই।

( থম্বৌনা কা মতপ ১ চাগদবগি শেমহুনা খোয়কই )

থম্বৌ — ময়াম্থ চুরুট কা থুংনবিব্রা ?
হায় মুপীমচা নবোকী হিদাক হাল্লব্রা কা-পাদি ?

মধুমতী – কাম্থ চাজরে হিদাকস্থ থকচরে। কন্নিনো ঙসিগি চাক
য়েন্থাংসি হাওনা হাওম্লিবা মখেল লুকোইনা য়াম্মিবা ফজরিবা
বামোম্না বামোন হৈবনে ?

থম্বৌ— খোংবদি হৈ হায়বু মসি বামোনসি য়েনবদা খন্না য়াংলি,
পাখং মন্নামগি মীচংদা ঙসি খেমবুং ইপাইচানা তোংহুনা
লাম্বা পাবহুদি হুংশিদা, অজ্ঞাসি হুমাংনা মশা পূম্নমক
পুমলুপ লুপইদা। অশাই চাক চাক্রিঙৈদদি মিৎ-না ইপং

পাংশিল্লুরে। ঐদি ঐখোয় ইমাকনিদা প্রতাপ হায়বহু য়াও-ঙ্গিমানে খল্লি। চাক চারিঙৈদগী মাগি ময়মদা কনা কনানো খরা য়াজী শানরকপহু ঐদি অঙ্গা বাখোয়া লাকচখিনি হায়ঙ্গী পাঙেনবা হোৎনরিঙৈ মুদ্রা ভাশৌত্রে, ইচয়া অসার হায়বু প্রতাপ মশা ঙমদহুনা লৈহৌই মাগি মেত্রিক হায়বহুদি পাশ ওইঙগরে হায়হুনা দিল্লীদগি ইমাকি মরুপ নিংথৌমচা রাজকুমার অমনা চিঠি পীরক্লে হায়বা নত্রাও?

মধু— মানি তাদ নমাক্ পাশ ওইরে হায়হুনা দিল্লীদগি চে থুংলরে থাজবিক্রপা চিঠিগী য়াওজরি পাহুনা য়েংবিয়্।
[ চিঠি ১ (card) পীবা ]

খম্বৌ — দিল্লীয়োমদা লৈবা নিংথৌমচানা পীরকপা চিঠি ওইরবদি শোইরোই, সার্টিফিকেট কংলবঙুহনি। ঐগি ইমাকসি মীনা নোরুপত্রা হায়বগি ঐখোয়না থাগৎতবনি মত্তিক চাবা নিপা অংনি। অহুগি মথক্তা মুপীমচা মশানগী সার্টিফিকেট ভরং ভরং মখুৎতা পীয়জরিবা পাঙ্গং কয়াগি কোটো মরক্তগি সার্টিফিকেট মকম মথাং থঙত্রিবা প্রতাপকি কোটোহু দাক্ত পায়খৎলি। ঈশ্বরগি নোংদম হায়মুনি থম্মুনা পাম্মিদা চংলুবু শেল চায়বা অঙম্বগি পাওমুখলা চপ মান্নে অস্কুক পরুবা মুপী নিপা, অতে লৈতে, সাবিত্রী সত্যবান, সীতা রাম থোকই হেক হায়রে।

বি— অস্কুক, পরুবরি রামা ইতাও প্রতাপকী সার্টিফিকেট থিগৎত্রকপু য়াবেদা থবকমু মামগি কৃপাদগি লুপা ৫০ চাবা ওবা অমমু ওইজরে।

থম্বৌ— মচুদি য়ারোই অঙাং। করিনা হায়গে হায়ববু মেট্রিক য়ৌদবা অঙম অথৌ মচা কয়া কয়া নিংথেম্মচা লৌয়াম চাবা কয়া-কয়া হায়ররিপোৎনি, মেট্রিক পাশ নত্রবদি হায়ছুনা ইপা ইচা ঐথোয় অছুম্বা শিথাং থাংলকইবনি।

থেম্বুং - মেট্রিক নত্তবা প্রজাপুতা থাজকয়ে ভাবদা হাঙ্গা 'হায়রম্বা অতৈনা পাওহোম্মবদা ইপা ইচা ঐথোয় মুমদা লৈবা ওম্মোইদৌরিবনি। করিনো মী কয়াগি মমাঙ্গা ঐনা লাও-থোকউরপোৎনি ঐগি ইচন্দি মথোং তেকপা খংদে মসিং তাংবা খংদে, চীং মচা পাঙল মচা বেয়া লৈজে মেট্রিকক্বি য়ামজ্রবদা পাশ তৌবা ওয়া নিপাদা থাজনি হায়না। মুপী মচা নংবু নংগি নিপাচু মেট্রিক নত্রে কেনানি হায়রকপা থোকুলবদি লুহোংলুবনি হায়ছুনা সাবিত্রীগি ভাবতা অহুম লৈরক্রাও ?

থারিক—থাইনগি য়ায়ী লাইরিক্কা য়াওবা সাবত্রীগি মতৌ হুজিক হিংলিবী নচনবু ওম্মু হায়বিম্নু তাচৌ। নিপানা লমহাংদা চাবা কাউ ওইবদা বেয়া লৈত্রগা মুপীবুনা সীতা সাবিত্রী শাহন্নিংবা নিপাশিংগি অপাম্বা থুংহনবা মুপীগি মথৌ নত্রে। করিনো শিশক পিক্লিডৈদগি মেট্রিক ওংবী হায়ছুনা ইমিং চংলবদা কুইম্মে চংপা লীলা য়েংবা ঈশিংশোকপা শোরোক্কা থোকপদা অঙাং অহল থায়দনা মেট্রিক ওংবী হায়ছুনা লক্ত্রবী ঐনা, -হুজিকপু মেট্রিক য়ৌদবা নিপাগি মমুমদা ইজং মাংনবা লৈজরকগত্রাও ?

থম্বৌ— ঐগিদি ইচানা হায়বনা অচুম্বনি, অক্কবনি লুহোংবগি বেরা লৈতে, শেল থরা মাংজগ্রবসু অউনপোৎতি সার্টিফিকেট অশেংবা উৎত্রিমখৈ তমখিরোই হায়চুনা খাংজিবসিনি। ( কুলচন্দ্র পরূপ পরূপ লাক্লগা )

কুল— ময়াম লুক হাবিরক্রা ? করিগুম্বা রা অমত্তা।

মধু— করিনো ইবুঙো ননাও কৈদৌরে ?

থম্বৌ— কনাগি য়ুম্মাং পাওনো ইবুঙো চাক ভোক্লে। (চপ মান্নবা হায়বা অতৈনা ইঙক ঙকনবা )।

কুল— দিল্লীদগি চিঠি পিরকই হায়বা ইনাও প্রতাপকি মরূপ ইবুঙো রাজকুমার মাহেন্দ্রসিং, বিকানীর ষ্টেটকি যুবরাজ মণিপুর য়েংবা লেংথোরকই প্রতাপকসু ওসি হুজিক্তা উম্নখ্রে।

মধু— অদুদি ইবুঙো রাজকুমারদুদি কদোমদা লেংব্রে ? কদাইদা লৈগনি ? কয়া কুইনা মনিপুরদা লৈখিনি হায়বগে ?

কুল— দাকবাঙ্গলাদা লৈগনি, মণিপুর য়েংবা লাকপনি চয়োল অমরোম লৈখিগে হায়রবা য়াই।

মধু— ইচাগি মরুপ্তা করি করি খুদোনপোৎ পীখিনি ইবুংঙোখোয় ?

বি— ফিবোল কক্তরবা মীতৈনা শাবা, জগোইগি পোৎলোই, মীতৈ ফনেক .. ... করিনো ইমা শেলগি রাদনি মণিপুরদা কক্ত-কক্তরবা পোৎ লৈ।

থম্বৌ—প্রতাপকি মরুপ ইমাক নিপাগি বন্ধু বিকানীর ষ্টেটকি যুবরাজ হুজিকপু কদাইদা লৈহৌবা ? মঙোন্দা হংলবদি

ইমাক নিপাগি সার্টিফিকেটকি অশেংবা রা শোয়দনা থগুগনিদো।

থেম্বুং—ইশেন যুবরাজন্থবু ভায়া কদায়দা লৈহৌবা হুজিকপো ? মশক উনিংঙ্গ্রেদা।

কুল— খোঙ্গান্দা লৈহৌইনে কায় মথক্তা, মতাওগিমমা ইন্দোনবুস্থু শক থগুননীংঙ্ঙি অত্তুগা মতাওগি মুপী ইবেম্মা থারিকথাবুস্থু মশক উনিংঙ্ঙি হায়রি। ঐনা মরামগি রা তাদনা করম্মা পুশিল্লকসিগে থন্দুনা মপান্দা থমজরম্বনি।

থম্বৌ—মুপীমচা নংস্থু শারী শেংলু, নিপা মচা নংস্থু নকী নরোল থরা ফজবা শেংকংলু, লিংশল্লু ঐগিস্থু কী মুপাগি ইন্নকীহু পুরকউ। থীল্লে চংলু।

( মকী হোংনা হোংনা মচিন মৌপল্লা রারী তাই )

তোমাল—ইবুংঙো যুবরাজহুদি মীতৈলোন থোকপ্রা ? হিন্দী ইংলিশ নস্তুনা লোন্ত্রাও ?

কুল— মীতৈ মচা য়াম্মা তিরহুনা ফজনা থোকই। মহাক্তি বৃন্দাবন নবদ্বীপ্তা তোয়না লৈ। মীতৈগি নিংথৌ মচামুপী লুহোংবা পামহুনা মীতৈ লোন ফজনা হৈ।

বি— দাদা মশক্তি কমদোই। ইতাও প্রতাপকা হায়রগ মায়ত্রা ? মীতৈশক্তা ওইনা তৌত্রা ? ( প্রতাপ্মা শাত্রা চিংনবা )

কুল— মানি ইবুংঙো নতাও প্রতাপ য়াম্মা মাল্লি, মখোয়নী মতাও শানরিবহু জুং চাগ্রে। করিনো মখোয়নী কমহুনা লৈরমলবদি

ঐ মশক খঙদবনিনে, করম্বনা মীতৈ প্রতাপনো, করম্বনা যুবরাজ মহেন্দ্রজিৎনো হায়বা।

থম্বৌ – অশংবা চৌকী ফজবা অমা পুরকউ, ইবুঙো যুবরাজচু লেংশিল্লকউ য়ারবদি পুশিনবিরকউ। ( ময়াম মফী শেম্বা যেম্বুংনা মফী-মরোল কেন শেৎলগা মপাদা মুগা ইন্নবা পীবা থাব্রিকথানা সারী শেৎলগা সিন্দুর নম্ব, ময়াম্মক ওক্কদবগি শেমশাবা।)

থম্বৌ— মণিপুর সনা লৈবাক্কী প্রজানা বিকানীর ষ্টেটকী প্রজা-শিংদগি রাজাংদা ব্যবহারদা হেল্লি হায়বসি উৎকদবনি লৈবাকমচাশা। নরম্মাইগি রাথল থম্নরমু লৈবাক্কি ইজৎ ওাক্লবা চীং লেম্বা, হৌনবা খঙবা তাম্নগদবনি।

তোমাল– ভাধন, অচা অথক থর্‌া লাংবনা চুমগত্রা? করি করি কৎসি হায়রবগে? নমাক্কি মরুপ নিংথৌ মচানিনা ইজৎ মাংবা য়াদে।

থম্বৌ— লৈনি ইবুংঙো করিমতা রাৎলোই। মুপীমচা নং হৈরা, চা, মিঠাই, খবা নবুংগা থৌরাং তৌরুগেরা? অচৌ-অশাং সঙ্গ তৌনা হায়বচু নরাইবক্তা ভম্মবননি। রাব য়াদে, পাম্মুবা য়াদে, চৎলুনে নিপাম্মচা, নশেন নিপাগি মরুপ বিকানীর লৈপাক্কী যুবরাজ ওসি নরাইবক ইরাইবক কবনা ঐথোয়দা লেংশিনবিরকউ য়ারিবসি ইপা ইচাগি ইজৎ নংত্রাও?

খা— লুপা ১০ থকক্তি মিঠাই লৈরগা য়াংরোইদ্রাও বাক্সি? ওক্লোইদ্রনে খুড়া?

তো— য়ামবু য়াম্মনগ্রে কনানা লৈরুদগে?

থে— ঐদি মিঠাই লৈরুরগা অমগা চাদনা পুরকপা হৈনদে ঐখোন্দা হায়বিস্থ কোম্বং সঙ্গ তৌবদি অমরোমদা রাধবা রাইচিনগ্রবা থবক্তিদা সত্তা।

য়া— ইবেম্মা, শেলচুদা পুথোরকউ পুথম অমগা ঐ লৈরুগে। থারিরা ১০ চংপী ১ পীহনা পুথম ১ পুরগা য়াইমা চংখি। কুলচন্দ্রনা মাং থারগা তোম্বনা মথংদা মিলিটারী পোষাক্তা বোর্ডগার্ড শাহনা ইন্না মভুংদা ব্রীচেশ শেংপা আজমেরী য়েংপা আনোক অমুবা উপ্পা মকোই অপিকপা থঙদনবা হাপ, walking stick ফজরবা অমা পায় প্রতাপ্পা ভুংদা চাংলেম্না চংলকই।

কুল— শ্রীল শ্রীযুক্ত যুবরাজ মহেন্দ্রসিংহ বিকানীর ষ্টেটকি যুবরাজ লেংবিরক্রে।

বি— লেংশিনবিরকসি যুবরাজ সাহেব (দণ্ডবৎ তৌহনা খুরুমই, থেম্বং থম্বৌ মপা মচানা পঞ্চাঙ্গ প্রনাম তৌই ভক্তিগা লোয়ননা। তোমালনচিংবা অতৈনা মথুৎ লোম্নহনা নমস্তে তৌই। যুবরাজ মথুৎ লোম্নহনা ওকই।)

তোমাল – চৌকিদা লেংশিনবিসি যুবরাজ সাহেব! চৌকিদা থানবা কী, ... কী লৈব্রবাও?

খম্বৌনা ইন্নকীদু থুপকুনা চৌকীদা থাই। প্রতাপনা চৌকীতুনা কমই। ময়াম্না ইঙক ঙকই, মুন্না য়েংই।

কুল— যুবরাজ সাহেব, ( মধুমতীনা হুপীসি যুবরাজসি ইতাও প্রতাপকি মমানি।

যু— নমস্তে মাতাজী। ( মধুমতীস্থ তৌই )

কুল— ইবেম্মসিনা নতাওগি হন্দক্তা লুহোংবী হুপীদুনি।
( অনীমক নমস্তে তৌনৈ। )
মসিনা নতাওগি father in-law নি। মসিনা নতাওগি brother in-law নি অতৈনা মরুপ মপাং মরীমতানি।
( ময়াম্মক নমস্তে তৌনৈ। )
( য়ংইমনা পুরকপা মিঠাই কালু হাপ্পা পুখম থারিক্কা লানশিল্লি প্রতাপপা লৌতুনা চাই। )

খম্বৌ—ইমাক নিপা প্রতাপকা ইতাও শানৈ হায়রবনিনা ইমাক-ইবুংঙো যুবরাজ, নহাক্কি নতাও প্রতাপপু দিল্লীদা মেট্রিক পাশ তৌই হায়বসি অশেংব্রা ? স্নাপাক্তি অমত্তা তম্বিরম্মু শ্রীযুৎনা।

যু— ( মখোল ওন্দুনা ) সুংশিরবা ইকুবোক, ওইদবা রা কুইনা লোৎতুনা থম্বা কাম্নদে, নমাক ইবুঙো প্রতাপ মেট্রিক পরীক্ষা থাদে, টেষ্ট ফেল ওইবনি, থাজবিয়ু। ইতাওদি দিল্লীদা লাইবিক ইপা পাদে কুম্নে য়েংহুনা তাওশিল্লহুনা কোয়হনা অয়াম্বা মতম লেপ্লি। ঐনা কনা থাম্মি য়াদে,

অহৃবু হুজিক্তি হন্দাক লুহোংবদা থরা ইকাইবা নংবদগি কন্না লাইরিক পাব্বুনা মরম চান্না হোৎনবুনা মেট্রিক পাশ তৌবা য়াই খাজবিয়ু। ইত্তাওগি ইবেম্মা শকহেনবী নংনা মেট্রিক মঙ্গবগি হায়রুনা খাংজবদগি নংগি নপুরোইবা ইশোয় শোয়দনা নোংমৈ মেট্রিক পাশ তৌরনি। ঐ ইত্তাওবু মুন্না খঙই, ঐগা মাগদি অমত্তুনি হায়বা খাজো। মহাক মেট্রিক কায়দে হায়রুনা অতৈ অতৈ পুন্সিদা কায়বা য়রে তায়রিবৈ নাম্লোকপনি। হুজিক্তি ইত্তাও শাওরে, মেট্রিক শোইদনা পাশ ওইনবা লম্বী চুম্না হোৎনরবনি। (মিঠাই চাই) মিঠাইদুম চাও, ইনাওশিদি ভাইবনা মুপীগি মশিন্নি।
(থারিক্লা চাই)
(ময়ায়া প্রতাপ ওইরমানে থরা থরা চিংনবা)

মধু— প্রতাপকি মরুপ ইচা ইবুঙো, নত্তাও প্রতাপনা নমা ঐবু লৈবাক মীয়াম মমাংদা চংহাৎ হাৎপিবগি শিহাৎ হাংকে হায়রা নঙ্গণা ইথলদা ঈশিংদা চোংথবুনা শিঙরো হায়রা থরা হংবিরকউ। মরল, ইজৎ, পুন্সি কাওবা খাক্তনা মাগি লাইরিক তম্নবগীদমক কন্নিয়তা খাক্তবী মমা লুপ্রাবীবু হাৎনরা মচা নিংগা পোক্সিব্রা অমুক্তা হংবিরকউ যুবরাজ স্যারের।

যু— প্রতাপপু ক্না হেম্না খাজবদগি, কেশোকহুনরদগি ইমানা চেকশিনরা য়ুংলদগি, মিৎ ঊঙ্কশিন্না থরক তৌরদগি দশা

অছু তাঙ্গিবনি। য়াবগি য়াবা কুমশিন্দগা য়াবিখো মমানা মচাগিন্দমক য়াবগি ঙমখৈ লৈতে হায়নৈ।

ম— অয়েবা পুম্নমক চাদিং তৌগ্রে, অমুক য়ানা ঙাইগদবা মমা প্রতাপকি লৈত্রে খংউ হায়না নতাওদা খয়া তম্বিরমউ ইবুংঙো! (কপ্না)

যু— ইমাবু কদায়দা লেংলগদগে ?

ম— প্রতাপ্ন পোয়রোই পম্মরোই ইমাদি মীগি মীনাই ওইগ্র-বনি জাৎ তারবনি, প্রতাপকি সম্বান্দগি তাইবংপানদগি ঐ চৎগ্রগনি, চত্তবা য়াগ্রে ইবুঙো।

যু— চহি অমত্তদি ঙাইবিখো ইমা।

ম— থানবা মুমিং শুরে যুবরাজ, প্রতাপ্ত খয়া তাকপিরমউ, মপা লৈজত্রবা লুপ্রাবীগি মচা প্রতাপ্না অমত্তা ঙাইজবী মমা লুপ্রাবীবু ঙসি হাংলে। লৈবাক মচাশা প্রতাপ্না মী হাংলে, মী হাংলে মী হাংলে, হাংলিবা মীদু অতৈ নত্তে. মমামক্কে. মাবু লুনা তৌজবী মাগিদমক মীনাই ওইরবী. ইরুৎ য়োল্লবী. মমা লুপ্রাবীমকপু চণ্ডাল প্রতাপ্না ঙসি হাংলে। ( ঙাওবা ) ময়াম মধুমতীবু থামই, ইঙক ঙক্কৈ প্রতাপনা মথয়াই মুংঙাইতন্থুনা মপী শিন্থুনা মরু লুকই মথুংতগি কবোক খোইত্থম তথ্বাইদু লৈবাক্তা তাপিবা খংহৌদে।)

খম্বো— যুবরাজ সাহেব, ইমাক প্রতাপকা অমত্তা ওইনা তিন্নবিরিবা ইমাক ইবুঙো? অমত্থদগি ইবুঙোনা ঙ্গান তানা মুংশিবা

খঙনা উই ! হন্দক নত্তাওনা তৌবা লৌনম নমথাক অসিদি মমাদা হাংপা নত্তনা মকুবোক, মবাই, মাগি মুপী, মরুপ-মপা'ং পুম্নমক লৈবাক মীমাংদা কারুম কারুম লৌরগা হায়রক্নি। ঐদি চহি য়াম্মবনিনা মৈদা লৌবা য়াইবা থরা মহৈনরে, মাবু থীনা চৈরগা মতুংদা চংনদ্রগা লৌনদ্রগা লোইরে, থা থরা ইকাইবা ফনবা ইমুংদা থোঙ লোন্দুনা লোংলগা মফরক্নি। নবাই খেমবুংদি মকু থম্বৌ ঐনা খেম্বকাও য়ারোইদো !

খেমবুং—বাজি হন্দক্তি খেম্বিরম্নু, ইশেনগা ঐগা হন্দক্তি খেংনবা তায়, খেরুবা তায়। সেরা, খেমবুং ঐবু মীয়াম মমাংদা মেত্রিক পাশকি মবাই হায়হুনা লক্লনবা মহাকপু হিংহুনা লৈবা য়াখিদ্রাও ? মহাক্তী নমথাক মকোন শাবা মকোক, মমাবু মকুবোকপু, মবাইবু মুপীবু লৌনম তৌনবা পাল্লিবা মকোক অদো, মুংহন্না চিনার অমুনবা থুগাইবগুম থুগাই-দ্রিমখৈ শাগৈগি মিংচং লৈথা তাখিদৌরিবনি। হন্দক্তি বাজি ঐবু থাম্বিগন্নু।

থম্বৌ— ফিংগংখিন্নু খেমবুং, ইমানীগি অচম্বা য়েরুবা ওইরবদি হুক্তিকমক ইপা ইচা চংতুনা হাংলুবা য়াই। নচন অপিশক-সিগি জবান অমা তাদবা য়াদ্রি মাবু ইবানীনা মুংপাক্তা চিনার হায়হংপগুম থুগাইবদা নচন অমত্তা ওাইজবী লুপ্রা ওইদৌরি !

মু— হিংসাগি থবক মত্তে, ইকুবোক ইবাই অনীমক ইংথবিন্নু। মুপীমচাগি তুংগি য়েংবিন্নু ইতাও প্রতাপপু মেত্রিক পাশ

শোইদনা নোংমৈ ভোইজগে, চহি অমতংদি ইকাইরবস্নু ইকাইনা ঙাইবিখো। মতম অসি থেংখ্রে ঐ চৎচরগে। নমস্তে। (চৎপা হৌবা)

থারিক—( মতুং ইন্নরগা ) যুবরাজ সাহেব করিগুম্বা অমা·····। 

যু— তাকপিন্নু করিনো ইবেম্মা ?

থা— বাজিগা তাচৌগা মরিংজেল থাবা অকিংবা মীনি, পোক-পদে হৈনরক্লবা মীনা লাকচবা য়াদবা মপা মচানি। ঐন্নু ইমুং অসিগি লৈহাওদা শাৎচরকপী লৈরাংনি। চন্দক মশক মচু মুম্না য়েংহৌদবা খোইমাং অমা ঐখোয়দা পারশিল্লক্লনা যুম মৈ থাররিবসি লৈরাংগুম্বী মুপীমচানা থাংহৈবা মৈচাক নত্তে। অছুবু লৈরাং নত্তবী ননাওনা থাংজগনি, ঙাইজগনি চহি অমা মপান থোক্তনা হিঙ্গোন্দগি হেন্দোক্তনা বাজিবুস্নু তাচৌবুস্নু মতম অসি কাওবদি হাৎনা শুনদনবা থামজরগনি।

যু— হিঙ্গোন্দগি হেন্দোক্লরোই মপান থোক্লরোই হাররিবু ইবেম্মা করম্বা হিঙ্গোম্নো কনাগি য়ুমনো ? ইতাওখোইদা চৎলরোইদ্রাও ?

থা— ননাই ঐ ইপামদা শুম লৈজরনি, লম্বীদা চৎপা শুমজ-ররোই, বাজিগি মমাক তাকু ইকাই খুজদবা মেট্রিক পাশস্নু নত্তনা পাশ শাবা নিপাচুগি মযুমদা চৎপা শুমখিরোই। ঐনা চহি ১ ঙাইজদৌরিবসি যুবরাজগি য়ারাখং ইতাও নোংমৈদি শোইদনা মেট্রিক পাশ ভৌরনি তাকপিখিবা

অত্থুগি পাঙ্গলননি। যুবরাজগি স্নায়াথংসি করিগুম্বা লৈখা ভারবদি —

যু— সুংশিন্নবা ইতাওগি সুংশিবী ইবেম্মা, ওইদবা গাংবা নমথাক ভৌবা ইতাও প্রতাপকুম্বা মীচম নত্তে ঐহাক্তি ; যুবরাজ ঐনা 'প্রতাপ নোংমৈ মেট্রিক পাশ তৌগনি" হায়বা রাসি লাল্লবদি, চহী অমা ইবেম্মথোইগি ইস্নুংনা রানা ইকাইনা ভাইবগি ক্ষতিপূরন মতিক চানা পিজগনি। করি পামই তাকপিবা য়ানি।

খা— ওইদবা গাংদবা, মরিংজেল লৈবা, মেট্রিকপাশ তৌবা লায়না ওম্বা যুবরাজগুম্বা অমা মত্থুগি মত্থুং পীবিবা তায়।

যু— ইতাওনা মেট্রিক ফেল ওইরক্লবদি পাশ তৌবা ওম্বা যুবরাজ ঐমক্না নহাকপু লৌজগনি শকহেনবী। (নমস্তে তৌরগা চংখ্রে, ময়াম্মক খুরুমই, মতুংদা কুলা অমস্তুং বোদীগার্দ ইম্নখ্রে। মরায়া ইওক ওক্না লৈনবা য়াওই, প্রতাপা শাবনি হায়বা খওনবসু য়াওই।)

ম— হুজিকী যুবরাজসিবু বিনয়, নতাও প্রতাপ মাগ্রাও ?

বি— মানবগি জাৎতি মথোইনিসিমুক মায়বদি থিবা রানি। ইবেম্মা, নিপাদু ইতাও মাগ্রাও ?

থা— কনা খংজগবনো—ভাদা। (শাওরগ লৈবা)

মধু— সুপীমচা নংবু নিপামচা প্রতাপ মাগ্রাও ?

থা— অবোক্পা পোকপা নচানিপা তাকু হুরানবা—লুট চৎপা শুমগদবা অহবু মশক খঙ্ত্রাও ? ঐনা অশেংবা তাকথোক্লগা তাচৌনা রৈবিবা তারে হায়হুনা তুমিন্না লৈবিহৌরগা ।

থে— অচ্চাচা হুজিক্কি যুবরাজহু ইশেন ওইরেসে, হরে হরে রাধাকৃষ্ণ, রৈহৌত্রেদনা ।

থম্বৌ— ইস, প্রতাপ হায়বা ঐগী ইমাক মেট্রিক কেল অসিদি যুবরাজ ওইনা নিংথৌগি থারাদা পোকদবা অঙাংনিদা । সত্য মঙোন্দা থুরুম্বুরে হায় মকুবোক ঐনা হরে হরে লৈবাক কুম্মৈ তারেদনা সিদে ।

তোমাল—তাথন নিপাম্মচাসি ইচানুপী থাজবা য়াবা নিপাম্মচা অমনিদা ।

থ— কনানা নঙোন্দা নত্তে হায়রবগে ইবুঙো ?

তো— নত্তে, মেট্রিক পাশমক নত্রবসু ইমাক ওইবদা লেম্বা অঙাংনি হায়জরিবা ?

থম্বৌ— মহাকপু মেট্রিক পাশ তৌরম্মগা লেম্বা হুম্বরমগত্রাও ?

তো— হুম্বগনি হায়বা নচ্চদে ।

থা— অহুদি থৎনবা হৌরকহু তুম্মিন লৈয়ু । নথোই ময়াম হৌনহুনা তারহুনা ইপা ইচা ঐথোয়বু নমথাক তৌবনি । চাক হায়রা চারে নয়ুম নয়ুমদা হল্লো, ইচাহুপী লৌহৌরনি—প্রতাপ্পা মেট্রিক থারবা মতুংদা অউনপোৎকা লোইননা ইচা লৌরবা য়ানি । খবরদার, মেট্রিকপাশ

তৌরগা ইচা নত্তবা মুপী অমা খিরবদি নিপাশ্ম মুপী অনৌবীছুসু মণিপুরদা লৈহল্লোই। হৌজিক্তি নবুক হায়রা থল্লে নয়ুম নয়ুমদা পরপ পরপ হল্লো। (ময়াম্মক ক্ষিংনা মপোংমচৈ পায়নছুনা ময়ুম হন্নবা ইরাং লাংনবা কীনবা মমিং থংনবা)।

থে— (থোকপ্রগা) চাকভি মবুক থন্না থন্না পিজল্লে বাজি, দক্ষিনাসিদি লৌচৈ অমমমদং মনকল্লা মকলাপত্রা কংখি-সিনা? মথোয় ময়াম্মক চংছুনা ঐথোয়বু নমথাক তৌরিবা নত্রাও? প্রত্তাপকি থবক তোকহন্নবা শুসিমক সেক্রে-টরীদা বাজিনা হায়দোকপিরুবা তায়।

থম্বৌ— থবকপুদি তোকহন্নসি দক্ষিনাবু লিচৈ কয়া কয়া হায়বা?

থে— অমমমদা ওইরবসু কংহৌজবদি অতিথি সেবা মপুং ফারোইজ্রা হায়রিবা? থন্নরিকৈ শোয়োক য়ৌথিছুনা তোক্লনি বাজি।

থা— দক্ষিনাদি পূম্না ঐঙোন্দা ফুখিরো। ঐগি ইরালনি, যুবরাজ মানবা মশক অছুনা থকহন্নুনা মাগি সার্টিফিকেট অশেংবা লুহোংবা মতুংদা কোম্না উৎলবসু য়ানি, "উম্" হায়রুবা ঐনা কায়বনি।

(মপা মচা মুংশা মপী হোম্বছুনা য়েংনৈ শাগুনিংবা খায়ে, মখুং মশা থেক্তুনা থাংই)।

---

(মরক লেপ)

# ২ শুবা মতাং

## ১বা উৎপা

অয়ুক পুং ১০ তাবদা

ইবেম্মগি ড্রোইং রুম, কোটো কয়া থেংজি কল্লাংদা মেজ অমগি মথক্তা লাইরিক, ফাইল, চে লৈ, চৌকী ২ থারি। সোফা অমদা মিশ ইবেম্মা কমছুনা লাইরিক পারি। বাঙ্গালী মুগীগী কেসন্দা কেরবীনি, আনোক হাপই। মনাক্তা টুল অমদা লাইরিক, মেগাজিন খরা calling bell লৈ, চা অশাবা গ্লাস ১ থকপগি থমই। ঘড়ি য়েংলগা ইবেম্মনা কোলিং বেল খিংই। সেক্রেটরী বিধু সুট ১ শেৎ, ফাইল ১ য়েপ চংলকই।

ইবেম্মা—মী কয়া ভায়রি ?

বিধু— হেদমাষ্টর কুলচন্দ্র অমস্মুং থবক থিবা লাকপা পাখং অনী লৈ।

ই— হেদমাষ্টর চংহল্লকউ।

বি— কনি। ( চৎঙগা কুলচন্দ্র চংলকই নাকন্দা ফাইল অমা য়েপই। )

কু— নমস্তে।

ই— নমস্তে, করি করি হৎংগদবা ?

কু— ক্লাস নাইন টেন ছাত্র পুল্লা ২৫০ তারে, খোগোৎপ-ফেল সেক্সন্দা তম্লিংদে, পাশ সেক্সন্দা তময়েগ ওাক্ষা হায়রি।

ই— পরীক্ষা শম্লা লৌছ্না য়েংবদা পাশ ওইগদবা কয়া য়াম্লা য়াওরি ?

কু— নাইন তম্লিবা ১২৮ গি মন্থুংদা ১১/১২ দি পাশ সেক্সন্দা থম্বা য়াই, অতুগা টেন্দা তমলিবা ১২২ য়োমগি মন্থুংদা ৭/৮ দি পাশ ওইবা য়াই। অহুবু ফেল সেক্সন্দা General knowledge অমস্থুং মানা মানা হৈবা মহৈ অতৈ তম্লবা য়াওহৌ, সার্টিফিকেটকি আশা তৌরিডৈ অমস্থু কংহৌদা অতৈ অতৈস্থু হৈহৌদা অরেম্বদা মতম অমস্থুং শেল ভিংহ্না তোক্কনি হায়বু থওইনা তাদে।

ই— পাশ সেক্সেনগি রিগুলার ক্লাস তৌবা কাম্দা টেন্দা মী কয়া কমই ছুটি থায়মদাইদা ?

কু— অয়াম্বা মাংখি, পাশ ওইগদবা মতিক চাবা থম্লা নত্তনা।

ই— অহুদি ফেল সেক্সন হায়বা মমিংহু তম্লহ্না তৌরিবনি। ছুটি লৈথোকপা য়াদে রিগুলার ক্লাসতা মেট্রিক সিলেবস তম্বা তম্লবস্থু ইশৈ, জগোই, লাইয়েকপা, উগুরা, ফীশাবা অপাম্বা ক্লাস অমদা কমদবা য়াদে ছুটি থাদ্রিকাওবা হায়মু। মমিং মায়ত্রবস্থু থবক্তি ঐখোয়না পাম্বা অরেম্বদা অঙাংগি মতম অমস্থুং মশেল মাংদবহু খোক্রেদ্বনা ?

কু— চুমই ইবেম্মা, অহুম্মা তৌজরগে। রেজিষ্টরনা মী খংহন্দনা লোম্মা খম্না তারেনে ?

ই— য়েশ, অহুম্মা তৌগদবনি। ছাত্রশিংগি দিসীপ্লীন্দি কমদৌরি ?

কু— লমহেনবা রাক্পা রারবা অঙাংমথৈ সেম্নন অমদা পুম্না থম্লগা Special Teacher খরদনা তম্বিরবত্থুদদি খর করে, মথোইগি ঙাওশিন্নবা মতৌ অঙাং অতৈনা তম্নবগি খুদোংচাবত্থু পিজত্রে। অঙাওবা ঙাক্না ঙায়রবত্থুদদি ঙাওদবা তাম্নরক্কে লমহেনবশিংনা, ঙাওবা তম্লক্কে।

ই— লমহেনবা অঙাং কাংবুত্থু হোকী, ফুটবল, ভোলী মান। মানা অপাম্বা মুক্তিগি কম্না শানহল্লু, মপাঙ্গল অহেনবত্থুনা ওজা অমম্সুং ছাত্র অতৈবু য়ৈগে হায়রক্তনবা।

কু— ফনি।

ই— পুং তারে, অহুদি স্কুলদা লেংলো। ঐস্সু হোরেল লমহেনবা অঙাং ময়াম্মা ক্লাসতা অমম্সুং প্লেগ্রাউণ্ডা করম্না তৌবা য়েংবা লাক্নি।

কু— Thank you, madam, ( চৎথি )

( বিধু চংলকই )

বি— পাখং মচা অমা, ৪/৫ রক শেৎনরগা ইবেম্মনা হন্দোকপা 2nd hand dress লৈরিবা ময়াম্নসি য়োজগে হায়রুনা লাকই।

ই — চংহল্লকউ। ( বিনয় পুশিল্লকই )।

নমিং করি কৌবা ?

বি— বিনয় কৌভৈ, খিজোম মচানি, হুপী ২ দি হায়রুসু ১ কাও খীকত্রি, চহি ২৫ গুজয়ে, খবক অমত্তা খিবা কংদ্রহুনা ইবেম্মগি সেকেণ্ড হেন্দ ত্রেশ য়োম্বা মী পামই হায়বহুগি দরখাস্ত খাজয়কইবনি। অহানবদা সীনেমাগি গেটকীপর ওইজরম্মী তলব হাপউ হায়রুবু ইয়াল তপ্তাবমখৈ হাপ্লিরগা তাম্বোকপিয়ক্রে।

ই— শেল খীরম্মগা কীয়োল ময়ামহু হোংনা পুরগা য়োঙরুগে হায়ব্রা ? নংগি মহাজন লৈব্রাও ?

বি— ননায় ঐ মহাজন লৈজদে, খবক হাপ্লিগে লুপা ৩০০/৪০০ খিরকউ হায়বা ঙাক্তা ঙাইগ্রে শেলদি হুজিক হুজিক শেংনা চানবা রাজয়ে। সরকারনা কাইভ ইয়ার প্লানগি চাই-খাইরিবা লুপা ময়ামসি ননাই ঐখোয়দা শেল খুংবদি চায়রুসু হান্না খরা পায়রম্বা শেলসু মমল হম্বহনবিহুনা পোং লৈবা ইকং কংজদ্রে। করিনো আজকালসি ইবেম্মা মতা অমনি লোৌগেদা হায়নগ্রে পীগে খক হায়দ্রে। করিনো হুপী কাওবা য়োক্তুনা খয়বসিনা পীখোক্তে খক হায়নদ্রে, নিলামদা মমল হায়গৎনবা হায়হুনা। মহুদদি ননাই ঐখোয় লাইরবা জাত্তি অরাবা তারে।

ই— ওক্রে ঙাইখো, ঐনা হায়বা তাখো। নংনা ঙাংইবা রা ময়ামহু হয়েং কী য়োনবা চৎপদা ঙাংউ। নহাক তলবতা খবক তৌবা পামব্রা ? কমিশন্দা তৌগেরা ?

হি— তলব চাবসি অতনবা মীগি থবক্তি, ইবেম্মনসু শেল য়াম্না পীবিনিঙ্গোই ঐনসু তলব জাইবা হৈনদে। য়াম্না য়োম্লগা য়াম্না কংনবা কমিশন থম্না চাওনা পীমরিব্রু ?

ই— কমিশনদি ১০০ দা ১৫ কংগনি। অম্বুগা নংবু পোৎ মরাম পুম্নগা চেনখিবা জাৎলা জামিন পীবা ওমগদ্রা ?

বি— কমিশনদ ১০০ দা ২০ পীবিয়ু। জামিন অতিক চাবা নিপা ১/২ পীজনি, ঐ মুপী থিজজ্রি, ইজৎ মাংবা থবক তৌজরোই।

ই— সেক্রেটরী, (চংলকই) নিপা অসিবু ফি য়োল ময়াম য়েংহল্লু, মতিকচাবা জামিন অনী থমহল্লগা মানা অপাম্বা dress থন্দুনা য়োলহল্লু চয়োল থুদিংগি হিসাব তৌনৌ। নিপা অমা লৈরিবদু চংহল্লকউ। (অনীদু থোকনিম্ম্রে),
( প্রতাপ্না মফী শেগাইবা শেৎতুনা মশাদি নাম্না চংলকই উবদা, নীংবা কাইরবা মী মাল্লি )।

প্রতাপ—থুরুমজরি ইবেম্মা মিশ মণিপুর।

ই— করি পামই ?

প্র— মীনাই ওইজগে, মেট্রিশ পাশ তৌবা ওয়বা চহি অমত্তং স্কুলদা তমহনবিয়ু, চাবা থাকপিয়ু কীস হুনবিয়ু, মচুগি মচুৎ অশং অশংবা মতমদা তৌ হায়বা থবক তৌজগে অচোপ অরেন থাজনা।

ই— মুপী থিরব্রা ? লাইব্রিক তশ্মিঙৈদা মরী মতা অতৈদি করি চাদুনা লৈগনি। নথরাই মুঙাইতনা উই করিপ্নিনো ?

প্র — ঐ হন্দক্তা লুহোংঙরুরে মেত্রিক্তা নক্রবদি য়ুম পাল্লোই হায়জনী অমগা। পাশ ওইরকপা য়াই হায়দুনা লুহোংলগা ফেল ওইরক্লদুনা মুপীদু ৫ নি চাককৌবদগি মপামদা লৈহৌরে। মখোয়সু ঐসু ইমাসু ইকায়বনা থম থেংলে। শিসি শিঙমদ্রে, চংসি চংকম লৈজদ্রে। চংভম থঙদ্রবা ঙাওদুনা লৈরবা ঐবু মেত্রিক্কুদি পাশ ওইনবা লম্বী অমত্তং পীনবিয়ু।

ই— মেত্রিক পাশ তৌবা অরুবা থবকসু নত্তবদুবু করমনা তমদুনা ফেল ওইরিবনো ?

প্র— লাইব্রিক ইপা পাদবা, কোইদুনা লৈথোকপা, ইমানা সোমদা য়ানা পুদুনা থারকপা শেল কয়া কয়া লংফৈদা লাইব্রিক্কি ইতম তমদনা লোইথোকচরুরে, মী কয়াবু হৈরবা শিংলবা শারদুনা নমথাক তৌরুব্রা হায়বু, ইশানা ইশাগি মাংনবা তৌবা ওইরকলে।

ই— হুজিকপু চহি ১ তমলগা পাশ ওইবা ঙমলগদ্রা ?

প্র— মরম চুম্না পারগা ওজ্জাশিংদা থরা হংলগা পাশ ওইবা শোইদনা ঙমজরনি। থরাই সুক চাক্লা য়োংনরবদা ঙম্মোই-দবা থবক করি লৈগদগে শকহেনবী ?

ই— ইমাদি কনানা থাকপিনি ? মুপী ময়ুমদদি লোক্ল চৎলরো-ইদ্রাও ? অশেংবা ছাত্রদা ছাত্র ওইবা ঙম্মদ্রাও ?

প্র— ইমানা ঐবু য়ুমদা চংহল্লে, ঐবু উরগা মতিস শিংলে। মুপীনা ইকুবোক্লা ইবাইনা ঐবু থৈদেন্দা ফুরিংখাও চপলুবগি ফারকতুনা ময়ায়া কোয়শিন্নগা ফুব মমাই পান্দবা হুরানবগুম তুকচরে। ঐদনা শিবা ওমদবগি হিংজরিবনি।

ই— করি করি থবক্তি হৈ? (কেনা য়েংই)?

প্র— ঐনা থরাইদগী হৈবা থবক্তি মুপী থেম্বনি, মহুগি মথংদা লাই য়েকপা, গাড়ী থোৌবা, শানবা মথল মথা, ফী শূবা ইস্তি তকপা, মীগি মতৌ তম্বা, একটিং তৌবা, রারী লীবা, য়ুম মচা শাবা, বাঁশী খোংবা, তবলা য়ৈবা, চাক থোংবা রারেম মুণ্ডাইনবা ওাংবা ... ... অসিনচিংবনি।

ই— নং ঐবু য়েংলগা য়েকপা হৈগদ্রাও?

প্র— হৈজনি অমুক্তা চাং য়েংবিয়ু।

ই— All right, নং ঐনা চাবা থাকপিনি, ঐগি স্কুলদা ক্রীদা লাইব্রিক তমহনগনি, অশংবদা ঐগি পাখোললোই ওইবা তাই। থবক করবদি বৃত্তি লুপা ৩০ পিগনি, হুজিক্তি পোকেট মনী থাদা ১৫ ফংগনি।

প্র— Thank you madam, with all my heart. (মথুং লোয়বা) ঐ ইবেম্মবু হন্দক মপোক অসিমগি কাউজরোই।

ই— লাও চংসি স্কুল য়েংউসি। (চংখিরবা)

প্র— য়াম্না ফনি।

ই— নংবু লাইরিক তম্বা কাবা ইকাইবা জাৎপাও ?

প্র— ননাই ঐগি ইকাইনিঙাই ইন্দ্রিহু লোইনা চাদিং তৌগে, মেত্রিক পাশ তৌবদা মতেং ওইগদবা করিগুম্বা থবক তৌবদা ননাই ঐগি অরাবা ইকাইবা লৈজররোই ।।

ই— নং হিংবা তল্লে শিরগে কাদি থল্লুরম্লুকো।

প্র— হিংনবা লম্বী লৈরবনিনা থজ্জররোই।

( চৎমিন্নবা )

---

# অনীশুবা মতাং

## অনীশুবা উৎপা

লখ্মী. মুমিদাংরাই

মধুমতীনা পোং ময়োম রুমাললনা য়োম্বা থরা পুরগা থারিক নাবা হংবা চংপা লখ্মীদা তোমালগা উন্নে। মধুমতী উবদা তোমাললনা হায়রক্লেং থংবগুম চপ লেপই।

মধু— মাই মামা কদোমদা লেংবিদৌরিবনো ?

তো— অয়ুক মুংথিলদা উনবা ইকাই হায়ত্নুনা ফনা থৈত্নুনা চংলি অহুবু পংথেংদা থেংনরিবসি ইবেম্মা দগানা ওইবা তায়রদা।

মধু— মীনা ঙাংনবা নোক্লবসিদি কাক থোংবগুম তাথোকপিয়ো। মখোয় মখোয়গি মথৌ করি লৈবগে রা ওইনা থনবিরুনো। ঐদি চন্দোল অঙৌবা থিঙ্গুরবসিনি .

তো— চন্দোল পাক্লা থিন্দুনা বৃন্দাবন্দ রাধেশ্যাম শোন্দুনা চৈরুা ইংনা বাস তৌরুরসিদো ?

ম— ঐগিদি বেরা লৈজদে মায় মামনবু ঙম্বিনি মালা পায় বিরগে হায়রদি ?

তো— থংদেনে মত্তমা চৎপ্রবস্থ ইহুংদা পংঙাং ঙাংনহৌনিদো। হুজিকপু কদোমদনো ?

ম— মুগীমচাহু মশা ঙমদে হায়হুনা পাও চেম্ন ফই, হংউগে চং-চরিবনি ঙহাক লেংউসি। (চংমিয়বা)

তে— ঐ য়াঙনা চৎলগা মখোয় মগা মচাহুনা ফত্তবা থল্লোই-ত্রাও? হুম, ঐ কোঙ্খোংদা ঙাইরমগে।

ম— নিপাম্মচাহু স্কুল অনৌবদা কারে লাইরিক কয়া তম্মে। স্কুল লিংখৎলিবী মিশ মণিপুর ফংখিবী ইবেম্মা হায়হুনা চাকম্থু থাকপি ফিস হুনবী, য়াম্মা নুনা থৌই হায়না তারি মাগী মাম তাবিত্রিবাও?

তো— ঐনা হায়া তারে। মহুগি য়াহু মুগীমচাখোয় মম্নমদা তম্মু লাকউম্নু পাখৎকনি য়া থোক্কনি।

ম— তমি ইচাবু মখোয়ন. মী নহুবদৌনা তৌবা থরা শাওনিংই। চৎখি)

তো— কদায়দগি য়া থোক্কনিকো:

---

# অনীশুবা মতাং

## অহুমশুবা উৎপা

খম্বৌগি মাঙোন্দা কক মথক্তা কম থাক্নুনা থাক্লিকথা তুমই নাখোকত্নুনা, মথুৎ অনীন্থু মেৱা খৌৱীনা পুনবগি অৱেম্বা মশাংন্থু খেমবুংনা পায়রি, চিন্তাদা কমই খম্বৌনা জ্ঞান মাংন্থুনা হক্সং হন্দাস্লু চৎলি, মপা মচান্থু মথৱাই মুঙাইতনা উই।

খেমবুং— ঙাওন্থুনা কৈন্থুনা চোইৱোল লোন্নুনা নাবসি য়েংবা তৈবা বাক্তিনা খংবা মাইবসিবু ইৱৈমক লৈত্রবাও ?

খম্বৌ— নচল্লা লোল্লিবা চোইৱোল অসিবু মীগী মাইবনা তাপ্রবদি ঐখোয়নিনা ঙাওহনবনি হায়ন্থুনা লৈবাক্তা ৱা-ৱা লাও-ৱোইত্রাও ? ঐখোয়গি মীনা ওইবা মাইবা নন্তুনা মী অতৈ পাক পাক তাহনবা য়ারিবপোৎলাও ?

খেম্নুং— মানা ঙাওৱিবসি শেন্নন্থুনা থা মথাইমতং লৈবদা ইপা ইচাগি হকচাংসি মস্নেং থৱক 'থৱক তান্থুনা মীনা ঐখোয়বু উশিং-কদবা ব্যবহার তৌগদবা লৈত্রে।

খম্বৌ— ইচানুপী পোকপা পেল্লেদনা, ঙসি ৪/৫ নিদা হকচাংসি কয়া মস্নেং তারবলো, চাবা তুম্বা খিক্তিক খিক্তিকুং হম্নু-রুবদা মিংশেলদা শক য়েংবা তল্লেদনা। মস্নেং তাপ্রিএসি

কুপথংনবা ওসিদি ইবে। হায়দে হায়নি চেংসু হরাইসু খরা য়ায়প শূজিন্নু।

( মধুমতী চংলকপা )

মধু— মুপীমচা মশা ওমদে হায়বু তাদা করি ওইনা ওমজিবা জাংনো ?

খম্বৌ— ইবেম্মা লেংশিন্নকউ হায়কম খওদে, নমৌগি লাইওংসি মতা অমনি। হুজিক্তি তুম্মি, মিকপ খোকলা জংগুগে পায়থগে হায়বসিনা কানবদা ইপা ইচা মী ওইরোইদৌরি।

খে— কম্মিবু ইনে মুপীমচাগি কক মচাহুদা। য়োম্মিবা ময়োমহুদি করিনিনা ?

মধু— অচোইপা চাগম্মি হায়হুনা মুপীমচাগি কবোক খোইহুম ৪/৫ দং পুবিরকপনি।

খে— মশা ওমদবনিনা মাদি ইনে, কবোক চাববু কংলমমোইদা।

( মতিন য়োংপা )

মধু— অহুদি মশা কনবা মবুংনা চারমা হায়হুনি। (পীবদা হরাও হরাও লৌবা)

খে— বাজিদি কবোক হৈনদে হায়বগুম তৌবনিনা। (হুকে হায়হুনা খোইহুম পায়খংপদা )

খ— হায়, খৈদেন ওমোক্তি পুম্মি হায়নি। ঙাইখো জারা কংপিখিগে। ( খোইহুমহু লৌরগা) জয় কৃষ্ণ, (হুকহুনা চানা চানা ) কনা হাওই হায়। ( অমপা চারা )

( মপা মচা পীনহুনা খোইহুম চামিরে )

মধু— খোরীসিদি করিগীনো ইবুঙো ?

থে— মিকপ থোক্লগা চেনগে তৌই, ঐখোয় অহুমনগী মানা লমজেল ইয়াং য়াংই তান্নবা ল্লাই হায়ছুনা পুল্লিবনি হনে।

মধু— মাইবদি কনানা য়েংইবা ?

থ— মহাক্কী লাইনা লাইওংসি মীবু খংহন্নিংদহুনা ইবেম্মা মাইবা অমত্তা য়েংহন্দ্রি। ভাওনা কৈনা নাবা য়েংবা হৈবা ঐখোয়গি মীচং ওইনা তৌবা মাইবকা খঙনবা লৈরবদি অমত্তা পুবিরকউনে ইবেম্মা।

ম— মখোয় মাম্মা তোমালহু অভাওবা য়েংবা তৈ হায়নগ্না তৌই অমুক্তা কৌজরখিগে ঐগা হুজিক্ত ওক্লরম্মি। মুপী মচ নংবু তুম্মিত্রা ?

থে— অহুদি ইনে ওহাক্তা কৌবিরুবা।

( তোমাল চংলকপ )

ম— হুজিক্তা শোয়রিউ লেংবু লেংলক্লে। লেংশিনবিরকউ মাগি মাম।

তো— ঐদি মুঙাইপ্রবা পাও অমা তমগে লাকইবনি ইংহম্মু উনরে ফরেদা।

থখৌ— করি পাও ওইরবনো ইদুঙো ?

তো— তাথনখোয় নমাক প্রতাপ্তু মরাইবক ওথোক্লা ফত্রে ( থাবিক্লা ফূক (হৌগৎতুনা ফমই, অঙাওবদৌনা কোইয়েং য়েংই, নোকফেং ভৌই )

থ— মুপী মচা নবোকখোয় নং থুরাখোয় লাকই মশক খংত্রা ও ? কৌত্রিবা করিগিনো ? নিংথিনা জ্ঞান তানা ফমউ······।

মধু— মুপীমচা শক খঙত্রবা ও ?

থা— নংবু কনানো ?

ম— প্রতাপকি মমা ঐবু খঙত্রবাও ?

থা— অদুদি প্রতাপ্তি কদায় ? ওইদবা য়াম্ন ঐংোন্দা হায়গনো ঐবু ঙাওহন্নিংত্রবদি।

তো— মুপীমচা, নহাক্কী নবুঙো প্রতাপ্তি মেত্রিক পাশ নত্তে হায়দুনা তাথোকখিবদগি ইকাইবনা !

থা— থংলে মথা তারকুন্নু, মহাক চংত্রে পল্লেপফম খঙদনা হন্নকনি হন্নকওই কনাস্স খঙত্রে ! চংলে ঐস্সু মতুং ইন্দুনা, খাম্বিরস্সু ঐবু কনামতনা।
( হৌগৎতুনা চংপদা ময়ান্না ফাবা )

থা— ঐবু ফাবিবা করিগিনো ? ঐগি অয়াকপা বাহৈনা অকনবা মুংশিং ওইদুনা, ইকাইবা মৈরীন রাইরকপা প্রতাপকি থম্মোই মৈজাও হৌত্রে। মতম চানা কন্দহৌত্রবদি খাম-হৌত্রবদি কনানা খঙনি পাম্মুরবা যুবরাজ তাম্মোই ওইনা

য়াংখিবা য়াই। ঐবু খাঙ্গিয়সু ঐ যুবরাজ প্রভাশকি মনাক্তা চৎচগ্রগে। তেনয়া ঐবু খাদোকপিয়ো, হৈনৌ য়ুম্নে।

থে— নিংথিনা কমছুনা লৈয়ু চোইরোল লোনগন্থ মুপীমচা।
( কমছনবা )

থ— নিপাম্মচা মকোকতা ঈশিং য়েয়ু তীল হায়গংগে অছুননি, চেন্নু, হরাই কালীপ্রী মনাছু তরেৎতং হেক্লকউ মচীছু খরা শুমজিনসি। মাগি মামবু মাইবা খরা খরা শাবিরবদি ঙাক্রোগি থৌ অমত্তা তৌবিরমউবা। (থেনবুং চেনখি হিদাক থিবা )

তো— থৌ কোয়া তৌরবসু তৌগি। ঐ অমুক্তা য়েংজগে তাদ. ( মথুংদাং পায়ছুনা মীছল য়েংবা ) থৌরীসি লৌখোকসি করিম্সু তৌরোই। লাইহৌগি মিছলসু কাংদে, করিমত্তা তৌরোই মুংশা ঝীবিগমু তাদা। মুপীমচা, নংনা শুমভ্রিঙ্গবু য়েকপ্রা থিনব্রা, নকোক ঙাওব্রা? কদাইদা মুঙাইতবা লৈবগে?

থ— লৈতোল অসি মীনা কাবশুম তৌই ঙাংনিংবা রা ঙাংথোকপা কি, ঙাংথোক্লিংবেনা থবাকসি ফুল্লে। অতৈদি করিম্ম তৌদে।

তো— অছুদি ইবেম্মসু তাধনসু অসুরাইদা অমুক্তা হন্দোকপীয়ু ঐ ধর্ম্ম অমত্তা শাগ্নজগে।

( থম্মৌ, মধুমতী খরা লাপ্না হন্দোকপা )

থ— ইবুঙ্গোনা হৈবা লাইরা তিনরা হিদাক খাকপিরমু অমুক্তা ইচাসিগি কনবা। ( থোকখি )

তো– লাংথ্রে মতোন ৭ থক্তা খিবিরকউ।
( হৌগৎলগা মপা মবুং লাপ্না লৈখিনবা মখুং থৎতুনা তাম্বোকলগা মন্ত্র শোল্লি, থারিকথা মাংদা কমলপা।) হায়। তোং তোং তোংক্রশী চক্রিক নাক্রিক চৌহাইবী, থাদোই তেমু তেমু মতোন সনা জিজো। ইমৌগি অনাবা কয়ো হায় গুরুগি য়াথংনি

থা— হৈমা! অছুবু করি মন্ত্রনোনে মামা? ( নোকপা )

তো – নংনা হায়নিংবা রা হায়দোকপদা বেরা লৈত্তবা শোনলিবা মন্ত্রনি হুপীমচা। নংবু থাঙ্গৈশংনা ঙাওনা ফৈনা নাত্রাও?

থা— কদায়দগি ঙাওরুপবনো, বাঙ্গিগা তাগৈগনা মরোল ঙংনসি য়াদছুনা ঐনা শাওবা কপ্পদা মথোয়নীনা ঙাওরে হায়রছুনা পুল্লিবনি। মীপী মচাহু মথরাই হুংঙাইতবদগি শিরমনি থঙদে, চংলম্মি থঙদে, থরা থিক হায়রগা ফুই, চৈ, ঐবু ঙাওরে সিনি। অছুদা ঐসু ঙাওশিন্নবনি।

তো – মুংশা থীরুম্ব প্রতাপ লেম্না মাংগদবা মী নত্তে, মেত্রিক পাশ স্কুলদা মমিং চন্দুনা লাইরিক তম্মে।

থা— কনাদা লৈছুনা কনানা থাকপিছুনা কনানা ফীস হুনবিছুনা তমদোরিবনো মামা?

তো— মিশ মণিপুর কংখিবী মশক্তা মহৈদা মপা লৈত্তবী ইবেম্মা, হায় স্কুল অনৌবগি সেক্রেটরীনা ফীস হুনবিরে, চাবা থাকপিরে, ময়ুমদা লৈহল্লে. প্রতাপকি রাকরম্ব হুপীমচা।

থা— মতুনা হেন্না মুংশা থীরে, লাইমন হৌবা তারে মামা ঐদি। ঐ ভাওরনিবো মামা।

তো— হায় করিগি ? চহি অমগি মনুংদা মেট্রিক ওইরক্লনি নংগি নবুঙো। অতুগা নংনা করিগি লাইমন হৌদোরিবা? মেট্রিক পাশকি মুপী হায়গদবা খিংতা ভাররবদা ?

থা— ঐনা সুম তাববু খুড়াখোয় নমাকতু হেলোয়না য়াম্না চেন-গল্লি হায়। মঙোন্দগি লাপ্না লৈবা মুংশা থীরে। পাঙৌ য়েংউবদা দশানা য়াদে তোঙাম্না লৈবা ফত্তে হায়তুনা মামনা ঐবু নমাকখোয়রদা থম্নবা বুদ্ধি অমত্তা তৌবিয়ুনে। মিশ মণিপুর হায়বতু ফজবগি ফংবনি হায়, ঐ য়াম্না মুঙাইত্রে মামা।

তো— মতুগি করিমতা রাম্নু মামা লৈ।

থা— ইবেম্মা মিশ মণিপুর হায়তুবু ময়ুম পাল্লব্রাও ?

তো— শিবা কাওবা লৈশাতুনা লৈনি হায়রিবা মুপীনি।

থা— কায়দে, মামা ঐবু কৈদৌঙৈ কৌহনবিরদগে ?
(থেম্বুং লাপ্না কৌরকপা)

থে— ওজা মাচবা, লাংদ্রৈ মতোন তরেৎ হায়ম্ন পুক্সরক্রে।

তো— কদায় কদায় ইবুঙো ?
(ওমক চংলকই, তোমালম্মা লাংদ্রৈদা শোল্লগা থারিক্লা-কল্লে ইবেম্মা, নিংথিনা হিপতুনা লৈরো, ফরনি কৈম্নু তৌররোই তাধন। খৌরীনা পুনবিকম্নু।

থম্বৌ— মুপীমচা ! নংবু খরা করব্রাও ?

থা— খুড়ানা য়েংবসি ওংম্বোক্না পরুপ্রে, ইশা রাম্না মুত্তাইরে বাজি মতুংসিদা খুড়ানা ঐগি মরমদা হায়রবা পুন্নমক ইনবিয়ু, খুড়ানা হাম্নরিবমখৈ থাজবিয়ু ।

মধু— মুপীমচা নংবু, জ্ঞান খরা তারব্রাও ?

থা— অরোক, খুড়ানা হায়রবদা তৌবিপ্রো, ঐনা নারিবসি কহন-বিনিংলবদি । ওম্বোক্না পরুপ্রে ।

ম — তৌনি তৌনি ।

তো— ইবুঙো খেম্বুং ?

খে— মামা, করি ওইরবনো ?

তো— নচনগি কুঠিহ্ পুরকউ, মামা তুক য়েংবিরমগে ।

থ— ইনাওদি মাইবদা নত্তনা পাঞ্জিম্ হৈরিবোইরে করেদা !

তো— তাধন কদাইদগিনো কাবক কাবকতনি ।

ম— করিনো খরাইরোমদদি অচুম্বা পাঞ্জিদি মথন্দনিনে তাদা ।

থ— নিপাম্মচা চেন্নু কুঠি লৌরু ।

খে— লুহোংবা লোইরবী ইচনগি কুঠিরা নত্রগা ঐগিরা বাজি লৌখোকউদৌরিবা কুঠিসিবো ?

থ — নচনগি মশাগিনিনে নিপাম্মচা ।

( খেমবুংনা শাওনা চংখিবা )

হরিউথানে পংকুই কুইখিপ্রি, শাওরিবা করিগিনো অত্তাং ? ত্তাইখোনে ।

থেমবুং—( মমাইদি ওৎথোক্লদুনা ) ঐবু বাজি, দশা কৰিবা অঙাংলাগ
চাক্তা শোংদুনা সুক চাওনা লৈরিনিব্রো ?

থ— ঐদি দশা কৰেহায় ?
ঐখোয় অহন্মক্তি পুরকউ অহুদি য়েংলিঙৈ পুন্না য়েংহৌনবা,
ঐবু হমুব্রাও ইথুংনা হিদাক হান্দুনা থকইব্রো ?
( মধুমতী অমস্তুং ত্তোমালনা লোয়া নোকই )

---

# অনীশুবা মতাং

## মরিশুবা উৎপা

ইবেম্মপি অঙকপা কংনা লৈত্তেবা কা অমদা মেজ কক্ষবা
অমা থারি মথক্তা ফিরা কজবা অমুনা কুলাই। মোড়া
অনী লৈ, আরাম চৌকি অনানবা অমা থারি। মথক
মথা অয়াম্বা অয়েকপা লাই, কোটোনা ককলাংদা গয়া
লৈ মথক মথা হৌরিবনা লৈমায়দা থিল্লি। লাই য়েক্কবা
চে কলম পেন্সিল পায়দুনা মোড়াদা প্রতাপ কমই, চৌকীদা
পঞ্জাবী ফুপীগুমা কেরবী অঙকপা কংনা নোমা ( fashion )
হৌদোক্লবী, লৈ থেংলবী মিশ মণিপুরনা মোমচেপ্পা মকোক
থাংদুনা আরাম চৌকীদা ওারি। নাকন্দা মিংশেল অচৌবা
১ থিল্লি।

ইবেম্মা— ওজাশিংনা তাকপা মেট্রিক পাশ তৌগে হায়রবদি য়ামত্র-বদা ইংলিশনা অম্মুক কন্তবদি য়াদে, অহনা অহু অহু ফাওবদি ভমদবা য়াদে হায়বহু ভাব তাররা ?

প্র— Subject খুদিংগি ওজা ওজানা জ্ঞান তানা খঙদবা য়াদবা পাদবা য়াদবা মরু মরু ওইবা পায়াশিংহু তাকপিরে। পাশ ওইবা পংরা য়ানি থাজত্রে। অয়াম্বা মেট্রিক ফেল ওইনরম্মিবসিদি মমা মপা নত্রগা পার্জিয়ানশিংনা মচা মচাগি progress, লাইরিক হৈবা হেনগৎলকপগি খোংচৎ য়েংশিনবিদবা অমসুং পরীক্ষা পাশ ফেলদমক তাম্নবা, মতিক চাররা চাত্রিবা থিরুদবা, ফিস পংহন হনবা, লাইরিক্তা পংলৈ লৈবিবা মচানা খরচ ওইজনবা য়োম্বোরগা অসিন-চিংবননি। ওজাগি ভা-চাক ফানবা লুপুম্বা স্কুলদা তমহন্নগা ওজা, মমা মপা, ছাত্র অমসুং মতমগি ইরাং মখোয় মরীসিনা তাম্নহুনা মেট্রিক ফেল মশীং য়ামহনবনি।

ই— ঐখোয়গি স্কুল অনৌবা মেট্রিক পাশ অমসুং ফেল, সেক্সন অনী খায়দোকলিবা, ছাত্রগিদা য়েংহনা লিংলিবসিবু ফংত্রাও ?

প্র— পাশ ওইবা মীমু মাংত্রে, ফেল ওইবা মীমু মতিক মতিক চাবা হিয়ম অতৈ হৈহৌরে। কয়িগি ফঙদগে ?

ই— নংবু শোইদনা কুমদি পাশ ওইবা ভমলমি হায়বদি থাজবহু পোক্লত্রাও ?

প্র— মঙাল অমা কংজয়ে, শোয়দনা ঙমজরানি।

ই— লাই য়েকপা হৈ হায়িবছু ঐ পোক্ত অমা পীগে, কোম্না নিংথিনা য়েক্লবা চাওয়াকপা মঙং অমা থোংচিলহৌরোকো।

প্র— য়ায়া কনি। ( য়েক্লবা য়েদী ভৌবা )
ইবেম্মনা মিংশেল মমাংদা শেমশারগা কেৱগা মেজ মথক্তা কাখৎতুনা কৃষ্ণ অমুক শা, রাধা অমুক শা মখল মখা অয়াম্বা জগোয়গি শাথেক উংলি। ঈশৈ ঙংই।

ই— করম্বা শাথেক্লা কজদগে নংস্থ অপাম্বা মঙং ভাক্লকপা য়াত্রাও? য়েংদমক য়েংইবসিবু করিনো?
( থেমবুংনা লোম্না য়েংলম্বা )

প্র— ( হৌগৎতুনা ভুমিয়া য়েংছুনা লোম্না উথোংশুম )

ই— নংবু উথোংলাও? রাঙাংলকউ সগজেসন পীরকউ। ( কেনা কেনা মিংয়েং নায়েং শাথেক ভৌছুনা রা ঙাংই ) করম্বা অঙাংনো মসিবো? রা-য়াল অমত্তা ঙাংত্রিসিবু ঙাওরত্রাও? ঐনা হংলিবসি নংবুনি নহায়। ( খুদোম্বীনা থিনবা শাওশিন্নছুনা )।

প্র— করি ওইরবনো?

ই— নংবু কৈদৌরিগে?

প্র— ঐ ইবেম্মগি ফজরবা শকি উৎসব খুজরি।

ই— নংনা মেত্রিক কেল ওইরিবসি উৎসব খুনবা পাম্বদগিনিকে ইদুঙো।

প্র— ঐবু কৈদৌজৌ তাকপিবগে ?

ই— লাই য়েকপা হৈরব্রাও ?

প্র— হৈজরনি।

ই - করম্বা পোজনা কক্দৌরিগে খঙলব্রাও ?

প্র— খঙজরে, হয়েং য়েকপা লোইরগা মিৎয়েং তাবিয়ু।

ই— অত্থুদি ঐ কুমথরগে।

প্র— মোমোন অমুত্তং নোক্লগা কুমথবিরকউ।
( মন্থমক তৌরগা ইবেম্মনা চোংথে )
( থেম্বুং শাওমা চৎখি )

ই— করি মাম্না য়েক্দৌরিবনো ?

প্র— অম্না অনা কাউহনবী। নাং অমত্তা হংজগে রারৌগব্রাও ?

ই— করিনো হংনিংবদা হংউ।

প্র— ইবেম্মবু মুম পানবিরব্রা ?

ই— নং লোগে হায়ব্রাও ?

প্র— নচ্চদে।

ই — ঐদি মুম পানবা তল্লী, ইথন্দা লৈনিংই মপোক অসিমগি।
ঐহাক নিপাগি সেবা তৌগদবা মুনী নত্তে। নিপাম্না ঐবু
সেবা তৌবদি মাই ! নং ঐবু পামব্রাও ?

প্র - ( মা ওাংদে নোকই মোমোন )

ই— নংবু মেত্রিক থাদোরিবা ছাত্র নত্রাও ?

প্র— য়ানি।

থেম্বং—(মপান্দগি) ঐবু অমুক্তা চংজরকপা য়াগত্রাও ?

ই— কনানো ? কয়িগিনো ?

থে— প্রতাপ। নং সিদা কৈদৌরি ?

প্র— ইবাইবু ( খুরমই ', মেট্রিক পাশ ওয়বা লাক্লজরি।

থে— নংবু ঐগি ইচন লুহোংলবা ইশেন নত্রাও ?

প্র— কনানা নত্তে হায়বা য়াওরবগে ?

থে— লাও ঐখোয়দা চংসি। (চংখিবা)

প্র— (ইবেম্মদা খুরুম্বা মথুং লোয়নহুনা ইবেম্মনা চংলুচে ইঙ্গিং পিবদগি চংখিবা )
( ইবেম্মনা Calling bell খিংবা কক্লাংদা নমহুনা সেক্রেটরী চংলকই )।

ই— কদায়দগি ইরোই অমা লিক্লী মরক্তা থাজিল্লকইবনো ? (শাওবা)

সে— মচন নারে মশেন কৌগে লাকপনি।

ই— থায়নরবা মচন নত্রাও ?

সে— য়াদি লোইনত্রি, মেট্রিক পাশ ওাইরিবনি হায়।

ই— মবাইনি হায়হুনবু হাত্র ওইরিবৈ কৌথোকপা য়াত্রাও ?

সে— পাশ তৌহল্লিংত্রবা থগুদেনে হাত্রবু কৌথোক কৌশিন।

ই— সেক্রেটরী, মনিপুরদগি লাপ্পা ভারত কোয়বা চৎপা তারে। নংনা সিদা লৈহৌ। ঐগি চৎনবা শেম শাও, হয়েংমক চৎলনি।

সে— এক্সকর্সন ওইনা লেংলবদি ছাত্র কয়া য়াম্না কনা কনা লোইন-বিদগে? জিওগ্রাফীদি Excursion চৎপদা তম্বনা মফরে?

ই— ঐ খনখিগে। নং পোৎ চৈ টুরগি শিল লাংউরো। হন্দক্তি মী য়াম্না পুরোই, শেলদি লুপা থরা য়াম্না বেঙ্কটগি লৌ-থোকউ লিশীং ৫।

(সেক্রেটরী চৎপ্রগা ইবেম্মা রাখল তৌহনা হৃজং হন্দা চৎলি।)



## অনীশুবা মতাং
### মশাশুবা উৎপা

লম্বী, থুমিদাংবাই। প্রতাপ অমসুং বিনয় বারী শাত্না লাকই। প্রতাপ মথরাই থুংডাইতনা উই। মকী মোৎলি শেগাইবা শেংলি অমনবা লিংলি।

বিনয়— নথরাই য়াম্না থুংডাইত্রে হায়বু কবিনিনো?

প্র— ইবেম্মগা ঐগা চীক্না বা ডাংনরিবৈ মাগি শককম অমা য়েকপগি বারী শারিবৈ ঐখোয় ইবাই শঙ্কাওত্ না হিগাইরা নম্বো অমা পোরত্না থক চংলক্লে, অন্নগা কবি হায়গে হায়বু "নং সিদা কৈদৌরি? নংবু ইচন লৌবা ইশেন নত্রাও? ঐখোয়দা চংসি লাও।" কয়াদা দায় হনগ্রবা বানো? ঐনদি ছাত্র ওইরনি চাবা থাকপিয়ু কিশ হনবিয়ু হায়ত্না ডাংনরিবা, উচিন নাচিন য়াবিরগা—

বি— চৌকি থওদে মেজ থওদে অকংবা অমনা মমাই অচৌবত্নদা দাক থাজিনবা য়াত্রাও? নচন খায়নরে, চংলো তানিংদে ঐদি মেত্রিক পাশ নত্তে হায়খিবা য়াত্রাও!

প্র— দিল য়াম্না থুংডাইনা বারী শারিবৈ মতমত্নদদি অথীবা শাওনিংবা রা ঐগি কোক্তা থোরক্কে। হজিক্তা থম্বুকরগা ঐগি তুংগি আশা কায়ত্না তোক্লগত্রা! অমরোমদসু মেত্রিক ফেলনি হায়ত্না মাই থু, অমরোমদনা স্থপী লৈ নবাই হৌনবা থওদে নমিং কল্পনি; লাইরিক তমহল্লরোই হায়রগত্রা

হায়রুনা য়াম্না য়ারে ইতাও। ঐবু য়ুমদা ওসি কৌরিবসিনা করিগি ওইরম্নি খঙ লাকপ্রাও?

খি— করিগি ওইদগে ইতাওবু মিশ মণিপুরনা য়াম্না লুন' তৌহুনা লাইরিক তমহল্লি ত্থারহুনা কল্লক্রে, খন্নন মৈচাক্লা থারিকথাহু ওাওরে, মপা মচানা গাড়ীষন শাহুনা মচন হুপীহু চিংলগা ইতাওখোয়দা পুরক্লে হায়গুম তৌবনি, ঐসু উমক্তি উরক্তে ;

প্র — ঐখোয় য়ুমস্থু হিঙ্গোনম্থু য়োঙ্খোকলে ইমানা মামগা বৃন্দাবন্দা বাস তৌগ্রনি হায়হুদি. কনাগি য়ুমদা খিল্লকইবা? ঐগিবু হুনিয়াসিদা য়ুম লৈরিব্রনে ইতাও? (হুঙাইতবা)

বি— ইতাওখোয় গাল্লগি য়ুমহু খুড়াঙাং মহাজন্না লৌপ্রে. ভারা খরা খরা পীরগা লৈবা য়ানি হায়বগুম তারি।

প্র— লাইরিকসি কম্না পাহুনা মেট্রিক পাশ তৌরগে খল্লবা মতমসিদা য়ুমগি ক্ষিভমনা অমুক ঐঙোন্দা য়ৈখায়বা পীগে হায়রি। পুঞ্জিগি খোঙচংতা ৎৎসিবা য়ৈখাইবা ময়ামসি য়ামদি য়ুগমপ্রেদা!

খি— ইবেম্মগি সেকেন্দ হেন্দ ড্রেশ ময়ামসি কমিসন্দ য়োনবগি মহুৎ, হোংনা শেল থিহুনা লৈরগা, লম্নাই য়োঙরবদি ইতাও কায়প্রনিদা! অহুবু মহাজন লৈজদবা, মীনা খাজখিদবসিনা লুপ্রে ইতাও। পাক হুঙাইখৎপা য়ারোইদৌরি। য়ৈখাইবা ময়ামসি মত্তিক চানা লাম্বা পাবা ওম্বশিংদনা মী ওইগে হায়রিবনি ইতাও। (চৎমিল্লখি)

---

# অনীশুবা মতাং

## তরুকশুবা উৎপা

অমনবা য়ুমগি মাঙ্গোন্দা ফক অমদা ফমদুনা মৌ অনৌবী থারিক জয়পুরনা কীরুক হায়রপ খুমদুনা ফমই। মনেম-বোকনা থৈদেন কাগদবগি মশম হাংপা কেব য়েংই শাল অমা ইল্লি কোম্পাক অমা মনাকা লৈ।

মধু— মৌ নহানা ইপামদা লৈবসি ফুংঙাইতবনিদা ফুপীমচা, ফরবস্ম ফত্রবস্ম নং ঐখোয়সিদনা, নত্তে, চাববস্ম চাত্রবস্ম পুক্লিং ফুঙাইনি হায়বা।

থা— অবোক নচানিপাবু য়ুমসিদা ইহলমক হল্লকত্রাও? ইবেম্মা হায়দুগি প্রাইভেট সেক্রেটরী ওইখ্রবজাংলাও চাননা?

ম— ইবেম্মা, ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমসি ভারানি, ইল্লিবা শালসি অরাইবনি, থৈদেন্দা পুদোরিবা কোম্পাকসি মীগিনি, থৈদেন কারুনবা ওসিগি শেলসি মীনা পীরকপনি, নং ওসিদা পাবুংগা নবুংগনা থিল্লকপনিদো। ওসি কৌপ্রবা হুজিক লাকদৌবিবা ঐখোয়না থপত্তোকখিবা কৌরাম নিপাম্মচাহু ইবেম্মগি স্কুলদগি রাইরিবনি শনা ওনখ্রহুনা ভাব তাবিয়ু। নখোয়-নিনা চাননবা অচাথক লৈবা চৎতোরিবা ঐসি চন্দোল অমুবা থিল্লে মীওোন্দগি নেল্লকপনি। কিভম অসিদা কমদৌরগা হাল্লগি য়ুমহু হরাগাড়ী মচাক ময়াম লানগি কমহাংদগী

খুজিল্লগা পানখৎপগুম কমদৌনা পাঙ্গিগে স্না বুদ্ধি তৌবিনু। মীবুদা মেট্রিক পাশ তৌ, বাবু ওইরকউ, ঐদি বাবুনী ওই-হুনা স্না শিংগে, লুপা মশীং খিবী ওইগে, মৈকু মনাক্তা কম-হুনা চাহুনা কেহুনদা লৈগে হায়বা য়াখ্রিব্রা খন্দুনা য়েংবিয়ু মতমগি ইঙ্গিৎ।

খা— ওসিবু শোইদনা সনাহুবু লেংলকদ্রাও অবোক?

ম— নং তাম্মোকপিখিগেরা লাকপুদি লাক্কনি?

খা— ঐনা কত্তহুনা নচানুপাবু মেট্রিক পাশ তৌ হায়বা নত্তে, কহন্নিংহুনা হায়বনি, অবোকীস্নু ঐগিস্নু মাই ওইনবা। ভাব কত্তবদা পুখিনু। ঐনা তন্দুনা মাক লৈখোক্কে হায়বগি ভাব নত্তে।

ম— খঙলে ইবেম্মা, তান চারবদি অকবা ওাক্কনি। তানচাদনা শৌ শৌ লাওগনু হায়বদনি। ফুমিংসি তারে, লাই থাংমৈ কৎলু নপুরোইবগি মঙ্গল ওগনবা, নংবু লুনা তৌবি-নবা? বৃন্দাদেবীদা ধূপ্নচিংবা কংলু। ঐ খৈদেন্দা চৎলে।

( চৎখিবা )

( মনেম্মোক চৎখ্রগা ঈশৈ ওংহুনা থারিক্কা ধূপ থাহুনা থাংমৈ লালটেন থাক্লংতুনা নিংখিনা লাই খুরুম্মি। পোৎ চৈ লোইশিল্লি। মপান্দা থাংমৈ অমম্বুং ধূপ থারম্মগা ইমুংদা চংশ্রিঙৈ প্রতাপ তম্মা চংলকই, মী লৈবা থাংমৈ থানবা উবদা ইওক ওকই কোয়না য়েংই। থারিক্কা মিহুৎখোংদগি প্রতাপ লাকপা উহুনা তুমিন্না লোতুনা লৈ।)

প্রতাপ—ইমা ইমা। ঐখোয় য়ুমসিবু ঐখোয় ইমুং মীনা লৈরিত্রা নত্রগা মী অতৈনা লৈগ্রবা ঙাংলা। কনা কনা লৈরিবগে রা অমত্ত হৎজগে? ইমুং অসিবু মী অমত্তা লৈহিত্রাও?

থারিক—( কীরক খুমগা মিহৎতগী ) কনানো? করি থবক্তি ওইর-বনো? ( খোন শেমহুনা )

প্রতাপ—ইমুংসিবু কনা কনা লৈবিবগে?

থা— অরৈবা মীনে খুমজরিবসে।

প্র— ( শোন মুন্না ত'রগা ) মহৌশা য়ুমসিদা লৈরম্বা প্রতাপ হায়বত্থু খঙবিত্রাও?

থা— মত্থুদি মশক কজবদা মিশ মণিপুর ক'বী মহৈদস্থু মপা লৈতবী অত্থুগি বুজারী ওইগ্রে হায়না তাজে। মঙোম্দা হংবিরু।

প্র— কনাগি ইমুং ওইবিরবনে? মহৌশা সিদা লৈবিবা নত্রবদি করি লমদগি লাকপিবা ওইরবনো?

থা— মশক্তা মতৌদা মহৈদা মশিংদা করিমত্তা রাংতবা বিকানীর ষ্টেট যুবরাজগি ইনুংনি।

প্র— ( খঙলহুনা থাংমৈ পায়থৎলগা ) অত্থু ওইরবদি যুবরানী মপান্দা থোরকউ নশক অমুক্তা য়েংগে।

(থারিকা তপ্না কেন ইকায়না কীরক খুমহুনা থোরকই প্রতাপা মবোক্তি ফী হায়দোকুনা থাংমৈ মমাঙদা থাম্মুনা য়েংই।)

ও : ! ইবেমশিজ ওইরে। ঐদি মেট্রিক পাশ তৌজ্রদ্রি, করম্না সিদা লেংলকইবনো ?

থা— পাঞ্জিগি দশানা য়াদহুনা লাকচরিবনি।

প্র— দশানা করিগি য়াদ্রিবা ? দশানবু জ্ঞান তাব্রাও ?

থা— মেট্রিক্কি পাশ তৌদহুনা মশক ফজবা অমদা য়াওং ইনখিবা য়াই চেকশিন্নু হায়রকপা।

প্র— চেকশিনবা ঐগী ইথৌনি, ইমানি মেট্রিক পাশ তৌরবা মতুংদা উন্নসি। করিস্নু কায়দবা মতিক করিমতা লৈতবা মেট্রিক ফেল অহুম ওইজরি, নহাক লৌবা মতিক চাবা যুবরাজত্থ ঐ হুজিক ফাওবা ওইজদ্রি।

থা— পাশ তৌহন্নিংহুনা ফগৎহনবিংহুনা রা খরা হেন্না মমাংঙৈদা ঙাংজগ্রে। মুংশিদহুনা হায়জখিবা নত্তে ইরাল পুন্নমক কনা নত্তে খনবিহুনা ঙাকপিয়।

প্র— ঙাকপিবগি দরকার লৈতে, নংনা পাম্বা তৌবা ওম্বা নিপান্থ নোংমৈ ঐহাক ওইগনি, কুমসি কল্লা হোৎনরগা।

থা— হোৎনবহুদা তেংবাংজগে লাকচরিবনি।

প্র— নংগি নত্তেং য়াওদনা পাশ তৌবা পাম্মি। ঐ নিপা মতিক চাবা অমনি হায়বা উৎপা পাম্মি, নং ঐবু তলহন্নবা লাক্লগন্নু। নং ইবাইখোয় ইকুবোকখোয়গি মনাক্তা খুং কয়া লৈরু। মেট্রিক পাশ তৌরগা মোংমৈ ঐ নখোয়দা লাক্কে। মেট্রিক

পাশ তৌনিংনবা ঐবু মংনা ইকাইহনখিবগিদমক নংবু থাগৎচরি, হন্না হন্না। ইবাইনা ঐবু অসাই কৌবা লাক্লম-লিবহ্নু নং অসিদা লৈরমদোবসিগি ওইরিনিকে। ?

থা— মানি। তাচৌনা করি হায়গে ?

প্র— নখোয় তাচৌনা হায়রম্বা হায়বু ইবেম্মগি মমাংদা 'নং সিদা কৈদৌরি ? নংবু ইচন লৌবা ইশেল নত্রাও ? ঐখোয়দা চংসি লাও।" (কন্না মতৌ তম্বা)।

থা— অদুদি ইবেম্মগি মমাংদা য়াম্না ইকায়বিররিনি। ঐখোয় তাচৌসি মীয়োল অমা ওইনা তৌরদুনা অশেংবদা হায়-দোক্কনবনে। ইবেম্মনা করি হায়গে ?

প্র— করি হায়নি চৎলুচো হায়স্নু ঙাই।

থা— মানা শাওহৌব্রা ?

প্র— অচুম্বদা শাওনবা তৌনদ্রবদি করি শাওরুদগে ?

(বিধুনা মপান্দগি কৌরকপা)

বিধু— রা অমত্তা হংজগে, য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?

প্র— লেংশিনবিরকউ, কনা ওইরবনো ?

বি— ইবুংঙো প্রতাপকি য়ুম ওইরব্রা ? (চংলকপা)

প্র— মানিনে খুড়া। করিগিনো ?

বি— হেয়া খেংনরেদনা, ঐদি রানা খিক্লরেদা। য়েংউ ইবুঙো, ইবেম্মা হক্লে ভারত কোয়বা চৎপা তারে,, ঙসি সুংদাংমক কার অমদা দিমাপুর চৎখিনবা Special permit

লৌরুরে। ইবুঙোবু থৌগল পুগনি, কৌরুরো হুজিকমক হায়রুনা লাকচরিবনি।

প্র— পুং অমকাওবা থৌরুবা য়াদ্রবাও?

বি— য়ারবদি চেনমিল্লরক্রো হায়হৌরি।

থা— তাদা ছাত্রবু নহা মুপীনা লংকৈদা পুদোরিবা করিগিনো?

বি— চুমলগি মুপী নত্তে, লাইব্রিক হৈবী ঙঙ্গানি লংকৈদা ছাত্রশিংবু লম্মিং তুমিং থংহনবগি পুবিরিবা ওইরমানে ইবেম্মা।

প্র— অছুদি ঐ চংলগে, সিদা লৈগেরা ইবাইখোয়গা লৈরুগেরা নং খুসী তৌহৌরো। ঐদি ছাত্রনিনা মেট্রিক পাশ তৌবা ওয়বা য়াবা য়াদে, নংনা হেয়া খঙইবছুনি।

থা— অবোক্লা ঙা লৈব্রি, থেংলবস্থু চাক চথোম অমতং চারগা ইমাকা খুরুম্মগা লংকৈ চংপনিনা যাত্রা নিংথিনা তৌরগা ··· — ···।

প্র— ইমাগা, নথোরনি চামিল্লহৌরো, ঐদি ঙা চাক ঘী থাওদা পুক্লিং চংবা য়াদ্রি। যাত্রাদা ছাত্রাগি বেরা লৈতে, লাপনা ইমাবু খুরুম্মগা চংখিগে।

বি— য়ুমদা শেল থুমগি অচিনবা লৈরবস্থু, কয়ামো পীরমঊ হায়রকই।

প্র— কোয়া থাদোক থাজিন তৌনবা য়াপোংনি। অছুদি ঐ চংলগে নং কৈহৌরোনে।

থা — কয়া কুইনা ? (মকোক খুমই)

প্র— ওজাগি মতুং ইনবা ছাত্র ঐনা হায়বা ওম্পোং নত্তে, কোয়া চিঠিদা তাক্লকে। মেট্রিক পাশ তৌরগা লাকনি হায়বা অমদি খঙউ। ইমাদা, ইবাইখোয় ইকুবোকখোয়দমু শাওদনবা পাও নিংখিনা তমউ। ঐ চৎলে।

( চৎমিন্নখিবা )

(থারিক্লা মুন্না খেংছুনা লৈহৌবা)

থা— ওজাগি মতুং ইনবা !

বিনয়— (পরপ পরপ লাক্লগা) ইবেম্মা ইবেম্মা ইতাওবু লাক্লম ত্রিবাও ?

থা— লাক্লম্মে, অছুবু হিদাকঙাম্বক অমফাও কমদনা অমুক চৎগ্রে।

বি— কদায়দা চৎকনি হায়বগে ?

থা— ইবেম্মনা কোইপু পুদুনা ভারত কোইবা চৎমিন্নগদৌরিমানে। ঙসি অহিং কার তোংদুনা দিমাপুর চৎকনি হায়দুনা কৌগ্রে। চাক চন্না অমা কাওবা চাখো য়াদে।

বি— মেট্রিক শাপ তৌবা ওন্নবা ওজানা মথরাই খন্না য়াওবা অফবা ছাত্রশিং পুদুনা ভুগোল তম্বিবা ওইনা লংকৈ চৎপিদু ওইরিনি। কুইরকওই মরাইনা লাকচনিদা চিন্তা তৌরম্মু।

থা— ইবেম্মা হায়বদুবু মমুম পাম্রিপ্রা তাদা ?

বি— মীগি মমুমদদি পানগদবা মুপী নত্রে, মানা অপাম্বা নিপা মানা মমুমদা লোগে হায়বদি খঙদে। মশক মতৌ রাৎত্রবী, মপানা, লুপা ২০০/৩০০, অমমম্না থা খুদিংগি ভারা থিবা

দোকান মকম ১৪/১৫ থনম্মি মহৈনা বি, এ, নি। মিশ মণিপুর কংলবা মতুংদা বোম্বেদা কলিকাটাদা কিল্ম য়াও-বিয়ো হায়হুনা কৌবনা মহানি, মানা খাংইবনি। পুম্নি-চুপ্পা মমুম পান্দনা লৈশাবীগুম লৈনি হায়রিবীনি।

থা— ঐনা মমাংঙৈদা মেত্রিক পাশ তৌহল্লিংহুনা য়া থয়া হায়খিবহুগি ঐবু মানা চাননা শাওরমানে থল্লে, মহুদগি কোক্লবা তাদনা য়াহে থয়দগি হায়বিরুবা, কাউজরোই।

বি— হায়রুগে ইবেম্মা বেরা লৈতে। ইতাওবু শাওহল্লোই হায়রবদি ইবেম্মসু মিশ মণিপুরখোয়গুম্না মপান থয়া থোকউ, থায়নগি খুমুংগি কেসম্নি আজকালগি পাখংনা থয়া শাওনিংই হায়দি হায়দোক্লনা। জগোই ঈশৈ লীলা য়াওবা মুপীবু হৈতবা কাংদুনা কল্লকতুনা নোক্লৈ, পাখংমথে-নদি মখোয়বু শ্রীমতী রাধিকাগুম নিংনরিবনি, ধ্যান তৌনরিবনি।

থা— ইবেম্মবু তাদা জগোই ঈশৈ লীলা হৈব্রাও?

বি— হৈবহুনা অয়াম্বা মিশ মণিপুর ফংব্রিবনি। ঐ চংলে ইতাও উয়রুখিগে।

থা— ফনি তাদা।

(থেমুং, থম্বৌ, তোমাল অমসুং মধুমতী কোম্পাক পুহুনা চিক্তা তৌনহুনা চংসকই। থারিক্লা ময়ামগি কিদা থাই)।

মধু— নিপাম্মচা লাক্লমব্রা ? করি করি হায়রম্মি ?

খা— লাকপগা মী অমনা কৌরক্লনা চৎপ্রে ।
অবোক্লা ঙা লৈপ্রি চাক্তদি চাখো হায়বু লংখৈদা চৎলনি, মেট্রিক পাশ তৌরগা লাক্কে হায়রমই ।

ম— ঐগা লম্বীদা উরক্লনা মখোয় ওজ্জানা পীরকই হায়ক্লনা লুপা ৫০ থক পীরমই, পায়শিল্লুসে ।

খা - অবোক্লা অক্লম পায়বিয়ু, ওজানা ছাত্রদা তলব পীরগা লাইরিক তম্বিনি হায়ক্লনা পুথ্রিবসি হন্দক তাবসিদা ঙাইরি ।

ম— অকৰা ছাত্রদি বৃত্তি কংবা হৌনবনি অপাংবী, ঐখোয় প্রতাপপু মমল লৈতবা অঙাংলা ?

থম্বো— প্রতাপ্পা কংলিবা বৃত্তিসি থরদি য়াম্মল্লি ইবেম্মা, মেট্রিক থাত্রিঙৈদা কাও ৫০, ৫০ কংলবদি—ঙাইখো নিপাম্মচা নংনা অয়ুক উনরুবদা প্রতাপপু নংনা মাপি লাইরিক তম্বমক্লদা কয়া থীনা চৈরম্বগে ? য়েক লাকলুব্রাও ?

থ— ঐদি য়ৈনিংপ্রপোৎনি, অক্লবু চৈম্মু চৈরমদে য়ৈম্মু য়ৈরমদে । ঐনা হায়রম্বা হায়বু নং ইচন লৌম্বা ইশেন নব্রা ? লাও চৎসি ঐখোয়দা সিদনি ।

তো— মথন্দা লৈরিঙৈদা ? কনা কনা লৈহৌই ইবুঙো মতম অক্লদা ?

থে— অকাওবী অমগা য়ারী শারম্মী ।

তো— ইবুঙো মহু মিশ মণিপুর হায়রুনি, মাগি ওজ্ঞানিনে। মহুগি খরা শাওরমগন্না ?

থ— শাওবা য়াবা রাবু নত্তেদা, অচুম্বা ঙাক্কা হায়রম্বনি থেম্নুংদি ।

থা— বাজি নিপাম্থু খরা শাওগ্রমানে খল্লি। সার্টিফিকেট কন্না থোবগি মলোমদা তাচৌনা মাগি মুপীহু মমাংদা "ইচন লৌবা ইশেম্মা" হায়বা রাহেনা মৈখেৎ ওইনা চুরুবদা মৈ হৌরম্মনি নিংই ।

থে— ঐদি মাগিদমক ফনবা হায়বিবনি, শাওগে শাওজসম্থু কৈদৌনি ঐঙোন্দা। মহাক্কা শাওগ্রে হায়দুনা নংম্থু ঐবু শাওনিংইনি, শাওগে শাওজৌ নংগিদমক কৌবিরুবনি।

তো— চুমই ইবুঙো মীগি ফনবদা তৌবদা মশাগি য়েংজদবা মীম্থু চোপ্পা মতম লাকই ! পংকুই কুইনা চৎকদবা নৎতে মুংশা খিনবিম্থু ।

মধু— খঙদেনে মখোয়সিবু মেত্রিক পাশ তৌবা ঙমজ্রিবফাওবা থা ৮/৯ লৈরকনিম্থু হায়ঙম তৌই।

থা— মেত্রিকী নত্তে অবোক, নচানিপাহু হেলোই অতোম্বীহুনা চেনগ্রপোৎনি ।

ম— ঐনা চেলহনগ্রিবাও ? নংনা ইচাহুবু মীরাইবদগি মীনা থরাইমি কোনসিনখিবা নত্রাও ?

থা— শেরা শেরা! ওম্বৌগি মমাকপু লাইরা-তীলরা শাম্লহুনা মাগুম্বীনা ফাখিবদি বদায় য়াদগে। হুজিক হিগায়রা

থাজিল্লোইদ্রাও? মণিপুর স্না লৈবাক্তবু মায়বা মারগী ল্লাংপ্রাও?

থে— বাজি, মাইবম ইন্দোল তথোংতু তরেং লৈবী কনা হৈ হায়-গুম তৌবনি।

থ— চংলু হুজিকমক উনরুসি, যণ চাজেনবীহু য়োনস্নু তাইদনা মাগুম্বা অমা কাববু কয়া লুনি হায়বগে। ল্লাকনু ইচাসিদি ইপা লৈ। লাও, নিপাম্মচা হুজিকমক চংসি।

( মপা মচা চংখি ফিংনা )

তো— খাংবা কল্লগা যমেন ফম্বনি মুপীমচা। লমচংনা নংগি মন্ত্রনি লাইরানি। ধর্ম্মদা কায়রুমু নথুংতা তারকনি।

---

( মরক লেপ )

# অহুমশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

বেনারস হিন্দু হোটেলগি নাল্লবা কা অমদ ইবেম্মনা হিপ্পবা ফজরবা কমুং অম থারি। অহিং নোংম্লাইমতুং পুং অনীমথাই তারে। মেম মুপীনা শেৎনবা পাৱবা মুগাগি নাইট গাউন অমা চোন চোন লাওনা শেৎলতুনা ফজরবা কম্বল শুপ্লতুনা ইবেম্মনা তুমই কেনা।

লুথুমদা ফীয়ান ট্রং উপু স্যুটকেশনচিংবা লৈবা উই। লাপ-লপ্পা মেজদা টেবিল লেম্প ফজরবা অমা থান, চৌকীদা কমতুনা প্রতাপ লাইরিক কল্লা পারি, পায়জামা শেৎ, সার্ট অঙৌবা লিং, কাম্ব অমা ইন্দুনা মেজ মথক্তা মেট্রিক ছাত্রগি লাইরিক বোই কয়ামুক লৈ। টেবিল টাইমপীসতা পুং ২।। তারে। লাইরিক পাবা ৱারতুনা টেবিলদা মমায় লুকথতুনা তুম্বা য়াত্রা য়েংই। নাখোকথ্রে ৱারম্দুনা। তুম্মদগি কমুংদা ফুক হৌগৎতুনা কমই মিশ মণিপুরনা।

ই— জগোয় শাবা হৈত্রা অমুক্তা য়েংগে হায়বা? য়েংববু হৈজনি হায়রবদি শাবিগে য়েংজৌ।

(চৌগৎতুনা পুংলোন লোন্দুনা জগোই মতেক অমা শাই। প্রতাপপ্পা নাখোক্তুনা তুমই। শুহাক শারগা প্রতাপপ্পা কল্লা নাখোকপা তারক্লতুনা মনাক চংলগা হৌদোকই)।

ই— হায় নিপামচা নিপাম্মচা! নং করিগিনো ঐবু জগোই শাবা হৈত্রা শাও য়েংগে হায়রম্মগা তুমতুনা লৈখোকইবদে?

প্র— ঐনা ইবেম্মবু জগোই শাও হায়জগ্রবা ? (মমিং নোইহুনা ইওক ওকপা )

ই— হুজিক্তা ঐ তুম্মিডোনা নংনা হোদোকতুনা হায়রম্মগা তুম-শিন্নরিবা কুরিম্মিনো ?

প্র— ঐবু ওসি মঙলা হায়া ভাব তাজরে ।

ই— নংনা হুজিক্তা ঐঙোন্দা জগোই অমত্তা শাবিন্নু য়েংনিংই, কজগ্রনি হায়হুবু ঐগি মঙলনে ।

প্র— ঐবু হুজিক মঙদা হৌগৎতুনা ইবেম্মদা জগোই য়েংগে হায়-রুত্রা । ঐ নিংশিংবা পোকচরে ।

ই— নংবু ওসি পুং কয়াদা তুম্মগে ?

প্র— ঐনা তুম্মহু পুং অমরোমদা তারমখিনি, হুজিক্তি ২ ।। তারে ।

ই— অহুদি পুং অমমথায়দদি নংনা উইরিবা চৌকি মথক সিদগি ঐনা হিপলিবা কমুংসি কাওবদি ৩০ রকতুম চৎপা নংগনি খংদ্রেনে ঐগি মঙলা নংগি মঙলা ! ঐদি নংনা পরীক্ষাগি লাইরিক পাবদা রায়হুনা জগোয় মতেক অমা য়েংলগা নপাঙ্গল কনখৎচনবা হায়জরিমানে খন্নুনা জগোইকা শারুবা শাই, ওায়খো মহৌশা নং জগোয় য়েংববু পামত্রাও ?

প্র— করিনো ননাই ঐনা মেত্রিক থাজহৌদবদি জগোয় য়েংশিঙৈ নাম্বোকপনিনে ।

ই— নখরায়না পাম্বহুনবি নংনা মঙদা ঐবু জগোয় শাও হায়-রম্মিবা । হৌগৎলু নমিৎ ননা শিংনবা বোল দেক্স শাবা

মতেক অমা তম্বিগে। (মকী লাকতুনা চিংথোকপা প্রত্যাপ্না নিংথম্না ভক্ৰা হেগৌৎতুনা শাম্মিন্নবা)

প্র— ঐবু Ball dance শাবা হৈগন্ত্রনে?

(ওহাক কেনা শাম্মিন্নরগা লৈন লৈন চৎতুনা ন্নান্নী শাবা)

ই— (জগোয় শাবা খুৎকা খুৎকা পায়নবা তাক্লা তাক্লা) ন্না থন্না হংগে অচুম্বা তাক্তন্রা?

প্র— মাংলবা পুন্সিবু কনবিন্নবী ইবেম্মনা হংবদা করি থুগুনা থমজরুদগে।

ই— নংগি পুন্সিদা মুপী কয়া কোয়রুরে?

প্র— হন্দক ঐনা ইফালদা লুহোংজন্নম্বা মেট্রিক পাশকী বচ্চৌদু থান্নবদি ৭৯ শুরমানে।

ই— নংনা কোইখিবা ময়ামদু ঐঙোন্দগি হেন্না ফজবী কয়া শুই?

প্র— ইবেম্মমুক ফজবীদি অমত্তা ন্নাওখিদে।

ই— অদুদি নং ঐবু মুংশিন্রাও?

প্র— ইমাশুম ইচেশুম ঐগি থন্নাই কনবিন্নবী ইবেম্মবু করিগিৎ মুংশিদদগে?

ই— অদুদি নং ঐঙোন্দা মুংশিবগি ন্না অমত্তা ফান্নদবা করিগিনো?

প্র— ইবেম্মনা মপোক অসিমগি মুম পানবিন্নোন্ন শিবকাওবা থোৎনা নৌনা শেংনা লৈবিগে থনবহুদা।

---

# অহুমশুবা মতাং

## অনীশুবা উৎপা

কৈশামথোঙ লম্বী প্রতাপকী য়ুম মনাক্তা বিনয়, মধুমতী অমসুং থাম্বিক য়ারী শাহুনা চৎলি ।

বি— ইমা হুজিক কনা কনাগি শেল তোল্লি ?

মধু— নতাওনা থা খুদিংগি ১৫০/১৫০ থায়ক, মীগি শেল পুন্নমক শেন্দোয় কা কাহুনা লোইনা শিংথ্রে । নং মামা তোমালগি লুপা ১০০ দং য়াংলি । ঐবু মীনা তৌবা ওম্বী লনশোংপী হায়নরম্বহু লৌশিং লৈবী, হৌনবখওবী, মচা য়োকপা ওম্বী লুপ্রাবী হায়বহু, ইথন্না ওায়রে হায়নরক্লেদো হুজিক্কি ।

বি— মমৈ তাববু করবদি অাইবংমীসিদি হায়গি কাউরগা থাগৎনবা ওাক্তনি । হুজিক ইবেম্মা থাম্বিক্লা ইতাওবু থা ৬/৭ লংফৈদা লৈখ্রে অমুক্তা থোরক্তে হায়হুনা শাওনিংই । মেট্রিক পাশ তৌরগা থোরক্লবদি হায়া মুংওাইতবা ময়ামহু কাউথোখিদোবনি ।

থা— তাদা কুলচন্দ্রনা কাশীদা চৎকনি, ওসি চিঠি পিনিংবা লৈরবদি ইরমউ হায়হুবু, সোমদা চংলকখিগদ্রা অাদহুবো ?

বি— চিঠিবু ইরব্রাও ?

থা— ইরে, সিদা লৈরে, অমুক্তা, পিখিক্লগেরা ? ওসি প্লেন্দা চৎকনি হায়বগুম তৌই ।

মধু— লাকপা য়াইনাসিদা । কুলনা চৎতোরিবু করিগিনি হায়বগে ইবুঙো ?

বি— ইত্তাওগি পরীক্ষা ওসি ৭/৮ নিদা ওারয়ে, লাইরিকসু খরা তানরুনবা, অতগা মখোয় স্কুল অনৌবগি রাস্থ ইবেন্মগা খরা ওাওনগদবা রা কৈমানে ইমা।

খা— তাদ লেওবু লেংলক্রে। (কুলা লাকপা)

কুল— ঐ লাকপা ওাইরম্মিব্রা, ইতৈমখোয়বু করি করি পাও চেনবিগদবা? সুপীমচা নংগীনা চিঠি ইরব্রাও?

মধু— ঐগিদি ইবুংঙো মশা থোরকে থোরকউ থোরকওই তোকউ, শেলদা খরা য়ামা থারকউ হায়রু ইবুঙো।

কুল— সুপীমচা নংগিনা করি করি?

থা— দাদাবু ঐগিদি শেল য়াওরকে য়াওরকউ য়াওরকওই তোকপিয়ু, মশাদা পরপ পরপ পরীক্ষা হেক লোইবগা থোকপিরকউ হায়রগা লোয়রে। চিঠিছু।

বি— চিঠিসিদা লৈরে। (পীবা)

ঐগিস্থ লম্নায় চিঠি সিমতং পায়বিখো। (পীবা)

কুল— ইতৈমস্থ ইবেম্মস্থ ঐ চংচরুখিগে।

মধু— ইবুঙো, বৃন্দাবন চৎনবা ৩০০ লোমদা চিল্লি হায়ছনা ননাওদা হায়রুকো।

থা— খওলেবা অবোক্কি শেলসি হায়থ্রেদা মীগি ছাত্রনবু কদায়দগি লুপানো?

মধু— নংনা খওপোৎ নত্তে, লমছুই মকোন্দা তমলিবা লাইরিক্কি ইবেন্মা। ( নমস্তে তৌনৈ )

## অমছুগুবা মতাং

### অছুমগুবা উৎপা

পঙ্গা মপানগি লম্বী কুমিদাংবায়। প্রতাপ ১ সুং ইবেম্মা নাম্মা শেৎলছুনা রাকীং চৎলি।

ইবেম্মা—কুলনা করি করি পাও চেম্লকই ?

প্র— ইমানা বৃন্দাবন চৎনবা শেল থাহল্লকউ, অদুগা কুপীনা শেলকা পামজদে য়ুমদা পরপ পরপ থোকপিরকউ হায়রকই।

ই— লাইরিক মথা তমথররোয়ব্রাও ?

প্র— পরীক্ষাবু পাশ ওইরকত্র থঙত্রিবসিনি।

ই— পাশপুদি শোয়দনা ওইরকনি। এম, এ, তমগেরা, ডাক্তর লাইন নত্রগা Engineering তমথনিংত্রাও I.Sc. তম্মগা ?

প্র— পাস ওইরকত্রবদি ?

ই— ওম্মোক্না মুংশা থীগনব্রে, করম্বা নিপানো নংবো। অদুক পাণ্ডবছুনা করম্মা নকুবোকথোয় মমাংদা য়ুবরাজ শাহনা খুরুমহল্লুরিবনো ? নত্তে নংগিসি নয়ুম চৎনিংলকতুনা তৌরিব্রাও ?

প্র— নচ্চদে, য়ুমদু করিস্থ মুংভায়বা য়ুম নত্তে।

ই— অদুদি Bombay, Madras য়ৌরুখিসি পরীক্ষা হায়-দোকপ ভাইবা ওয়না ? কুলগা থোকমিন্ননিংলব্রাও ?

প্র— থোকমিন্নিংদে। থৌগল তৌজনি কদায়দনো লেংউসি হায়বা মকময়া, বেরা লৈজদে। দাদা কুলা লাক্লে। (কুপনা সুট কেশ পায়হনা মণিপুরদা হনগদবগি Rail station দা লাকপা)

প্র— ঐ পায়জগে সুট কেশতু।

কু— অছুদি ইবেম্মসু ইবুঙোসু Bombay, Madras য়ৌবি-থিনি হায়রবনিনা ঐনা হাজরমতারেনে।

ই— দাদা লেংও। ঐখোয় film গি রা Bombay দা হায়বহ্ চৎলুখিগে।

কু— য়ুমদা চেনগদবা পাউ অতৈ করি করি য়াংলিবা ?

প্র— মেত্রিকী পরীক্ষা হেক হায়দোকপগা থোরক্নি হায়না ভম্বিরমউ।

ই— লুপা ৫০০ হু ইন্দোন্দা পীবা কান্দ। ইবেম্মহ্ উহনবিমুকো।

কু— ফনি।

প্র— অছুদি ষ্টেশন য়ৌনবা থিজরগে, লেংলসি। পরীক্ষা হায়-দোকপগা টেলিগ্রাম তৌজরকে।

ই— ঐবুদি মীনা করি করি ঙাংনহৌই দাদা ?

কু— করিবু ঙাংনগবনো ইবেম্মা। স্কুল অকবা লিংখৎলি হায়হুনা থাগৎনৈ, মেত্রিক ফেল স্কুলসিদি মী চল্লোইদোরি কুমশিদি, অনৌবা Building অমা শাদবা য়াররোই।

ই— মেত্রিক ফেল স্কুলগি কান্নবা ভাব তানহৌরব্রা মীয়াম্না ?

কু— করি ভাব তাদদগে ইবেম্মা। মেত্রিকস্মু পাশ ত্তোররোইদবা মচাশিংবু মহূৎ ওয়না মতিক চাবা General know-ledge লৈহনবা অমস্মুং মহৈ হৈহনবা পামদবা মমা মপা লৈগদ্রাও ? জ্ঞান তানরিবা প্রজা ঙাক্কনি। ভক্ষম পীদন্থনা পঙবা মানবনি। মসিদা Govt. grant পীবা মেত্রিক ফেল ক্লাসতা চহি ফানা তম্নবা অঙাংশিংদা, মতিক চানা খবক পীনবা শীনবিবা চুমই হায়না লৈবাক্লা কম্না ঙাংনহৌরে।

(ম্নাবী শাম্ভুনা চংখিবা)



# অহুমশুবা মতাং

## মরিশুবা উৎপা

মুংথিল পুং ৫ য়োম তাবা মতমদা প্রতাপকি য়ুমদা থারিক্লা লৈ নাচোম অচৌবা অমা থেংলহুনা লৈজবা মথৈ কেরহুনা মুড়াদা ফমহুনা মোজা লোল্লি। মাঙোন্দা ফক অমা থারি, চৌকি অমা থারি। মেজ মথক্তা ফুল গ্লাস থিল্লি। অতোপ্পা চৌকী মচা অনীথকস্থু থারি। থম্বৌ লাকপদা থুরুমই।

থম্বৌ— মুপীমচা করি করি পাউ তারি? ঐপী ইমাকতু ওসি থুংলরনি হায়বু চুমত্রাও? অওইত্রা ওইদত্রা থওদে মাদি মেট্রিকস্থু পাশ তৌরে হায়হুনা রা রা লাওনবা তায়না?

থা— মেট্রিক ফেল স্কুলগি হেড মাষ্টর ওইরিবা তাদা কুলচন্দ্রনদি ওসি থুংলরনি হায়হুনা চিঠি পিরকই হায়বগুম তৌই। অবোক্লা ময়োল থওউনি হায়হুনা চৎপ্রি।

থম্বৌ— ঙাইখো, মুপীমচা নংগি মুপাহুবু মেট্রিকস্থু পাশ তৌকাত্রি-ঙৈনা তলব লুপা ১৫০/-৫০ চায় হায়না তারি চুমইত্রাও? কনানা পীরিবা তলবনো থাগিসিবো?

থা— ইবেম্মা হায়বীহুনা পীরিবা ওইরমানে বাজী।

থা— মেট্রিকস্থু পাশ তৌনবগি থরচ পীরগা বৃত্তিস্থু লুপা ১৫০/১৫০ পীবসিবু থরা য়ামল্লি, ইপা ঙকই।

থা— বাজি, মাবু ঐথোয়না মেট্রিক য়োদে হায়হুনা থরা ইকাইবা পীরুবহু মমল থরা লাকথুনা হল্লুবা তারে, সার্টিফিকেট

য়াওব্রবস্ অপাম্বা মীনদি মাঙক্রা মীভাসি যুবরাজ শাবা হৈবগিয়া কৈনো খঙদে মমল পাংহন্দা হুনগংনরক্লে ।

থ— চুমই মুপীমচা মহাক ঐখোয়বু থরা শাওরিনি । পাশ তৌব্র-বস্ নংনা মঙোন্দা লৈবা মতিক চামল্লপোংনি । অদুবু ঐখোয়না কন্না তকপদগি মাস্ কারজরে, মমল কাওরে । নবুংনা হুক্লিক কাওবা ঐনা হায়রুবা মুপীমথে পামদে পামদে হায়দুনা মশানা চংতুনা হায়দোকউরিবসি ছাত্রী নত্তে, ছাত্রী নত্রবদি লুহোংবা ওম্মোই হায়বা ওইরস্মে মমাল্লবশিংদা চপথংতুনা হুংবদা । অদুবু হন্নক্তি মশেন নিপা মেট্রিক নত্তবনা মমল কাথংপা উবদগি লাইরিক হৈবা হৈতবা খিদ্রে, মরমবু ওক্রবদি মতিক মগুণবু লৈরবদি বেয়া লৈত্রে হায়রেদনা ।

থা— তাচৌগি হায়রুবা মুপীদু পরপ পরপ হোংনবা তৌবীরো, শেল অরাংপা থরা ঐস্ পাঙকে । অদুগা বাজী, মাইবম তথোংনা লাইরা তৌবগি লুপা কয়া লৌপ্রবা ?

থ— যন অরাংবী চাজেনবীদু , তরেং লৈবীগা হিগায়রাগদা কায়থোকত্রেদনা ইবেম্মা ।

থা— মদুগি শেলদু ঐ হঙিনজরক্কে ।

থ— হন্দক থোরক্রবদি থরা লুনা তৌ, ব্যবহার কায়বা য়াদে, রাঙাং থোনকম থীবা য়াদে, নন্দোন তথোংনা লুনা হায়-রকই । অদুদি ইপা চংলে, নবুংগি রা লোইনরুখিগে । ( থারিক্রা থুরুমদুনা লৈহৌই । কুলচন্দ্রগা বিনয়গা হরাও হরাও লাকই )

বিনয় – ইবেম্মা হুজিককাওবা ইত্তাও থুংলজ্রিব্রাও ?

থা— থুংলজ্রিনে তাদা লেংশনবিম্মু। ( মুড়া থাই ) কদায়দা উনবিরম্বগে ?

বি— য়ুমদা উনরসি হায়থুনা কার মথুম হায়দোকপা অমদা তোংথুনা চৎথিবনি লাকত্রিবোইরেসে।

কু— কারদা তোংমিন্নথিবহু অমনা ইতৈমা মধুমতী নত্রাও ?

বি— মানি, ইমাশু লাকলমত্রিবাও ?

থা— লাকত্রি, পরীক্ষাবু হায়দোক্নে হায়ব্রাও দাদা ?

বি— পাশ ওইরে হায়থুনা সার্টিফিকেটতু মথুংনা ফিরান হায়বগুম উৎথুনা চৎত্রিবনে।

থা— কার অহুদা মমা মচা তোংথুনা মীমাংদা লেন্না লেন্না চৎলম্মনি অহুদি। মী অতৈদি য়াওদ্রা দাদা ?

কু— ইবেম্মসু য়াওখিমানে।

( থারিক মরু লুকথথুনা চিন্তা তৌই )।

( মধুমতী পরপ পরপ ফিংনা লাকতুনা )।

মধু— চাক লাম্বনা তথথুনা লাকহৌরে করিনো করিনো, হুজিক কাওবা চাক লোইত্রিবাও মুপীমচা ? ইবুঙোথোয়না হাল্লক্লেংদনা, হিদাক চুরুটকা ফাশ্রব্রাও ? হায় চা লৌরু হোটেলদগি, নংবু রা থংউনে মুপী মচা, আজকালগি ইরাং থংদবদগি নংবু মীনা হুন্দোক হুন্দোকতুনা চৎত্রিবনে থঙউ ইবেম্মা।

থা— চাগদবা মীবু অবোক্রা কদায়দা থৈদোকপিরুরবগে ?

মধু— মংনা হুন্দোকপিরদগি মীনা খুঙপ্রগা ঐঙোন্দা শাওবিরক-লিব্রাও ? ঐনা খৈদোকপা নত্তেয়ে। লেংলক্লে কোংহোংদা রা অরুবা অমত্তং ঙাংনহৌরিয়ে। হেক লাকপগা চাক পীরো হায়ররনি, চাকথুমদা লেংশিল্লো বাবুনী। নপুরো-ইবনা মেট্রিক পাশ তৌরবনিনা চাক থোংকাও ভনবীরব্রা, ঐবু থোংউচো হায়রিব্রাও ? নংনা পাশ তৌহনবা মেট্রিক নত্তে, ঐনা ইজং পুম্নমক বক্সান থমহুনা তৌরকইবনে।

থা— অবোক্না শেল য়াম্না পুহুনা তমহনবা মেট্রিক্ক্ দি পাশ ওইরমদে কেলনে। ঐহাক লুহোংঙৈদগি ঐনা তক্কুনা ইন্নিন্দুনা মথৌ শংবদগি ইকায়বা থঙলক্কুনা তৌখিবা পাশনে। চাকপুদি থোংজরুরগে হুমিং তাবদা ঙাইরি, ঐবু মী ওইনা থাবিদবদি তৌবিসু হায়বদনে।

কুল— চুমই চুমই অনীমক চুমই, ইতৈমগি শেল অমদি মুপী-নচাগি থোইনশিন অনীমক্না পাম্বে ওইহুনা প্রতাপনা পাশ তৌখিবা মেট্রিক্কি।

( প্রতাপ পরপ পরপ লাকপা )

প্রতাপ—দাদাসু ইতাওসু লৈবিরম্মব্রা ?

মধু— হায়রিঙৈদা লাক্লেদো, মুপীমচা নং চাকথুমদা চংলো হায়বনি নত্রগা হোটেলদগি লৌরক্লোনে।

প্র— করিনো ঐগি চাক্না ইমা, লৌরুপ্রবসু য়াররনি, ঐ চারক্লে। দাদাবু কোম্বোংদা ইবেম্মনা ঙাইহৌরি। ইতাওবুসু হিসাব খরা শেংদোক্লবা পামমানে।